**SHOLLABA MAREE**

A collection of fifteen Manipuri short-stories

written by Nee Devi First Published 2002, Second Edition 2013

Published by - Chanu Shintha



| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | খৃষ্ট কুম ২০০২ |
| অনীশুবা খৃৎনম | ঃ | খৃষ্ট কুম ২০১৩ |
| অফোঙবী | ঃ | চনু শিন্থা |
| কোপী মশীং | ঃ | ১০০০ |
| মখূম | ঃ | সুধীব |
| কোপীৰাইট | ঃ | নী দেৱী |

মমল ঃ লুপা ১৫০

নম্ফম ঃ যাইবিবেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উবিপোক খ্বাই ব্রহ্মপুব, বীব তিকেন্দ্রজিৎ লৈকংথোং মনাক, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

মশাগী মীনুংশিগা অতোপ্পগী তুহৎ-নৈহৎপিবগা
তক্রদুনা হিংমিন্নবিবা মখোযদুগী মফমদনি।

—অইবী

# অনীশুবা খৃৎনমগী ৱাহৈ খবদং

লাইবিক অসি ইং ২০০২ দা অহানবা পুথোকচখিবনি। কোপী লোইখিবা কুইবে। কোপী লোইখ্রবা মতুংদা কনা-কনাগুম্বনা লাইবিক অসিবু হেক-হেক থিবিবকপা অমদি লাইবিক যোনবা কাঙবুনা লাইবিক অসিগী অনীশুবা খৃৎনম পুথোকহন্নীংবগী ৱাফম থম্বীবকপদগী লাইবিক অসি বি-প্রিন্ট তৌনবা খনবা হৌজখিবনি। খন্না-খন্না ইশানা কযা হৈনীংদবগা খুদোংচাদবগা পাদুনা থবক পাঙথোকপা ইঙম ঙমদনা ফনা কুইনসু পন্দুনা লৈকবে। কাইনথংসিদা, ঙসিদি মাগী নুমিৎ শুবমাল্লে লাইবিক অসি যিজোল অমমুক হোংদুনা মীয়াম মাঙদা নৌনা অমুক পুথোকপা ঙমজবে।

লাইবিক অসিবু হন্না পুথোক্লীংনবা ঈথিল পীরিখিবশিংগী লমন তোনশিঞ্জববনি। লাইবিক নম্বিবিবা যাইবিবেন পব্লিকেশন্সপু পৃকচেল তিংনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। ঐগী শোল্লবা মবী অমুক হয়া মীয়ামদা শিন্নজবি।

২৮/১১/২০১৩ ইং —অইবী

ইম্ফাল

## শোল্লবা মবী

‘‘গঙ্গা..., হো গঙ্গা নঙবু নূং ফৃৎলিব্রো’’’

মঙক থাঙ্গৎলপ, চকশঙলোমদা মমায ওর্নাশন্দুনা লাউবকই সনাথোই। কনানসু পাউখুম পীবত্তে। চহী মতাংদু খোনফমদুগা কয়া চন্নফাত্তে। অঙাংসু অহানবা পোকপনি, লুহোংবসু চহী অমা খবদমক হেল্লকপদা মঙাযবি। অসুক থুনা হনুবী কবম্না ওইশিনখিবনো খঙহৌদে।

‘‘ঐদি থকপু থক্লীংদেদ’,’’ চীম্নালতমক নোক্লগা মন্দোমচানা হায়বকপনি।

‘‘হুম, হৈবনি। খবা কুইবগী ব্লানি।’’

‘‘কুইবদুনবুদি হাউবিবনিদনা।’’

‘‘নঙবু লোইশিল্লোনে গঙ্গা ইবেম্মা,’’ রাবীগী মবক থম্নুনা অমুকসু লাউবকই, ‘‘অঙাং হৌবক্লিঙৈসিদা কোন্দূ অমুক্তা ফেঙদোকহৌনে।’’

‘‘নঙনা ঙাংঙিসি ঐখোয’ বাধাদকা ওইবদি হ, ঐখোয বাধাখোযদি খোন-কনবকা হাযযে, এঙ্গাং হাউতবফাও চাবীপোৎ নত্তে।’’

‘‘ঐঙোন্দা মদুগা যাবোই, ইন্দোমচানা লুনা তৌমনবগীনি, অকিবা খবা

খঙহনগদবনি মখোযসিদি।"

পাউতাক্লম-কবিগুম তৌবা মাগী ব্রাঙাঙদু মন্দোমচানা নোকমি-নোকমি তৌদুনা তাবি। তাল্লক্লুদা চা গিলাস অনী পুদুনা গঙ্গা থোক্লকই, মখোয অনীদা অমমম পীবে।

"কোন্দু প্রপ-প্রপ অমুক্তা যেঙদোক্লুচো।"

চা লৌনা-লৌনা সনাথোইনা নমহায হাযজিল্লক্লিবদু গঙ্গা খুমসু খুমদে, মমীৎনসু যেংলক্তে। অমুক হান্নগুন্না চৎখিগে তৌবদা খান্নকই, "ভাইখো, অঙাংগী নীংথা চোৎপশিংদু কদায-কদাযদা লৈগে লোইনা খিবগা হানা অমুক্তা পুথোক্লমখো ঐ শৃগে।"

হল্লক্লুনা হার্যাবিবদুমক তৌখি। গঙ্গাবু যেংলম্নদগী মমায লৈশিল্লক্লুনা মন্দোমচানা হাযবকই, "নৌববু ওস্থোক্লা নৌনিদা, মশানা পাবিনা, কান্নফমবু খঙগদ্রা?"

"কান্নবা হাযববু তৌনিসিঙায ইন্দোমচা, শীজিন্নববু হৈবদি ঈকানদা কান্নবে, নৌবদুনবু শেস্থা থোক্লিবনি। ঐগীদি গঙ্গাসি খৃৎ চপ-চাজনবনি। মপা অঙাওবদুনা ফবক হেক তৌদনা ।"

"মপানা কৌথোকইবা?"

"মায়ো, মমা নাই হার্যাজন্দনা নমদৃন। পুখ্রির্দনা, অদুগা ঐদি থাদি-থাজদবনি, থাখাযমুক্কি মমাঙদা লুপা চানীপাল পাযু হায নেমা, হি নৈগর্না হান্দ্রা কদিনা, ঐনা চানীপালদি যাম্মাল্লেদনা চামঙাদমক পীখিনা। পনকপা নুমিত্তেসু চামঙা অমসু পীখ্রে, সিদা লৈবদি নুংঙাইতে হাযদনা লুপাই ননা অমমুন শানাবে নদৃদসু চানা চহুম হেঙা হাক্টাজনরি। কদাযদগী মখোযসু হাকমল্লবানা। অদগা ইনাং নুংঙাইখি উবিপোক্তে, থমখ্রেক ইনা।

"মদুমক্তি হৌনদেদনা মখোদসু।"

"হো লুপা লীশীং অমা পীবম্মেনে নদুদা উংধবির্বানদনা।'

"কনানা অমুক লৌকনিবা?"

"কনানা ওইনেগে, মপাদুনানিদনা। ঐনা ধমকাগসু তৌশিল্লম্লিপোৎনিদা, পুলিস তাক্লনি কাইদনা হা-হা-হা-শক নুংশিমন্দদনা, মদুদগী থিল্লকইবনি।"

"ঙম্মেনে নঙসু।"

" মানবুদি অতোপ্পা অঙাং অমা থিবো হাযববনি। অদুদা অনৌবদুদি ইনৌ-নৌবা ত্রেনিং অমমুক চংঙিদনা। মদুনি ঐনা খ্বাইদগী তনবা, মীৎকপ খৃদিংগী তাক্লবদো। গঙ্গাখোযদি এক্সপার্ট ওইববনিনা ঐ মা থাদোক্লীংদ্রবা।'

মচেশিংদুসু লোইনা মীগীদা লৈব-লৈবগা ময়ূম পাঞখিবা ওইবমাল্লে।"

"মচাশিংসিদি ময়ূমদা কনামত্তা লৈনীংপোৎ নত্ত্রেদা। কনাগী যূমনেনা তৌবিদুবু ঐখোয' কাসিমনা চাউগনি, মদুদা লৈবিদি যেংঙু, মনেম-ও মকু-ও, মচা-ও মস্মৌ-ও। চানীংঙাইদি লৈতে হায, যুথকশেলদি কদাযদৈনো খঙদেনে মপাদ্না তৌ-শাবিদুনা মবোন অমা।"

"থকপ্-থক্লেদি হুনানবানি খঙদ্দ।নব'। খঙুদে ইকাইদ্রগা লোইবেদনা। মবুংদাদি থবক শৃাবব' নত্রা?"

"শৃবসু মমা অনা'বদুনে, মপাদুনে, মচা চগুপ চগুপশিংদুনে -- মতোমতা কনানবু ঙম্মুনেগে?"

"অওই-ব্রানি।"

নে-তানা ফম্লম্বদু খংহৌ-হৌগৎলদুনা মন্দোমচানা হাযবকই, "হুম, ঐ চৎনবা তৌবগে কুইমল্লে।"

খোঙকাপ অমা-নী থাংদোক্লগা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা, "গঙ্গা, নঙ অমুক চৎখ্রনূকো ইবেম্মা, শ্মাইদসুম লৈমিন্নবসি ঐখোয। নচীল •নাউসু নক্লবা।"

তায খঙুদে তাদে খঙদে গঙ্গাবু থেমজিন ব্রাহৈদু হাযবম্লগা মন্দোমচাদু চৎখ্রে।

হন্দক্তি হান্নদগী হেন্না চেকশিনখ্রে গঙ্গাদ্। অহানবা লাকপদদি, ময়ূমগী, মমাগী, মাগা চাউলা মাঃবনা মনুংগী মচাশিং অদুগী মবমদা হেক-তেক তমজবম্লনি, অদুবু মদুসু হৌজিক্তি ময়ূমগী ব্রা অমত্তা ইমুংদুদা পুশিল্লক্নু হাযবা অথিংবা অমসু থম্লীখ্রে। ইমুংদুদা গঙ্গা তশেং তশেংবা নন্দী অমা ওইনা লৈবদু মশানসু হৈনজবে। কৈশামথোংদা সনাথোইগী মন্দোমচাগ লৈমিন্নবী মচে বাধানা মবক-মবক্তা যোন তৌবক্লম্বদুসু 'কবি হাযবক্লিবনো' হংমন্দুনা মচেদা যোন তৌবক্লনু হাযদোকখ্রে।

নোংমা-নোংমা হৌখিবনা অঙাং ওইবিবী গঙ্গাগী অনৌবা মপোক অমা ওনবদা মতম শাংনা চঙখিদে। সনাথোইগী পীক্লিবা মচাদুবু লৌননবা মাবু মফমদুদা পুবকখিবা অঙাং অদুবু গঙ্গানা পে কমিন্নবা মৌপ্পা গুম নুংশিজনা শেন্ন খোংনদুনা লৈবকপনা চহী অমা হাযজিনখ্রে। গঙ্গাগী মপাদু অনী-অহুমলক্তি লাক্লম্মী, অদুব্ন যূম্বুনা মহাকপু কুইনা পলহল্লমদে। থবা পীনমণ হেক্তমক থাদোকখি। লাপ্পা লৈথ্রবা মপাবু পীক্লিবী গঙ্গানসু ইচম-চম্ন' কাবক শক ৎবা মীওই অমগুম্লতমক লৌবক্লে। অমবোমদনা মপাস গঙ্গাবু

উনীংবগীদমক নোংমতসু লাকখিদে, সূপ্লগী মশাগী দবকাব ওইবা পোৎশক অমখক্তনা লমজিংদুনা গঙ্গাগী খোঙ্গুল লীবকপদমক মওইখি। নোংমতসু গঙ্গাবু কবমতৌবি য়েংশিনবীবমদে। মদু উবগা যূম্নুশিংগী থম্মোযদদি হেন্নদুম পেঞ্জবগুম থোক্লি।

অসুম্না চহী অনী হৌখ্রে। কুইনা উকদ্রবগী তুংদা গঙ্গাগী মপাদু নোংমা ফুং ফাওবকই। মাবু উবদা মযাম্না কাউথোক্লকব্ববা মহাক গঙ্গাগী মপানি হাযবা ৱাফম অদু নৌহৌননা নীংশিংহল্লবে। হন্দকসু গঙ্গাগী মপানা গঙ্গাবু মমা কন্না ঙমদ্রে হাযদুনা পুননবা হাযববে। অক্শা চথোকখি, হল্লক্লগা চৈবরনি, হযেং শোযদনা লাকমিন্নবগে, হাযদুনা সনাথোইনা গঙ্গাগী মপাদু হৈ-শিংনা থাদোকখ্রে। মবৈ-মবা তৌবমদনা গঙ্গাগী মপাদু তূমিন্না অদুমক হনখ্রে।

নুমিৎ মবি-মঙানি লৈবগা সনাথোইনা ৱাফমদু অকুণদা তপ্পা হৌদোবকই, "হযেংদি নোংমাইজিংনি, গঙ্গাখোযবোমদা খবা চৎপিকসি, মপাদু নহাল নোংমা লাক্লম্মী খবচ ৱাৎলমাল্লে।"

ইহৈ হৈনীংদবা মতৌদা অকুণনা খুল্লকই, "হযেংসিবু থবক ।"

ৱাদু তাবদা শাউবোই- ওইনবোই সনাথোইনা হায, "কযামলুবা থবক্লো?"

মীৎকূপমুক্তং লৈবগা, ৱাঙাঙ অমা ওল্লদুনা অকুণনা অমুক হাযবকই, "লুববুদি , মেমসাহেবকী ওর্ডবদগী হেন্না লুবদি নত্তে।"

"মদু খঙদুনবু হাযবিবনি," হেন্না মথোই কাবদুনা খুল্লকই সনাথোই।

মথংগী নুমিত্তা নুংশা লৈথবকপগী অদুৱাইদা মখোয পূন্না গঙ্গাখোযবোমদা হাইথবে। চাউবাক্লা পূংমুক্কী তুংদা গঙ্গাখোযগী খুল যৌবে। সডক্তগী ফনযাম্না চঙলি। যূমসু খবদমক তাই। মী চীকই। চীংখোঙ পূবা নপ্পা শাই মখোযগী যূমদু। থোঙ্গালদা গাডী থাল্লে। লম্বীগা ফত্তবনে, লমশাং লাকপগী লোইনা চোকথনবে। গঙ্গাদু গাডীদগী তপ্পা কূমথবকই। গাডী মখোল তাবদুনবা গঙ্গাগী মনম্মদু মাগী মোলি-মোলিবা মতৌদুদা থোক্লকই। ৱা-লান ঙাঙলক্তে, শূক্তোক্তনা গঙ্গাদা য়েংলকই। নোক্লদুনা 'ঐখোয কোযবক্লিযে' হাযকুবগা সনাথোই শকফম হঞ্জিনখি। চিংননা অকুণগা সনাথোইগা য়েংনৈ। গঙ্গাগী মনম্মগী মাযথোঙগী চপ চাবা অর্থ খঙবা ঙমদনা চঙশিল্লকই। শূমাঙ মচাদু নান্না তৈথোক্লি। লৈ মনা অমা-অনী, তাঙ্গ খবা তাবা উই । অকুণগা সনাথোইগা ৱা ঙাঙনদনা ইঙক-ঙক্লা অমুকসু য়েংনৈ। মমাঙদা অমুক্তা ফাওখিদ্রিবা থোৎনা শাফূ কল্লবা ইহুল অমা সনাথোইগী

থম্মোযদা খঙহৌদনা ফাওবকই । মাঙ থাদুনা চঙখ্রিবা গঙ্গাবু মীনুংশিনা থল্লবা মীৎযেং অমনা য়েংলদুনা মহাক্না হায়হৌই, "ঙাইখোনে গঙ্গা ইমাদো ।"

মহাক্কী ব্রাদুদা পল্লমদ্রে গঙ্গা।

গঙ্গাগী মপাদু ঙসিদি উদে। থোঙ্গাল্লোমদগী চঙশিল্লক্লিবা গঙ্গাগী মবুংনা মখোযবু ওক্লদুনা হায়বকই, "তাদখোয লাকপীবব্রা?"

"হোয ঐখোযদি ।"

অকুণনা মপুক্লিংগী ব্রাফমদু ফোঙদোক্লবা ব্রাহৈ থিবিঙৈদা গঙ্গাগী মবুংদু ইংখোল মতোল্লোমদা চঙশিনখ্রি। চৎনা-চৎনা মহাক্না হায়বম্মী, "লেঙশিনবীয়ু তাদা ।"

ফক মচা অমা পুথোক্তুনা মপালদা থাবল্লগা মনম্মদুসু য়েনখাবোমদা মচঙখি। মখোয ফমথবে। গঙ্গাদু ইমুং যৌশিনখ্রে । ইমুংগা শূমাঙগদু থংনবা কাগুম্বনি। অদুবু মেক-মোক লাউবক্তে। পীক্লবা, চিল্লবা কাশিংদু থুংনা য়েংলকই গঙ্গা , য়ূমযায কাগী মখা ওইবপ্লা থাবিবা অঙৌবা ফিনা কুপ্লিবা ফক অদুগী মথক্তা মমানা শেৎলম-ইল্লম্বা ফি-বোল নীংথিনা থূপচিন-খোৎচিনদুনা থল্লিবদু থেংনকবে । চঙশিন্দুনা ফক্তুগী মনাক্তা তপ্লা ফমথবকই, ফিশিংদু পাযখত্তুনা য়েংলুই । হৌগৎলক্তুনা, মমানা হীপ্পল্লা অনেম্বা কাংথোল মচা অদু থাবম্লা মফমদুদা চঙশিন্দুনা অমুকসু লেপ্পবি । চহী মাপলতা ঙাযবিবী গঙ্গা হৌজিক্তদা ভাব তাবকপগুম তৌবি ।

নাম্মতমক ঙাশিল্লগা লৈবম্বা অমনবা থোঙনাদু মখোল থোক্লা হাংদোক্লগা খোঙকাপ লাওনা কানদুনা গঙ্গা ইমুংদগী থোক্লকই। অকুণ, সনাথোই, ব্রাঙাঙদবী গঙ্গাগী পিনা লংলবা খজাই অনীদু মযেক-শেংনা উবকই। অদুবু ঙসিদি মখোয অমত্তনসু গঙ্গাদা কবিগুম্বা অমত্তা হায়কনবগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে।

কোম্বোঙদা খামদুনা লৈবিবা গাঙীদুদা চেনশিন্দুনা গঙ্গা কাথৎখ্রে। সনাথোই ফম্লম্বদগী হৌগত্তুনা ঙাইঙমদনা কৌবকই, "গঙ্গা!"

মতম্বাক্তগী মচাদু পমখত্তুনা খোঙথাং কুপ্লা থাংলদুনা গঙ্গাগী মতুং-ইন্নখি। অকুণসু হৌগৎলক্লে। ইংখোল মতোন্দগী মবুংদু চঙশিল্লক্তুনা অকুণদা হংলকই, "যৌবীবদ্রা?"

"অহোয লাইদা কৎপীয়ু।"

অকুণনা ইফিং-ফিংনা ফুবিৎখাউদগী মনিবেগ পুথোক্তুনা চাম্মাচৎপী খবা লৌথোক্লগা মমায লূকথদুনা লেপ্লিবা গঙ্গাগী মবুংদুদা নম-হাবগুম পীশিল্লম্লগা মহাকসু থোক্লক্লে।

# খোঙবু চাদ্রবা খোঙলোয

**পাম্ভোই লাকউঙেদগী** মন্দিব সেবা কন্নানসু তৌখিদ্রে। নুমিদাংব্রাইবম অমা সন্ধ্যাবতীগী থৌবাং পূম্নমক লোইবদুনা মন্দিবলোমদা মায ওনশিন্দুনা মহাক শিংডিদা ফন্নি। মবী পানবা কাংশীদু চৈখোক্কুগা লোযননা মনাক্তা ঙাদুনা লৈ।

কংনা শুমদোল্লবা অচোৎপা খূদৈ শেৎলদুনা দেবব্রত ইকুজবা কাবক্লে। মন্দিবগী নাকলদা যাম্লিবা অশেংবা ফিদু হোংদোক্লদুনা মন্দিব মনুংদা চঙখ্রগা খূত্তা কোবীগী পাত্র অমা পাযদুনা থোক্লকই। পূখ্রীদগী ঈশিং শোক্লদুনা মহাক মন্দিবদা অমুক চঙলক্লে। ঈশিং অদু জলপাত্র, জলশঙ্খ, আচমন-পাত্রনচিংবদা থন্না থন্না হৈজিল্লে। মদুদগী তূলসীপত্র অমমম থাদববা পাত্রশিংদু মাগী মাগী মফম চানা-চানা থম্লে। ধূপ, মোমবত্তী চুখৎলবা মতুংদা আসন অমদা মায অব্রাং ওন্দুনা খোঙ্গ্রায ফম্ফমদা ফমথবকই। দেবব্রতনা খূৎ যেৎনা কুসী পাযদুনা আচমন-পাত্রদগী ঈশিংদু কল্লগা খূৎ ওযদা পী। খূৎ ওযনা যেৎকী খূবাক মযাযদা ঈশিংদু খবদং হৈ। ঈশিং অদু মহাক্লা যেৎথংবা খূউগী মমাঙদা লৈমাযদা তাহল্লন্মী। মদুগী তুংদা কুসীদগী ঈশিংদু যেৎথংবা খূবাক মযাযদা অমুকহন্না হৈবদুনা চীন্দা

শোল্লকই "ওঁ কেশবায নমঃ" খূত্তোন্না মাঙলোমদা ওম্থোক্লগা খুজেংলোমদা ঈশিংদু চেম্থহল্লদুনা চীন্বাল থক-খা অনীমক চোৎহল্লে। অসুম্না হান্নগুম্না যেৎথংবা খূবাক্তা ঈশিং হৈবদুনা যেৎকী খূউ মমাঙদা হৈদোক্লবা মতুংদা অমুকহন্না যেৎকী খূবাক্তা কুসীনা ঈশিং হৈবদুনা শোল্লী "ওঁ নাবাযনায নমঃ" ঈশিংদু অমুকসু চীন্বাল থেংই। অমুক্কসু হান্নগা চপ মান্নন্না "ওঁ মাধবায নমঃ"। মদু লোইবগা ঈশিং অদু খূবাক্তা হৈবদুনা মদুবু অমুকসু নৈমাযদা তাহল্লে। মদুদগী খূৎ লোন্নবদুনা মীৎ উইশিন্দুনা দেবব্রত পূক্লিং চঙনা আচমন-মন্ত্র থীবকই ।

দেবব্রতদগী লৈথোক্লকপা পাম্থোইগী মীৎযেংদু লাইশিংদুদা তাববে। বসন্ত ঋতু ওইবনা হঙ্গাম-মপাল মচুগী ফীজোল ঙম্নমক হোংলবা তোঙান-তোঙানবা লাইগী মূর্তিশিং অদুবু মহাক্কী মীৎতা মবোল থোক্লিবা অঙাংমচাশিংনা মমীৎ তবাউ-তবাউ পাঙদুনা তুম্পাক-তুম্পাক মঙোন্দা যেংদুনা পুল্লপ লেপ্পগুম উবি।

হৈক্নকনাচিংবা পূজাগী পোৎলমশিং অদু শুনা কৎলবা তুংদা মন্দিবগী থোঙ লোনাশিল্লদুনা দেবব্রত মপান্দা ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈ। মীৎকূপ খবগী তুংদা খূবাক অহুমলক খূবগা থোঙ অদু হাংদোক্লদুনা মহাক মনুংদা অমুক চঙখি। ঙাইহাক তূকথক্কবা পাম্থোইগী মীৎযেংদ অমুক হঙ্গৎলক্লনা মূর্তিশিং অদুব অমমমতা ওইনা মথং-মথং নৌহৌননা যেংলকই। পাউখোঙ চল্লবা দাক্নপ মূর্তিশিংদুদা মহাক মপূক্লিং পূমলূপ লূপশিনখিবন্মী।

লাইনুংদগী খাংলকপা শবীক মখোলনা মহাক্কী বাখল অদু কাযহল্লববা মতমদুদা ঙ্কান খংতা-তানকপগুম ফূক হৌগত্লনা পাম্থোই কাংশী যৈবা হৌবকই। দেবব্রত ওযনা শবীক খীংদুনা যেংনা পঞ্চাবর্তা পাযদুনা মূর্তিশং অদুগী চবণ্দা মবিবক, খ্বাঙদা অনীবক, মাইথোঙদা অমুক, হকচাংদা তবেৎলক, ওযবোমদগী যেৎলোমদা কোযনা-কোযনা হাইরব। সন্ধ্যা মতম ওইবগী মমাশল্লকপা মবত্তা কাংশী-শবীক্কী মখোলগা, ধূপ বত্তীগী নুংশিবা মনম পুবা নুংশিৎনা লিবি লিবি হম্লবগা, পাম্থোই মপূক্লিং অদু ইনৌ-নৌথোক্লন্মী। বত্তীগী মৈঙাল অদুদা মূর্তিশিং অদুগী নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবা মানবা তযালগুম্না ঙাঙলবা চীন্বালশিংদুবু উকলগা মহাক্কী মপূক্লিংদা হাযযম খঙদনা কল্লকপা পোকচবন্মী। কাংশী যৈবা লোইশিল্লগা খূউ নৈতানা ফমথবকই। কাংশীদু নাকলদা থৈদোক্লনা থমত্থগা মহাক্না মহাক্কী কংশিল্লবা চীন্বালদুদা লোন্না অমুক্তং লানদুনা যেংজকই । ইল্লিবা ফিগী খুমজিল্লিবা কোকক্কী শক্নকমথৈ হাইদোক্লদুনা দেবব্রতনা

জলশঙ্খদগী চাইবক্লিবা ঈশিং অদু মক লূকথদুনা চোংহঞ্জবগা লাইবক্তা লৈমায় শোক্লা ভক্তি তৌজে। মহাক্কী নুপীগী ঈশ্বর-ভক্তি লৈবা মতৌদুবু উবগা মপুবোইবনা মহাকপু মপৃক্লিংদা চানবীবম্মী। পেনবীবম্মী। থাজবম্মী।

হান্ননা ফজদুনা লৈবল্লবা ইমুংসিগী নীতি-নিযম অমুক্তা হেন্না ফজনবা পাম্বোইনা শেম্মী। অহলশিংগী মমাঙদা নোংমতসু মপুবোইবগা ঙাঙন-শানদে। ইমুংগী ইতোন-তোনবী মৌ অমা ওইনা কনাগীসু মাঙদা তুবৎ লান্দুনা মহাক চৎলমদে। মনেমবোক্কী নক্তগা মপুবোইবগী নক্তগা কনাগুম্বা অমতগী চান-থক্লবা পোৎ মহাক্তা কৈদৌনুংদসু শোক্লদে। চাবা মতমদা মযামদগী লৈথদুনা চায়। চাক থোংবদা ৱাববা মচেমশিংবু মহাক্তা কোনফেঙ-ৱাইতৈ যাওহন্দে। পাম্বোই অদুক্কী মতীক চেকশিল্লী, কাউগন্দে, মহাক্তা নোংমতসু চাকখুমদগী চফৃ-উযান ফেঙ-চাম্লবগীদমক মশামক্তা থাংদোক-খোত্তোক্লবনচিংবা তৌবমদে। অদুগা ফেঙদোক্লবা কোনশিং মহাক্তা চাকখুম যৌনা থাংজিল্লদে। ৱাইতৈবা মতমদা কবিগুম্বা পোৎ-চৈ অমত্তা মহাক্তা শোক্ল-থেংলুবমদে। অদুগা চানীং-থক্কীংলকপকান্দসু পাম্বোইনা মহাক্কী মকুশীদা কবিমত্তা চা-থক্লমদে।

অসুম্না ইমুংনা পাম্বোইবু নীতি খঙবী লমচৎ ব্যবহার চঙখোনবীনি খনবীবদুনা লৈকাইনসু মহাকপু ব্রাহ্মণ ওঙবদা মতীক চাবীনি ঙাঙনৈ। হনুবীশিংনা পাম্বোইগী বাশী লৈবা মাযদা চন্দন থিনবা পকচবা, ঙাঙথোক্লকপদা নুংশিবা মৱাহৈ-খোনদা, অহল-লমন শকখঙবা মতৌদুবু থাগৎলদুনা হাযবি 'নমৌ অতোম্বীসে মগুণ লৈখ্রে মোহিনী, মসিমক্তা মানা অৱাংবা শাগৈদা তিঞ্জবা ফংলবিবনি' অসিগুম্বা থাগৎ-ৱাহৈসিগী অর্থ মহাক্কী মফমদা কবিওইনা থোক্লিবা, কনানদি খঙবগে। অদুবু যূমথংনবা মৌশিংনা দেবব্রতবু নুপী থিবা হৈ লক্লবদদি, দেবব্রতদি মপানথোংদতা নত্তনা থম্মোয়নুংদসু মোমোন নোকচদনা খক তোত্তে।

লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা পাম্বোইনা দেববু দেব ওইনা, অদুগা দেবনা পাম্বোইবু পাম্বোই ওইনা লোযনবম্মী। লুহোংবা মতুংদা দেবনা দেবব্রত শর্মা অদুগা পাম্বোইনা চোংথাম চনু পাম্বোই ওল্লক্কনি হাযবা পাম্বোইনা কযাবক হন্না শাজিন্নবা হোৎনদুনসু শাজিনবা ঙমহনখিদবদু দেবগী অঙকপা মগুণ অমননি হাযবসি লুহোংবা নুমিত্তগী পাম্বোইনা তপ্না-তপ্না খঙবা হৌবকই। লুহোংদ্রিঙৈদা জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবগী মতাংদা মখোযনা কযাবক হন্না নৈনখ্রে। ঙাঙনবা খৃদিংদা পাম্বোই মাযথীবতা ওইখি। দেবনা মহাক্কী ৱাখল-মীৎযেংদা অসিগুম্বা মতমগা চুনদ্রবা, মল্লবা, খৃববা ৱাখল-মীৎযেং,

কান্নদ্রবা চৎন-লোনচৎশিং অসিগী চন্নফম খজিক্তসু লৈতবগুম্না মশাবু উহল্লম্মী। মবমদুনা পাম্বোইনা দেবগী পূকচেলগী নাকল খূদিংমক চিখদনা খঙলে হায়না মশামক লৌজখিবনি।

লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংমক্তা দেবগী যুবিৎ যাওদবা হকচাংদা শিবিবা অঙৌবা মচুগী লংলা মাপলগী লংহিং লঙ্গোলদু উবম্নক্তদা পাম্বোইগী পূক্লিংদা মবম খঙদবা চৈনা অমনা খজিকখক থেংলম্নগুম থোকখি হায়বসি পাম্বোই মশানা মশাবু খঙহঞ্জনীংলমদে। অদুবু দেবগী ঙকশমদা শিবিবা মালা পবেংদুমদি মখোয অনীগী অমতা ওইবগী মবীগী মবক্তা ৰাংলবা পল অমা তশেং-তশেংনা ওইখি।

দেবনা পাম্বোইগী চিংনবা অকিবদু নমহক্তুনা থম্নবদি হোৎনৈ অদুবু মদুবু পূমতান-তাম্বোক্তুনা মাঙহনখিবদি তৌবমদে। অদুগা মদুনা মহাক্কী শাগৈ-জাৎকী কবিগুম্বা থাজনবা অমগী ঙমখৈ অমা লোন্না ঙাক্লবা হোৎনবিরা হায়বদুসু তংদাংবা অমা খঙহন্দে। নুমিদাংদুমক্তা অসিমসু থোকখি— দেবব্রতনা মাগী লুহোংবদা ঙাযবিবী নূপীগী খূৎশাশিংদু নানবীবদুনা নুংশিনা হায়খি, "নুংঙাইনা থমগদৌবিবনি।"

ইনৌ-নৌবা মী গুম্না ঙাঙলকপা বাদু তাবদা পাম্বোইদু মখূত্তু খবদং চিংশিন্দুনা নোক্কীংবা খাঙদুনা ঙাইহাক লৈ। দেবব্রতনা মাগী খূত্তু অমুকসু লৌশিল্লগা হান্নগুম্না তপ্না নানবীবদুনা মোমোন নোক্লদুনা হায়লকই, "নঙ শকবা বাববোযদবনি, নঙনা চাক শূকথোং-থোংলোয।"

হন্দক্তি ঈংনা লূপ্লবা দেবব্রতগী নুংশিবনা থল্লবা ফাগিগুম্লবা ৱাহৈগী ব্রজ পাম্বোইগী কোকথক্তা তাখ্রে। ইৎং-খংনা যেংখৎলকপা ৱাহংনা থল্লবা মীৎযেংদুগী পাউখুম ওইনা মহাক্না মখা তাবকই, "ঐখোযগী ইম্মাসি লাই যাম্না নীংই।"

মতাংসিদা পাম্বোইগী থম্মোযদা কবি থোকখ্রবগে মসি চাং তমদুনা হাযবা ঙম্লোয। মবমদি, মহাক্কী মমীৎ লূকথবিবা অদু নত্তনা কবিগুম্না বাহৈগী ঈঙ্গিৎ অমত্তা দেবব্রতনা ফংবা ঙমখিদে। দেবব্রতনা ঈকোম কোম্না পাযদুনা থম্নিবা মখূৎ অদু চিংশিঞ্জনবগীদমক পাম্বোইনা মশাগী পাঙ্গল খূদিংমক খোমজিঞ্জখি। অদুবু মহাক মখূৎ অদু মতোমতা চিংশিঞ্জবা ঙমদনা চোকথখিবম্মী।

তোঙান্না লৈনবিঙৈ অদুক নক্লবম্বা অনীনা যূম অমতদা পুন্না লৈমিন্নবনবা নুমিত্তুমক্তদগী মখোয অসুম্না লাপথোক্লবক্কনি হাযবসি থাজনীংঙাই ওইদ্রবা অশেংবা ওইবকখি। দেবব্রতনা তাইবঙপালসিদা পাম্বোইগী অমতা ঙাযববা মপু ওইখিবা নুমিত্তুদগী

হৌনা পাম্ভোইগী থম্মোযনা অসুম্না মপু পান্দবগুম মনীং তম্লক্কনি হাযবা পাম্ভোই মশামক্রসু খঙজবমদে অমসুং খল্লমদে। মদু ওইদুনসু পাম্ভোইগী মপানথোংগী লীচৎকা পূক্লিংগী ঈচেলগদি তোঙান-তোঙানবা মাযকৈদা চৎনখিদুনা কনামত্তা খঙদ্রবা অচুম্বা অমা ওইনা নোংম-নোংমগী মপূং ফাগৎলকখি।

কবিগুম্বা নুমিদাংশিংদা পাম্ভোইনা চাউববা মাগুপ অদু থুংনা ব্রাই তৈদুনা মদুনা নোংযায মতুং ফাওবা মতোমতা লেম্ভোকচনবা অচম্বা পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নৈ। মদু অউবশিংনা মবমওকপা ওইনা লৌই। অদুগা কবিগুম্বা নুমিদাং খবদনা মহাক্না ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইবগা মপুবোইবগী মনাক্তা ফমদুনা ধর্মগী মবমদা ব্রা কযা হংই, মপুবোইবনা পূক্লিং মকা-লাম্না পুম্নমক লীদুনা তাহল্লী। অদুবু ব্রা ঙাঙদনা থব্রায যাওনা তাবিবা মহাক্কী থম্মোযগী থূপ্লবা মফমদা শোক্লবিবা মনিল নাইদবা লাঞ্জাও অদুগী শামিন খজিক্তসু মহাক্কী মপুবোইবনা ফংবা ঙম্লমদে।

নুমিদাংদদি মপুবোইবনা পাম্ভোইবু লুন-চান্না তৌবী, নুমিদাংদা মহাক্না ধর্ম খেন্নবগী ব্রা খক নীংশিংদে। অদুগুম্লবা মপুবোইবগী শক্লোন নাইবা মতৌদুদা পেনঙমদ্রদুনা নোংমা পাম্ভোইনা ইফোং-ফোংনা অসুম্না হায, "নুমিদাংদদি নঙনা মীতৈ ওল্লিব্রা ঐনা বামোন ওল্লিব্রা, হেক হেক তৌবিবসিসু তঙাইফদবা অমবা? নুমিদাংসি ঐ পামদে। অমম্বসি ঐ হৈনদে। নুমিদাংদা, অমম্বনা ঐখোয়বু কৃপশিল্লিব্রা নত্ত্রগা ঐখোযনা অমম্বদা লোৎলিব্রা হাযবসি খঙদোকপা চুম্মী, ঐহাক অমম্বসিদগী ইশাবু খাইদোকপা পাম্মী।"

অদুবু পাম্ভোইগী মতীং লৈববা ব্রাকৎ অদুবুসু নুমিদাংগী অমম্বনা অদুমক কৃপশিনখি।

হক যাওদবা মবীদি মপ্যাঙ্গল অদুক্কী মতীক শোম্লী, মদু ইবায-লাযনা হেক তৎকনবা ওই। দেবব্রত অমদি পাম্ভোইগী মবী অসি মনুং ইহো-হোবগুম্না পাম্ভোইদা ফাওই। ধর্ম-জাৎতা ঙাওজবা, ধর্ম-জাৎকী ঙমখৈদগী হেন্দোকপা ঙমজদবা দেবব্রতগুম্বা মখলগী মীওই অমদি মখোযগী ইমুংগী মীওইশিং অসিগুম্বা মীশিং অসিনা মীওইবগী অধিকাবগী মবমদা কবিগুম্বদসু খন্নকদে, খন্নবগসু মখোযনা মদুগী ফল পুথোকপদি পাক ঙমদে, ঙম্লগসু মদু ওন্ন-তৈনগল্লী। পাম্ভোইনা মপূক্লিংদা অসুম্না নৈনবকই, ' ধর্ম হাযবসিবু মীনা মীবু নমথবা যানবা শেম্বা শাসন অমগী মমিংলা? ঙসিফাওবদা মীওইবগী মবক্তা ধর্মনা যেংথীনবা নত্তনা কবিবু পুবকত্রবগে? ধর্মনা মীওইববু কাংলূপ নাইহন্দুনা লাপথোক্লবা তম্বী। ধর্মনা অফবা পাউতাক পী, অদুবু ধর্ম অদু চৎলিবা মীওইশিংনা

পাউতাকশিং অদু কদাযফাওবা লৌশিনবা ঙম্নবগে অমদি মখোযনা মদুবু কদায ফাওবা ঙাক্না চৎলবগে? মদুগী মহৃত্তা ধর্মবু খৃৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা মীওইবা মশেল ঙম্বা তান্নে, চাউবা তান্নে। ধর্ম পৃম্নমক্কী চপ-মান্নবা নুংগী ঈচেল অদুবুদি ধর্ম অমত্তগী জাতি অমত্তগী মীওইনা উদবগুম তৌই। ধর্ম লৈবমদ্রবদি তাইবঙপালদা মীগ-মীগগী খেন্নবা লৈবমদবসু যায।'

অসিগুম্বা মতমসিদা নোংমা মহাক্না মন্দিরগী মনীংথংবা শব্দক্তা হৌবিবা লাইওইববা বকুল পাম্বীগী মখোঙদা ফমদুনা লৈবিঙে তাল্লক্তা হাওনুবী অমা চঙলক্লুনা ঈশিং থক্কে হাযবৈ। পাম্থোইনা ঈশিং লৌথোক্লদুনা পীথক্কে। নুপীদু ঈশিং থক্লবা মতুংদসু হৌগৎনীংদ্রবগুম উখাদুদা ফমদুনা ঙাইহাক লৈথোক্লম্মী। মহাক যেংবদা যাম্না চোকথনা উবে। হৌগত্তুনা চৎপা ঙমগদবা মানদ্রে, পাম্থোইনা মহাকপু খামদুনা থম্নম্নগা অচাপোৎ খবা লৈকদুনা হল্লকপা মতমদা হাওনুবীদু মখৃৎনা মখোঙ পুনশিন্দুনা খৃউদা মমায ঊপশিন্দুনা ফম্নম্মী। ঙাইহাক্লুগী মনুংদা মহাক উইথবম্লে। পাম্থোইনা মাবু হৌদোক্লুনা পোৎ অদু পী। অহানবদদি মহাক্না পোৎ অদু লৌ হাযবা যাবমদে অদুবু পাম্থোইগী মাযথোঙদা তাবিবা মাগী থম্মোযগী অশেংবা মীনুংশিগী মমি অদুবু উকবদগী অদু শুম্নবা মীনুংশিদুবু মহাক্না লৎনবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না পোৎতু লৌদুনা ইকোই-কোইদনা চাম্লবদা পাম্থোইনা মীৎ কৃপ্তবমখৈ মানা চাবিবদু যেংদুনা লৈবম্মী। খবা চাবা হৌগৎলবগা মহাক্না হাযবকই, "নঙসু চাও-ওনে ইচা।"

"হুম, ইমা লোইনা চাবীবো।"

পাম্থোইদি মহাক্না মপৃকথম্না চাখিবদু পাম্নম্মী।

"ঐকা চাবা মাংঙেকো।"

শকখঙনদ্রবী হাওনুবীদুগী কবিসু লৈতবা ৱাহৈ খবদুনা পাম্থোইগী থম্মোযদা হাযফম খঙদবা, শাফৃ কল্লবা চৈথেং অমনা খংযৈ-যৈখিবম্মী। মপৃক্লিং শোম্থনা মহাক্না খুম্লকই, "নত্তেদা ইমা।"

অশেম্বা মীনোক অমনা মমীৎ অনীদা খঙহৌদনা ঈহৌবক্লিবদু থুনমক লোৎশিনখিদুনা চমোৎনবা ফি শেৎপী মবেক কাবী হনুবীদুগা নাপী মথক্তা মাযোক্লনা ফম্মিন্নদুনা চেদা হাপ্পা হোটেলগী অচাপোৎ অদু মহাক্না চাম্মিন্নবম্মী। মানা তৌনিবশিংদ্ মনেমবোক্না হৌবদগী যেংলক্লি অদুবু মহাক্লদি মনেম্লোকপ্ উবমদে।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদু পান্থোই মনেম্বোক্তগী হৌনলোনচৎ অশেং-অমাংগী মবমদা শাংলবা ভাষণ অমা মযাম মমাঙদা তাবা ফংজবম্মী। পান্থোই মীনি। মহাক্না লোযনদুনা লৈমিন্নবিবা মীওইশিং অদুনা পুখৎলক্লিবা মীগ-মীগগী খেন্নবা অকম-অযাংগী চোয-চাং অদু মহাক মশানসু মতমপূন্নদা ওঙ্গদনত্তা লৈবম্মী। অতোপ্পবু হন্থনা যেংবা মীৎযেংবু মহাক্না ইকাইখুম্নবা ঙগ্নমদে।

মবকসিদা পান্থোই মশা লম্নক্লে। মহাক্কী চিন্তাগী অনৌবা চাবা অমসু মযোল চোংলক্লে। মশাগী ঈতনা শাগৎচদুনা মীৎকূপ খূদিংগী মপূং ফাগৎলক্লিবা শকখঙদ্রিবা জীব অদুবসু মহাক্না চিংনবা পোল্লক্লে। পোল্লক্কদৌবিবা অঙাং অদু ব্রাহ্মণ ওইগদৌবিব্রা? মীতৈ ওইগদৌবিব্রা? মপৃক্তগী তাবা মচা অদুনা হযেং ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোল্লক্লগা মহাকপু পোকচবিবী মমা অদুবু মীতৈ ওইনা যেংলক্লোযদ্রা' মদুম্নমক থোল্লবগদি মহাক্কী মমাওইবগী থম্মোয অদুনা থেংনগদৌবিবা চৈনা অদুনা মহাকপু মমা ওইনা কযা কুইনা থন্না ঙমগদগে' ৱাখলসিত্তনা পান্থোইবু মীৎকূপ কাংদনা ওৎলক্লে। নৌবিবা থম্মোযদুদা ইমুংদুগী হূ চেনবা ঈশিং-নুংশিৎ অদু যৈহন্দনা মদূব চূশিনহনখিগদবদু মহাক পান্নক্লে।

মেবা থানি। থা অসিদনি মহাক্না মশাগী যুম্নাক-শাগৈবু হুন্দোক্লমদুনা অতোপ্পগী যুম্নাক শাগৈদা চঙজবকখিবা। থা অসিদনি মহাক্না মপা মমা মচীল-মনাউ পুম্নমকপু থাদোক্লমদুনা পুসিগী অৱা-নুংঙাই তম্ফম ওইবকখিবা মহাক্কী অপোকপা মপানী যুম অদুবু তুং ওইনাবম্না । ঙসিদি মপূংফানা পাক্লবা থানা লৈজবা মঙালমখৈ পুথোক্তুনা পান্থোইগী শূমহৎনীংঙাই ওইববা নত্তা ওইবগী থোৎ নৌবগী ফজবগা চাংদম্নগে চোংথোবক্লি, অদুগা পান্থোইনা মহাক্কী অমতা ঙাযববা মন্দপ বকুল পাম্বীগী মনাক্তা থোঙথাং তপ্ন-তপ্না অসুম চৎলি। পুন্নম্বা শম্বুলনা মতোমতা নাম্বুক্তখিদুনা চপতিংনা তাথ্রি , মাগী শাংলবা অমুবা শমযামদু থাবলগী মঙালনা যৈবদা ইবং-লংখৎহল্লী। ঙসি, মী চীক্লবা মতমসিদা থাজনা পান্থোইগী মাযথোঙগী নীংথিববু কৃপ্না যেংলি অদুগা পান্থোইনা থাজগী অঈংববু থম্মোযনুংদা চিংশিঙ্গদুনা মশাবু ঈংথহন্নবা হোৎনজবি , উখাদা তাবিবা বকুল মপালশিংদু ফিগাও শাদুনা অমমমতা খূঞ্জিল্লুবগা চঙশিন্দুনা উখোঙদা ঙাদুনা ফমথবম্মী , ফিগাওদগী লৈমল চল্লবা বকুল মপালশিংদু খূজোক থন্না নৌখক্তুনা মনম নম্লম্মী , লৈশিংদু খজাইদা, মীৎতা, চীম্বালদা থেংলম্মী , লৈ খূজোক অদুদা মায উপশিন্দুনা কুইনা লৈকবগা হিক-ভিক কপ্লক্লে।

মতমদুদা দেবব্রতনা মহাকপু কৌবকপা তায। পিশিংদু ফাজীন্দুনা থিংননবা হোৎনবিঙে দেবব্রত যৌশিল্লক্তুনা হায়বৈ, "সিদা কৈদৌবিবা?"

চঙশিন্দুনা মখূৎ পাযদুনা চিংলবে। পাম্বোইগী ফিগাওদগী, খৃত্তগী লৈশিংদু হায়গুম্না ইচাই-চাইনা লৈমাযদা তাখ্রে। দেবব্রতনা চানবীবগী খোম্বোক্তা হায়বক্লম্মী, "লৈ খৃন্দুনা শান্নবিব্রা, অঙাংমচাদৌনা?"

অদুবু মখৃদাং পাযদুনা চিংলিবী মহাক্কী নুপীগী কংদ্রিবা মীৎকী পাশিং অদুবুদি নুমিদাং অদুদা মহাক্না উবা ফংখিদ্রে।

ছুটি নুমিৎ অমনি। দেবব্রতনা পূজাবী ওইগদবনি হায়বা পাউ লাক্লম্মী। নুমিৎ অদু ইমুংগী মী খৃদিংমক ঙন্না চৎনখিদুনা চাগদবসু মখোয অনীতমক ঙাযহৌবে। কৈথেল চক্তুনা ঙা লৈকবে। দেবব্রত ৱাখল নুংঙাইনা চাক থোংলম্মী। চাক লোইদুনা থিদোক্লবা তুংদা মহাক হান্না চাখ্রে। হেক লোইবগা পাম্বোইনা মানা চাবম্বগী লূখাক-চগুমদু প্রপ-প্রপ শেংজিনবদু উবগা মহাক্না হায়বকই, "কোন্না-তৌবা যাদ্রা?"

খুল্লমদনা কোন পুদুনা থোকখ্রিবা পাম্বোইবু যেংদুনা লঙনহৌই, "কযাম হাউগে যেংজৌ।"

পাম্বোইনা হঞ্জিল্লকপা মতমদদি দেবব্রত চাকশঙদা লৈবমদ্রে। শামুক মথক্তা হাঙ্কক্তুনা থল্লিবা চাক পৃখমদু নীংথিনা কৃপশিল্লন্নগা মহাক মপাল থোক্লক্লে। পাম্বোইনা মপানগী তৌগদবা মযৌশিং মথং-মথং তৌদুনা লৈবগুম্না দেবব্রতনা কাদগী অসুম উই। থেঙজিল্লক্লবদা চাকশঙদা চঙদুনা যেংলুবগা পাম্বোইগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়বৈ, "চাক চাদ্রবদি কৈদৌবে?"

পাউখুম ফংদ্রবদা অমুকসু হংলকই, "নশা ঙমদ্রববা?"

"কোন্না চাগে।"

"কোন্না হায়ববু, হৌজিক পৃং কযা তাখ্রে।"

*পাম্বোই ফৎ হাইদোক্তুনা চৎখ্রগা মখোযগী কাদা চঙখ্রে, দেবব্রতসু মতুং ইন্নখি।*

কা মনুংদা মখোয ফন-কুইনা ঙংনদুনা লৈখি। মমৈথঙদা মতম কুইনদগী যোক্তুনা থল্লক্লবা মহাক্কী মপৃক্লিংগী ৱাবেপ অদু ফোঙদোক্লদুনা পাম্বোইনা হায়বকই, "ইখৃৎ চাবীদবা

মীগী মখূৎ, ঐনা কবিগী চাফম থোকপগে? হযেংদগী ঐসু ইতোমতা থোংদুনা চাজগনি, মসিদা কবিগুম্বা মযাম্না যাবোইদবা লৈবগদি, ঐগী অধিকাব লৈত্রবা, ঐবু দবকাব ওইদ্রবা যূম অসি থাদোক্লুনা ঐ চৎখিবা তাবনি।"

অমুক্তা খল্লুদবা, থাজনীংঙাই ওইদ্রবা পাম্বোইগী মচীন্দগী থোক্লক্লিবা হক্লবা ব্লাহৈশিংদু তাবদা, অদুগা অমুক্তা উখিদ্রিবা মহাক্কী শীংনবগী মতৌদু উবদা দেবব্রত জ্ঞান মাঙবগুম্না চপ-লেপ্পুনা লৈবম্মী। মখোয অনী অসুম্না অমুক্তসু খোল কন্না ঙাঙনবক্লি। ব্লাহৈ খবসিগী তুংদা কনাসু কবিসু হাযনবক্লে। অদুবু ব্লা ঙাঙদনা ফল্লিবা পাম্বোইদি ফিজিনা মমীৎশিংদু হন্না-হন্না তৈথোক্লি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংসু পাম্বোই চাক চাদ্রে। থংনবা নুমিত্তু অযুক্কী থবক খবা নোম্লম্লগা মহাক অমুক হঞ্জিন্দুনা হিপখি। চাক চাবা থোক্লক্লে। দেবব্রতনা মাবু চাক চাকনবা হন্না-হন্না হাযবক্লম্মী। মদুদগী মখোয অৱায-অখুম খবা অমুক তৌনবম্লগা পাম্বোই অমুক হন্না তূমিন লৈশিনখ্রে। মীৎকূপ খবদং ইচীক চীক্লা লৈকুবগা দেবব্রতনা হাযবকই, "মসি চৎনবীনি হাযবসিবু নঙবু খঙবা ঙমদ্রববা? পামদে হাযদুনা ঐনা নঙনা চৎনবীবু হেক্তা শেমদোকপা হোংদোকপা ঙমব্রা?" ঙাইহাক কান্নবগা খবা তপথবা খোঞ্জেলদা মহাক্লা অমুকসু মখা তাবকই, "মীনা, মানা-মানা পোক্লুবিবা শাগৈ জাৎতুগী পাবী-পুবীদগী চৎনদুনা লৈবম্লবা চৎনবীদুবু ঙাক্লা চত্রুগদি মহাকপু কনানা উশীৎপিগদগে, মাবু কনানা সন্মান তৌবীগদগে?"

"চুম্মী, ঐনা ঐগী শাগৈ-জাৎ, হৌবকফম থিহৌদবা, নীংশিংহৌদবনা লানবনি।"

পাম্বোইগী ব্লাহৈনা অসিখক খুম্লকই অদুগা মহাক্লা মপূক্লিংদদি মপুবোইবগী ব্লাহংদুগী মতীকচাবা পাউখুম পীহৌবি 'মীনা শেম্বা চৎনবীবু মীনা শেমদোকপা যাবোইদবগী মবম কবি লৈ? পূম্নমক্তগী, খ্বাইদগী নক্লবী হকচাং তঙ্খাযনি হাযনবিবী লোযনবী ওইবদি যাববী নুপী অদুগী মখূৎ চাবদা দোষ ওই হাযবিবা নখোযগী চৎনবী, নখোযগী নীতিদুবু ধর্ম কৌগদ্রা? মদুওইববদি, অর্থ খঙদবা মন্ত্র খবনা আত্মাগী মবী লৈনদবা মী অনীবু অমতা ওইনা হেক্তা পুনশিন্দুনা থম্বা হাযবসিবু ওইথোকপা যাবা ব্লাফম্না? নশানা নশাবু মীনমজবগা নখোযনা অতোপ্পগী মফমদগী কবম্বা মখলগী ইজ্জৎ-সন্মান অমমুক ফংনীংলিবা।'

" হৌজিক্তি নঙসু ইমংসিগী মী অমা ওইববনিনা ইমুংসিদা হান্না চৎনদুনা

লৈবন্নবা নীতি-নিযমদু নঙসু চৎফম থোকই হাযবতনি। মসি নহাক নথস্তদা থোকপসু নত্তে, পূন্নমক্কীনি। ইচম-চম্বা ব্রাফম অসিবু নঙনা যাম্না চাউথোকহল্লে।”

হন্দক্তি পাম্মোই দেবব্রতগী চীনথক্তা অমুক হন্না খুমগে খল্লুদ্রে। মপুবোইববু মবৌলৈনা য়েংলদুনা মহাক্না মপূক্লিংদা হাযজবমই ‘কনাগুম্বা নুপানা মাগী নুপীবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিনবীদুনা খুদোংথীবা পূম্বদগী ঙাক-শেন্দুনা থম্বী, অদুগা কনাগুম্বা নুপা খবনা মহাক্কী নুপীগী মথানুংদা ওন-থোইদুনা তাইবঙপালগী অব্রা-অনা পূম্বা কাউথোক্তুনা মপুন্সি লেল্লী, অদুবু নঙদি অদুগুম্বা নুপাশিংদুগী মনুংদা অমত্তসু ওইদে। নঙনা নঙগী নুপাথোকপা নতৌনা নুপীগী মপূক্লিংবুসু চিংশিনবীদে অদুগা নুপীগী নুপীওইবী মতৌবুসু নহাক্না খঙবীদে। নঙবু ঐনা কবম্বা মখলগী নুপা ওইনা লৌদুনা অসুকশাংবা পুন্সি অসিদা খোঙলোয ওইনা চৎমিন্নগদৌবিবনো।' মহাক্কী পূক্লিংদু কবিগুম্বা ব্রাকৎ নত্তগা ব্রাহংশিংনা পূমথন থনখ্রে হাযবসি মাগী মাযথোঙ অমদি মমীৎ অনীদুদা মযেক শেংনা মমি তাবি। ঈ থাংলবা, লেপ্পা লৈতনা পি চেম্থবক্লিবা মমীৎশিংদু চোকথবা নাইদনা মপুবোইববু যেংলি। থৌববা মীৎযেংদুগা মাযোক্লবা ঙমদ্রবগুম, ঈশোন-শোম্থনা দেবব্রত পাম্মোইবোমদা চঙশিল্লকই। মাযোক্লনা, নক্লা লেপ্লদুনা মাগী কোকতা পাযগদবগী থাঙ্গৎলক্লিবা মপুবোইবগী থূৎ অদু কনথোক্লম্লগা থুনা-যাঙনা মপাল্লোমদা থোকখিদুনা মহাক থোঙ্গাল লানখ্রে।

## মংদা পন্থুং

অনাবদুগী পুবা ঙমদ্রবা মঙক্তু মখাবোমদা অমুক লৈথবকই, অৱাংলোমদা অমুক লৈথখি। মমীত্তু উইকুম-উইকুম ঙাইহাক-ঙাইহাক্তং পাঙথোক্লকই, অমুকহেক উইশিল্লী। মবেক-মহাউ যাওদ্রবা, কংশিল্লবা, মৈতাল অশিবগুম্মা কাহৎলবা মাযদুদা লেপ্পা লৈতনা কাখৎলক্লিবা হুমাং মবীকশিংদু অমদি মতোল কায-কাযদুনা মহী পীৎ-পীৎ থোক্লবা উবীংশিংদু ফি মচেৎ অমনা তপ-তপ নপথোক্লদুনা লুখুম মযা ওইবপ্না ইবেথোই ফম্মাঙদা লেপ্লি। মনঙ্গলদা থা মঙাগী অঙাংদু ৱান্থ-ৱান্থ কপ্লি। কপ্লিবদু ইবেথোই তাদবগুম্মী, মমীত্তু তবঙদা যেংই, মকোকসু ঙাওবি-ঙাওবি তৌবগুম্মী। কুইবে, মহাক্লা তূম্বা-চাবা মফম খঙলক্ত্রিবা। ঙাইহাক্তং মহূৎ শিন্দুনা অনাবদু শঙবিনবা কনাসু লৈতে। ইংখোলনুংগী মী অমা-অনী অদুক হংলবদুসু ঙাইহাক কুম্মৈ যেংলম্লগা হন্নখিবা ঙাক্তেনি। ইমুংগী মীওইশিংনা ফাওবা অনাবদুদা ঈশিং চামচ অমতং ইল্লুগদবা হঙ্গোইনৈ।

চীম্বালদু কান্ন-কান্ননা লেঙলি, কবিগুম্না খবা হাযবগুম্মী, খোঞ্জেলদি থোক্লক্ত্রে। মদুসু উকুদ্রে ইবেথোই। মহাক্কী মাযথোঙদা অৱাবা, নুংঙাইবা, আশা, নীংবকাযবা,

অশাউবনচিংবা কবিগুম্বা মখল অমতগী ৱাখলগী মমি তাবা উদে। ৱা ঙাঙদবতা নত্তনা মহাক্কী পূক্লিংগী খোঙচৎসু লেপখ্রবগুম তৌই। অঙাংদু কপ্পা-কপ্পা তূমথখ্রে।

কবিগুম্বা অমা খংনীং-নীংশিংলকপগুম ইবেথোইনা মখুত্তা পায়বল্লিবা ফি মচেত্তু কাংথোলগী লুখুমদা যানশিল্লন্নগা উপু ফাক্লু বি। মশীং যামশিল্লক্তুবা ফিশিংদু কোযওৎ-ওৎলদুনা থিবমখৈ থিবগা ইনফি অঙৌবদুমগা তাইদ্রিবা ফনেক অমখক লৈবিবদুগা শেগাদা যেপ্তুনা থোক্লকই। অনীদু মঙাযবে মাগী অহনবা ফি হাযববু। মহাক্না চৎখিগদবগী তৌবকপা মওংদু উবদা অনাবা মপুবোইবদু স্বব থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা ইবেথোইদা ৱানা যেংলকই। খোঙথাং অমখক তপথবল্লগা হন্না যেংলমদনা মহাক থোকখ্রে।

পূংমুক্কী তুংদা আমুলকৌটা অমা পুদুনা ইবেথোই হল্লকই। শঙ্গোম শেমদুনা প্লাষ্টিক বটলদুদা হাঞ্জিল্লে। পোবল্লা মচাদু মাঙলোমদা ওঙ্গদুনা শঙ্গোম পীথক-পীথক্না অনাবগী মনাক্তা লাকই। কোকতু মখাবোমদা হাইথদুনা লৈবল্লিবা ফীভমদু উবমক্তদা ইবেথোই শ্বাই লাউব'মা ফাওখি। চঙশিন্দুনা মমাযদুদা মুন্না যেংই , খবগা হেন্না নকশিল্লক্তুনা মশা নোন্নুই । ইবেথোই মকোক উক-ক লৈখৎলকই। তুং-হন্না মশাদু ইতাউ-তাউনা হন্দোবক্তুনা ফক্লাংদা ঙাদুনা লেপ্পী। লাক্লনি খঙনা ঙাইবক্লবা মীৎকূপ অদুগা হকথেংনবববদা তাইবঙপাল অসি খঙহৌদনা মমশিল্লকখি । ৱাখল থোক্তনা ফীভম অদুদা মহাক লেপ্তুনা লৈখ্রে।

মকোকতু খবা যাংলক্লবা মতমদুদা ইবেথোইনা ইমুংদগী কৌদুনা মনেমবোক্তা ৱাদু হাযবে। লৈকাইগী মী খবা লাক্লদুনা অশিবা হকচাংদু মাঙ্গোল ফম্মেনদা থাংদোক্তুনা থমখ্রে। চান্দনিনা ইবেথোইদা মীৎচিনা ফল্লপ-ফল্লপ যেংলদুনা মখোঞ্জেল ফাজিন্দুনা হাযবকই, "নফি হোংদোকউ।"

ইবেথোই খুমদনা, ফিসু হোংদনা ইমুংদা নৈশিন্দুনা লৈ। মনেমবোক্লা হান্নগী খোঞ্জেলদুদা অমুকসু হাযবকই, "নফনেক্তু মদু নত্তবদি অমতা লৈত্রববা?"

"লৈত্রে, লৈত্রদুনা তৌবিবনি।"

"পূঙৌফনেক অমফাওবা লৈত্রবকো!"

"যোম্পোকখ্রবা, হৌজিক্তা যোল্লুবিযে, অঙাং শঙ্গোম লৈননবা।" ইবেথোই খোঞ্জেল কনখৎলকই। মাঙ্গোলদা লৈবিবা মীশিংদু ইমুংলোমদা হাইফেৎ-হাইফেৎ যেংশিন্নবকই। ইমুংদদি ইবেথোই ঙাঙবা লেপত্রি, "লুখ্রা ওইবা লাক্লিবনিদি খঙদবনিনা যূমদগী মযাংলং ঙাক্তদি পুবকহৌদ্রে।"

"হবে-হবে কযাদনো যেংঙুনেহো"

খূদোম্বী থিন্দুনা মতোমতা শোল্লম্নগা চান্দনি চৎখ্রে। ফনেক অমা পুবক্লুনা লংশিল্লে।

"সিনা কযানি শেক্টোবিবা?"

"কবিনোনে'সিবু, অঙাও' মিহুল লৈবদুঙায, মৱা শিবগা ফিঙৌ শেৎলু হাযবগা শাউর্বিসিবো।" মযা চীক্লপ, খোযদৌ থীৎনা হাযবকই চান্দনি।

"ঙাওই ঐখোযদি, খঙবীহৌদ্রবো   হো ইমা নচাবু লৌশিনবীবো, হো পাবা   ।" ইবেথোই মমা-মপা কৌদুনা তেংথাথোকখ্রে। গতি লৈত্রদুনা মনেমবোক্তু যিক্ক ফিবাং খুমজিন্দুনা তুমিন্না থোকখ্রে।

নোংমা হৌখি, নীনি হৌখি, মঙানিশুবা নুমিৎকী অযুক্তু মনেমবোক্লা ইবেথোইবু পঙশিন্দুনা লৈশিল্লী হাযদুনা যাম্না চৈ-থাংখি। মহাক মনাদা হাপ্তে। উচীন-নাচিন্না মনেম-মকুনা অষ্টি শোনখ্রে। নীনি কোন্থবদুদা খোযশাউনববা চান্দনিনা ইবেথোইদা হাযবকই, "তোক্লসি হাযব্রা শোবাৎসিবো?"

ইবেথোই খুমদে। খুন্নীংঙাই ৱা লৈতে। চান্দনি শাউবা হেঙ্গৎলকই।

"নঙবুনি ঐনা হাযবিবসি ইবেথোই, কবিনো নঙনা হোয-মাই অমত্রা হার্যদ্রবসিবো।"

"শোল্লবসু শোন্দ্রবসু অমহানি, হিংলিঙৈদা লোইনা লোইশিনবীবম্নবনিনা ঐগীদি কনিসু উপাই লৈতে। চেঙ খবা চাবিবসি নহাল তাচৌনা কর্ম মনুং চাননবনি হাযদুনা অঙাং থাদুনা থিলহনবীবক্লম্ননি।"

"ইস' কিবু-কিশিল্লক্লেনে ঐদি নঙবু ইবেম্মা।"

হাযনীংবা ৱা পূম্না হাযদোকপা লোইববগুম ইবেথোইসু অমুক খুল্লক্লনা ঈংনা লৈখ্রে। তশেংবমকসু মহাক মহৌশাগী ইবেথোইদু নক্লে। মহাক্লা মহাক্কী নাইতোম তাববা অর্মদি অবেপ্পা খঙদ্রবা মমা-মচাগী তোল্লবা পুন্সি অদুদগী হেন্দোকপা অতৈ অতোপ্পা ৱাখল অমমুক খল্লুবা ঙমদ্রে। তম্না ঙমদ্রবা পুন্সিনি হাযদুনা হিংদবসু যাদ, হিংদবা যাদে হাযদুনা মহাক কবি তৌগদগো' শূফম-নোম্ফম খঙদবনা ইবেথোই ককঙাওনবকপা কুইবক্লে। ধূপ খবা শাজবম্মী মদুসু নৌবিঙৈদা লৌবীনবা খবা লৈবম্মী, হৌজিক্তি লৈকাই শ্বাই অনকপদা ধূপ শাদবা ইমুং লৈশিল্লক্লে হাযবা যাবে। অদুবু মদুসু অঙাং যাওদ্রিঙৈগী ৱানি। অঙাংসিমা

*যাওশিল্লকপদগীদি মপুবোইবনা অনাবা কনশিল্লকপগা থা থবসিদি ইবেথোই থা-বাই খঙলক্লবনি। অঙাং অসিনা লেপ্ল-কোযনা চৎপা ঙল্লকপা ফাওবদংদি মহাক অমা নত্তগা অমদগী তেংবাং থবদং পামই। অদুবু ইবেথোই, হান্নদগী ঈনথোকপিবক্লবা মনেম-মকুদা হাযজকদুনদি মহাক্কী চঙজফম ফংগনি হাযবগী থাজবা লৈতে।*

অষ্টি নুমিত্তসু ৱা ঙাঙননবা তাঞ্জা ফংহৌদ্রে। শ্রাদ্ধ নুমিত্তুমদি ইবেথোই মবুংবু কোযশেন-শেন্নদুনা লৈবে। হল্লমদাইদা মবুংদু চঙলক্কুনা চৎলগে তাক্লে। মবুংগী ৱাদু ইতা-তাদনা মহাক্লা হাযবকই, "নোং-নীনি লৈবগা ঐ লাক্লগদবনি তাচৌ।"

ইঙক-ঙক্লা বামেশ্বরনা হংলকই, "কবিগী।"

"ঐ তাচৌগীদা লৈববগে।"

মবুংনা চমম্লনা লৈবিঙৈ ইবেথোইনা মখা তাবকই, "অঙাং মচাসিমগা ঐ যাম্লা ৱাবে তাচৌ, ইতেং পাংবীনবা কনাসু লৈতে মফমসিদা।"

"নঙগী অৱাৎ-অপাদু তাচৌ যেংলক্কে, অদুবু  লৈবগীদি ইবেথোই, নঙ সিদসুম লৈযু।"

মবুংগী ৱা তাবগা ইবেথোই, মহাক্লা মযূম পান্দ্রিঙৈ মতম থবদং মমাগা পূন্না মবুংগা লৈমিন্নবম্বদু পম্বদনা নীংশিংলকই। মহাক থনফম খঙলক্তে। অদুবু মবুংগী ৱাদুদা যেৎলুবা ঙমদ্রদুনা মহাক তূমিন্না অদুমক লৈহৌবে।

ইকুই-কুইদ্রিঙৈ চহী অনীমুক্কী মমাঙগী হৌখ্রবা পুন্সিদুবু নীংশিংলুবগা মহাক্কী থম্মোযদু পেন্দবনা থূমহৎলকই। খুঙ্গংদা লৈবম্বা মপা-মমাগী অমনবা যূমজাওদু মমীত্তা শং-শং উবকই। মতমদুগী চান্নবা-নুংশিনবতনা থল্লম্বা, নীংতম্লবা পুন্সি অদুগী মমি খজিক্তসু ঙসিদি মহাক্লা মহাক্কী হৌজিক্কী ওইবিবা মপুন্সি অদুদা থিজবা ফংখিদ্রে। মতমদুগী চম্লবা পুন্সিদুবু যংঙল্লবোযদবা মতমসিদা পাম্মৃজবা অসুম হেঙ্গৎলক্লি।

ইবেথোইগা মবুংগা চহী নীপালমুক কান্নে। মপা-মমাদা নত্তনা মবুংনস্ মতম অমদদি ইবেথোইবু নুমিৎ-থাগুম যেংজবম্মী। সবকাবগী থবক তৌখিঙৈদগী চথোক-চৎশিন খুদোং চাবক্তদুনা বামেশ্বর নুপী মযূমদা লৈখিবনি। খবা লৈবগা ইংখোল লৈদুনা যূম শাখি। মহাক্লা ইম্ফালদা লৈখিবা চহী তবানিথোই-হুমদোইগী মতুংদা মপা লৈখিদে। মপা লৈখিদবদগী বামেশ্বরনা মমাগা মচলগা কৌখত্তুনা মনাক্তা থমখি। মপা লৈতবা চহী ওন্দ্রিঙৈ মমাসু লৈত্রে। মমাগী ফীবোম যৌদ্রিঙৈ মনম্মনা মহাক্কী চান্নজবী

চান্দনিগী মমৌ ওইনা ইবেথোইবু পীথোকখি। অনৌবা মফম, অনৌবা ইমুং, অনৌবা শঙ্গশিংগী মবক্তা মীওমজদবী ইবেথোই পাঙ্গল কবিমত্তা থোকখিদে। হৃংগী লাইগুম্না মনম্মগী থৌশীল খৃদিংমক্তা অপনবা লৈতনা ইযাদা য়াবদা তাখি। অদুগা ঙসিনা মহাক্না মপুম্নিবু মবাইবক্তা শিন্নথোক্লুবগী মহয ওইনা পৃম্নমক্না মহাকপু হূগুম্না কিনবি। খল্লুবা খৃদিংদা ইবেথোই মপা-মমাতবু নীংশিং-নীংশিংদুনা কপ্লকই।

অৱাবগী অনৌবা তাংকক অমমুক থুংলবে। হান্নানা ঈনথোকপা মখল অমনি। হৌজিক্না মখল অমনি। নাইতোম তাবগী হাযকবগদি, সংসাবসিদা লৈবিবা মী হাযবজাৎ খৃদিংমক অমতা ওইখ্রগা মহাক মথন্তা লাপ্না ঈনথোকপিবনি। শ্রাদ্ধ মতুংদগীদি চান্দনিসু হান্নগী চান্দনিদুদগী খবা হেনগৎপা চান্দনি অমা ওইবে। নুমিৎ খৃদিংগী লেপ্তুনা তকশিল্লকপা মনেমবোক্সী চক্রিদা ইবেথোই খাওবা ৱাবে।

মবুংনা যাবমদে খঙনা-খঙনা মপোৎ যোমদুনা ইবেথোই মবুংগী যৃমদা থুংলুবে। মহাক উবদা ইমুংগী মীওই পৃম্নমক স্নব ফুনবগুম্না তৌনখ্রে। মবুং, মনম্মা অমদি অঙাংশিং পৃম্নমক থোক্লক্তুনা মহাকপু কোযশিনদুনা লেপ্লবি। মহাক্না ফমথবা নংদ্রিঙৈ মনম্মনা শাউবংননা হংলকই, "কবিনো ইবেথোই নঙনা তৌবক্লিবসিদি?"

খোঞ্জেল নীক্না খুম্লকই ইবেথোই, "ইনম্মা, ঐ সিদা লৈজবগে।"

"কবিনো নঙনা হাযবিবদুবো, আদা কৈদৌবদনা?"

পাউখুম পীদনা ইবেথোই কপ্পা হৌবকই। নমহৎলদুনা মনম্মনা হাযবকই, "নত্তেনে কপখিনু, হান্না হাযখোনে নঙনা লাকপগী মবমদু ।"

" ঐবু অসুক শাংবা পুন্সি অসিবু ঐগী কন্যাসু লৈতবা মফমদুদা ইতোমতা কবম্না লেল্লু হাযবিবনো ইনম্মা।"

"নত্তে-নত্তে, নঙগী ৱাখলদু যাম্না ওন্নবে ইবেথোই, কন্যাসু লৈতবা হাযববু কবিনো, মফমদুদা নঙগী পৃম্নমক লৈবিবনি নুপীগী মং মপামদা ওইগদবা নত্তে ইবেম্মা।"

"ইনম্মা!"

"ঙাইখো-ঙাইখো ঐ হাযগে," মবুংনা মনম্মবু থেমজিল্লকই অদুগা ইবেথোইদা তপ্না হাযবকই, "ঐনা নঙগী নতেং শোযদনা পাংলক্কনি হাযবন্নবমক্তদা নঙনা ঐখোযদা কবিমত্তা

হৎলমদনা কোকহেক লাকপসি যাম্না লাল্লী ইবেথোই। নঙনা সিদা লৈবা হাযবসি নঙগী মাঙসু মাঙজৈ, ফসু ফজদে   চৎলূ-চৎলূ নীঙোলনা মপামদা হল্লক্কুনা লৈবা ইবুং পামদে।"

"নীঙোল হাযসিবু কবিনো তাচৌ? নীঙোলগী হকচাং শাবদা মপা-মমাগী ঈ নত্তবা অতোপ্পা কনাগী ঈনা শাবগে? পিবাগী হকচাংদা চেনবা ঈনা কবম্বনো, নীঙোলগী হকচাংদনা কবম্বা ঈ চেনবগে? নুপী খূদিংমক হায়া নীঙোল ওইবগা কোন্না মৌ ওইবনি, ইনম্মসু হায়া যূমদা নীঙোল ওইবক্লিবনি, তাচৌদি পিবানি হাযদুনা নচা নীঙোল মযাম অমা হৌবক্লি হাযবফাওবা কাউবব্রা? কদাযদা চৎলূ হার্যবিবনো, ঐবু শিখ্রো হাযব্রা তাচৌ?"

"আদা নঙবু কনানা তাল্লবগেনে?"

নূং ওনখ্রবা মবুংগী থম্মোযনুংদা মাগী পিনা চঙশিনবা ঙম্লবোয হাযবা তশেং-তশেংনা উবক্লবদুদা মহাক তূমিন্না লৈখ্রে। মহাক্না ব্রা ঙাঙলক্রবদুদা নুংশা থীববা মনম্মনা লৈতাদনা হাযবকই, "অস কান্নদেসে ব্রা শাংথদনা, ঐদি শূকঙম ঙম্লোয হাযবিবসিনি লৈমিন্নবা, ঐ কিজেকো।"

"   চৎলো-চৎলো, থা খূদিংগী ইবুংনা নঙগী চান-থক্লবা থিনবীবক্কনি।"

মবুংনা ব্রাদু হাযবা লোইখ্রবদা তূমিন্না লৈবম্লবা ইবেথোইদু খংপ্রেক-খংনা অমুক কপথোবক্লে। মপা-মমাবু কৌদুনা ও-খোংনা কপথোক্লবগা চপ লেপখি। পি তৈথোক্কুনা লৈমাযদা শংত্রিক যেংলদুনা মফম খঙদবা থৌনা অমনা অচেৎপা ফিবেপ অমগা লোযননা মহাক্না হাযবকই, "ফবে ইনম্মা, ইনম্মনা নচলগীদমক থিবীবা মংদুদা নচল চৎচবগে।"

## শঙ্গোমগী মমল

**অমদা শঙ্গোম** অমদা ঈশিং হাপ্পা লীটব কুন্থ্রামঙা-কুন্থ্রামঙা চনবা কেন অনীদু কোচি পানবা সাইকল কেবিযবদুগী নাকল অনীদুদা অমমম অদুগা মমাঙদনা লীটব মঙাদমক চনবা প্লাষ্টিক থৌবীনা মবী পানবা মচাদুমা যাল্লদুনা, যেংথৎবা খোঙনেত্তু নেথবদা হকচাংদু যেৎলোমদা পুংপৈ অমুক পৈথ, ওযথংবা খোঙনেত্তু নেথবদা ওযবোমদা মশাদু পুংপৈ অমুক পৈথ থালা চন্দ্রশেখবনা থৌবকপা একাগাউীগী কোদ্রোক-কদ্রাক লাউবা মখোলদু মহাক্লা যৌবক্কদবা ফনযাম্লা ৱাৎলিঙৈদগী তায। গাউীদু থোঙ্গাল অমদা খামদুনা থম্লম্লগা কেন মচাদু পাযদুনা কোম্থ্রোঙদুগী মনুংলোমদা চঙশিল্লকই। যেনখাবোমদা অসুম লাক্কুনা যূমদুগী নাকথ মপা ওইবপ, চুবি তাফমদা লেপ্লগা খোঞ্জেল ৱাংনা মহাক্লা হাযবকই, "শঙ্গোম , শঙ্গোম ।"

জীব অমতগী মশক উদে, খোঞ্জেল তাদে। অযুক্কী পুং তব্ধক মথায তাথ্রবসিদসু ইমুং অসি উন-ৱাইমুক চীক্লি। মাগী থুবিবা, চিল্লিবা মথৌসিগা শঙ্গোম পীবম্বগীদমক ওইবগদি কোক চৎখিবনবু চুম্লবনি। অদুবু মহাক্লা শাউনীংবা উৎপা খোঞ্জেলদি ওইবগা

ফজবা লোনদা অমুকসু কৌবকই, "ভাভী, ও-ভাভী. ।"

ইমুংদা, ফম্মুং-ফম্মুংদা মহৈ-মহৈ খুমদবা তান্নদুনা লৈবন্থনি অদুবু শকপান্নদুনা হেক কৌবক্লবদুদদি বাধাবাণীদু হীপফম খঙদ্রদুনা মবেঙ-মবেঙ চৎলকই। অদুবু শঙ্গোম যোনবগী মমাঙদা থোক্লবগী ৱাখলদি হৌজিকসু মঙোন্দা লৈত্রি। মনেমদু ঙশাযনা হৌগৎখ্রবনি, মা থোকখ্রসনু খন্দুনা লৈ। লৈখমনা কমদৌই—কৌবিবদু কবিমত্তা তাদবগুম্না ফুঙ্গামপালদা ইবেন্না ফন্নি। থোক্লবদি লাযবদুনা শঙ্গোম যোনবগী খোঞ্জেলদু তাবদা শাউদুম শাউনীংলকই। মাগী ৱাহৌদগীনি ইমুংদুগী মীশিংদু হৌজিকফাওবা অহিং নোংযাযগুম্না তৃম্ন-হীপ্নদুনা লৈবিবা। মাগী শেল খবদুগী মবমদগীনি ঙবাং মচানা মপা ফুগে তৌখ্রিবা অদুগসু কবিতৌদনবু খুমজকন্দগে, খল্লী লৈখম। ঙবাং ফংলকপা শেলদু ঙবাং যূম হেক যৌবকপগা খূদক্তা শ্বাই অদুম মাঙখ্রবনি , থা অহুম চূপ্না শোক্তুনা চাবকপা চেঙ-হৱাই, ঙা-থুমদগী হেন্দোক্তুনা, পোৎযেং-চৈযেংগী খুদক-খুদক্কী ওইনা মীঙোন্দগী লাক্লবা মযামদু থা অনীখক্কী পেন্সন খজিকখক্তুনা থুংনবা তৈবদা খববগীগা শঙ্গোমগগী লেমহৌদবনি। শেল লেমহৌদে হাযবা ইমুংগী মী লোইনমক্লা খঙলিবনি অদুবু ঙবাংগী ৱাফমদুগ্তাক নত্তনা নিংথৌনা মপা-মমাগী মথক্তা 'মচা শেমগনি খঙদে' হাযবা মবালসিমদি মতম পূম্বদা শীদুনা অদুমক লাক্লি। মচে অনী ঙন্না ঙন্না চেনখি, মযাম্বা অমদি মা মশামক ঙন্না-ঙন্না নুপী পুশিন্নবকই, লুহোংদবদি যাদবনিনা হোংঙী। মদুগী মতুংদা হৈক্রু মনাদা যোম্বা তলবতুনা মপানা মখোযগীদমক সবকাবগী থবক অমুক লৈকপ্নদবসি কবন্ননো' অদুবু হৌজিক মতমগী হৱা-নুংশিৎ মতাসিদা, অহল-মতম ওইবক্লবা পাঙ্গল মযেং তাবক্লবা মপানা, মপানি হাযদুনসু যা কাথোক্লবা ঙশ্বদি নত্ত্রে। থাঙ্গৈশেংবদি মপা অদুদি মচানুপা অহলদুনা চাংমী নীঙোলদুগী মপামদা চীংদা লৈথোকখ্রিবদুদুম মপুক্লিংদা বব পীবিবনি।

শেলগী ৱানা অমনি, শঙ্গোম থকপগী মবর্মসিমদি মবম চাফাত্তবকাদি নত্ত্রে। মবমদি, অপীকপা অঙাং অমসু চেল্লিবী মশা ৱাই শংদ্রবী মমৌদু থা যামখৎ-যামখৎলক্লগা মযাগা মমীৎকদা শুম ঙাযখৎলক্লে। শঙ্গোম যোনবদুনা থোঙ্গালদু লানদুনা অযুক্কী অমুক, নুংথিলগী অমুক, নোংমগী অনীবক চৎলিবদুসু উবিবনিনা মীসু পংলৌ-লৌনবি খন্দুনা মচানুপানা হাযনদুনা শঙ্গোম পৱা অমমক খক লৌদুনা মমৌবু থকহনবনি। মসিমদি পংকায-কাযবা নত্তে। ভাযানা কবি খল্লী—নহাল অমুক থা অনীগী ফংখিবদুদসু পীনি-পীনি হাযবগা পীখিদে। সুম ননশিনখি সুম ননশিনখিদুনা মওং অমা চাবক্লবোয হন্দক্তি লৌহৌদবা শূকযা যাদে।

মহাক্না নাম্মা হাংদোক্লিবা থোঙুদুদা যেংলদুনা অমুকসু কৌবকই, "ভভী,  কোন পুবো ভভী।"

মপাদু তাদুনা লৈবা ঙল্লক্তুদুনা ফম্মুংদগী মমাদা হাযবকই, "নখোয়বু খবা থোকপা যাদ্রববনে  ?"

তাজৈ হাযবদুমঙায লৈখমদু কন্নাসু যাওদনা মতোমদা ফম্বদুদসু মঙকতুম পৈথোকখি। মযৌদু ফম্মুংদগী লেঙম-শাঙমদনা থোক্লকত্নুনা কোন লৌববে। মানা মাঙ্গোল যৌবকপদা শঙ্গোম যোনবনা হাযবকপা তায, "কবি তৌবে ভভী, হন্না-হন্না কৌবে কন্নাসু খুমদ্রে  ।"

বাধাবানী খুমদনা কোন থম্মী। শঙ্গোম হৈবা লোইবগা চন্দ্রশেখরবনা মমায হঙ্গৎনা যেংলদুনা হাযবকই, "পৈশা?"

ফিজিনা মমাযদু অমুক্তং নাম্থোক্লদুনা বাধাবানীনা হাযবকই, "পৈশাদু ফবক অমা তাদৌবে ভাযা।"

"কবি ফবক তাবে, ঙবাংদি ঙসি শোযদনা পীগে হাযবে।"

"হোয, অদো  কোন্নহৌদ্রে।"

"পীবোনে ভভী, পৈশা যাম্লেনে, থা তন্দক ফবক তাদুনা লৈবে, শঙ্গোম লেপসি হাযবসু ভাযানা যাদ্রে।"

"পীববুদি ঐখোযনা হেন্না পীনীংলিবনিদা, তলবসিনা চাং নাইনা ফংখিদবদগী মথং-মথং সুম শোযর্থাখিদুনা তৌর্বানি  হান্না নখোযগী ভাযা অমদুদগী লৌবিঙৈর্দদি অমুক্তা শোযবমদবনিদা।"

"বিনোদ ভাযাদি শাউবা হৈতে অদুবু মাসু তল্লে, পৈশা যাম্না হাৎলে হাযবে, মাগী থবকসি ঐবু পীবে, মাদি ফমদুনা দুকানদা লৈবে।"

"হেবা ঐখোযদি মঙোন্দদি অমুক্তা শোযখিদ্রিদা।"

ৰা অমা-নী ঙাঙনবিঙৈদুদা ইমুংদগী চাউকান-চাউকান কান্দুনা থোক্লক্লগা নিংথৌদু মখোযগী মনাক্তা লেপ্লবে। মমীত্তু ঙাংশঙ ঙাংই। ঙবাংগী যুনম কোক্তি। মাবু উবদা বাধাবানী মমীৎ-মনা ইথক-থক্কৎলকই। শঙ্গোমদু পাযখৎলদুনা ইমুংলোমদা মায ওনশিল্লক্লগা মহাক্না হাযবকই, "হযেং ঙাঙনবসি ভাযা  ।"

শঙ্গোম যোনবদু হান্নগী লেপফমদুদা লেপ্লি। মমায লৈথোক্কে তৌবগা হাযবকই, "ঙবাংসু হযেং হাযবে, ঙসিসু হযেং হাযবে।"

মতাংসিদা নিংথৌগী তাঞ্জা ফংলে, মখূৎ থিন্দুনা শঙ্গোম যোনবদুদা হায, "হে,

নঙগী পৈশা কযানো?

"চাতবেৎ-কা কুন।"

খবা তপথবদুনা শঙ্গোম যোনবনা খুন্নক্লিবদু যাম্না ফিংনা নিংথৌনা ওক্লকই, "উঁ, নঙগী লুপা চাত্রেৎতু হাৎলনি, সি নত্রা নঙ' হাযবি'সি হা ? নঙগী লুপা চাত্রেৎতু শিংবা ঙম্মবোয সিনে হাযবা।"

"ঙম্মোয হাযদ্রেনে, কুইবে পীবো হাযবেনে ভাযা।"

'শে-শে চাত্রেৎ কুন ।"

মাঙ্গোলদুদগী চুবিদা কুমথবক্লগা নাকল্লোমদগী হাইজিনখিদুনা খুত্তুম নীংথিনা তাশিল্লদুনা নিংথৌনা শঙ্গোম যোনবগী মমাযদুদা তিংখত্তুনা থিনজিনখিবা কিনদু, বাধাবানীসু ভাব অমা তাহৌদ্রে। মানা ইমুংলোমদা লৈশিল্লুবগা মমায অদু লৈথোক্লকপদা চন্দ্রশেখরদু মখূৎ ওযনা মনাতোল খুমজিন্দুনা লৈবম্মী। ঙাইহাক্তি বাধাবানীসু হাযফম-তৌফম খঙদদুনা মঙোন্দা যেংদুনা লৈরে। মহাক্কা মখূত্তু থাদোক্লকপা মতমদুদাদি নাতোন্দগী নাহী তপ্পা-তপ্পা চেন্থবা হৈনক্লে। মদু উবকপদগী বাধাবানীনা পাখৎনা লাউবকই, "কবিনো তৌবিসিনো , ইমা' "

খোনযম্মদু তাবদা ইমংগী মী লোইনা মপান্দা চেন্থোক্লবক্লে। শঙ্গোম যোনবনা ঈদু মখৎনা তৈথোক তৈথোক্লদনা না ঙাস্তগদবগী তৌবকপদা মযা অদুসু ঈ থোক্লমাল্লে। মতিলদু অমুক-অনীবক শাতোক্লবগা কপ্প কপ্পদুনা হাযবকই, 'পুন্সিদা অফবা ওইবোয নঙ ঈশ্নবনা খঙগনি।"

ঙাংনা-ঙাংনা থোকখিদনা মহাক সাইকলদু ঈনবা তৌখ্রে। মহাক্না চৎখ্রিবদু খামগদবগী মযামনা ইন্নে । নিংথৌনা শূমাঙদা লেপ্পা-লেপ্পা লাউহৌই, "হৈ মযাং মচা, বিহাবী, ঐনা হাযবিবসি তাখো, নঙ হয়েংদগী লন্নীসিদা কাওদুনা চৎপা যাবোয খঙঙত্রা, হেক চৎলম্মবা নথরায মাঙঙে খঙঙু , নোঙোয নপা-নপুগী পৈশা পেকফম ওইববোই নীংত্রা লমসে পৈশা যাম্না পাম্না হাযববু নথরায মাঙদনা তোক্কনি।"

চৈনা-চৈনা নিংথৌগী খোন্দু নেমথবকই। মযামদু খাম্ফম খঙদদুনা লৈহৌবে। শঙ্গোম যোনবদু মবোন্দা কবি-কবিনো ঙাঙলদুনা সাইকলদু ঈনদুনা চৎখ্রে।

# তর্পণ

**লাংবনগী তবাতব্দক্লি** পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎনি। মহৌশা নানবগী মথক্তা ঙসিদি ইংখোল অসিগী থোঙ্গাল ব্রাংমা লান্না শীৎ-শেংখ্রবগী খুদম উই। কবি গুন্না মফম অমত্তদা অমোৎপা-অথীবা পোৎ মচা অমফাওবা উবা ফংদে। ঙস্তানা পুজাবী লাকখ্রে, মদুগীসু মমাঙদা মৌ অতোম্বীনা অযাম্বা থৌবাং মাঙজৌননা লোইশিন্নবা হোৎনগ্রবনি। মোডা মবি-মঙা হান্নন৷ পুথোক্লক্লে। চুরুট-মৈখেৎ হাপ্পা প্লেট অমা শঙ্গোযগী ফক্লাং মযাদা থম্লল্লি। পুজাবীশিং হেক যৌবকপগা ফি হোংলে। মোডা অমমম চিংশিন্দুনা ফিশিংদু মতাই ওইবপ্পা থম্লে। হৈব্দক তাঙ্গ, পানা তাঙ্গ, মোমবত্তী, ধূপ হাপ্পা লূকমাযদু লানশিল্লগা খবা অহল ওইবা পুজাবীদুদা ওনশিন্দুনা হাযবকই, "ঐজ্ত্রা নৈবঙ পূজাগীসি অমুক্তা যেংবীযু।"

ঙসাইমখৈ পুজাবীশিং অহলসু-নহাসু লোন্না অমদি ফোংনা মৌ অতোম্বীগী মীৎ থল্লবা মীওই-মীতৌ, খোঙদা খৃৎতা, অথোৎপা খোঙযানা নূং-লৈঙোয চনশিনখ্রবা লৈমাযদা ফাবপ-ফাবপ থাংলিবা খোঙথাং অমত্তা চীথদনা যেংলল্লি। পুল্লে কুচুদা হেন্দোক্লা পানবা কুচুদা মুগা মচুগী ফনেক, শংবান্নবা মচুগী ধাবী চেনবা অঙৌবা ইনফিনা

কোক খুল্লপ তৌবা, পাবপ তাবা মাযদাদা খোইতক খোইতকপা লুমাঙগী শমদুনা মায়থোঙদুবু হন্না-হন্না উববসু যেংনীংবা পোকহল্লী। পুজাবী অহলনা হাইফেৎ চঙশিল্লগা য়েংফাৎত্রিঙৈনা খুল্লকই, "ব্রাৎলল্লবোযদা, শিজতোন্না হেন্না খঙলপোৎনি।"

মৌ অতোম্বীগা পুজাবীগা খোঞ্জেল থোক্লা নোকমিন্নে। অতৈসু মোমোন-মোমোন তৌনৈ। ইমুংসিদা অসিগুম্বা উৎসবসি চহী অমদা অমুক্তং থোকপা থবক নত্তে, অমবোমদা চাকখুম অহুম থোকপা ইমুংসিগী নুপীশিংগী মনুংদা চেকশিন খোনজিনবদা মৌ অতোম্বীগা লাম্বানবা যাবা মীশক যাওদে। পুজাবী অহলগী ব্রাদু চুমদবা নত্তে।

মৌ যাইমসু থোক্লক্লে। শাগৈগী নৈশাবীমচা অম-নীসু থুংলবে, এঞ্জাং-নাপী হাপ্পা থুমোক-যাংকোক, যেন্দায, কোমপাক, হোন্দোক্লুনা শেম-শাবা হৌবে। মযাম্বুং অতোম্বনা খাজিন-খোৎচিন, মী ফম্ফম্নচিংবা শেম্মী। মযাম্বুং অহল পূম্নমক্তু থুংনবা যেংলুবগা হাযবকই, "কবি-কবি চিত্থ-নাম্থবকা যেংবীবেকো ঐজ্ঞা?"

পুজাবীনা উদবা পোৎশিং নীংশিং-নীংশিংদুনা হংলকই। মযাবুং অহলনা নত্তুগা মৌ অতোম্বীনা 'লৈবে লৈবে' খুম্মী। অব্রাৎপা লৈত্রে হাযনা যানবে। তাল্লকসিদা মচেমশি অহল থুংলবে, ঙাঙ-ঙাঙদুনা চঙলকই, "মল্লিঙৈদা হৌদুনা লুজববনি, তূম্বকা যাবা নত্তে ঙাা চৎনীংবনা, অদুবু থেঙখিবনা হেক্তা হাল্লী, হৌগৎপিবল্লে ঐজ্ঞা?"

"অহোয সনাইবেম্মা।"

"খঙদেদা ঐজ্ঞা চহী যামশিল্লকপা হাযবসি থবক অমত্তা মঙম শান্দ্রেদা।"

মাঙ্গোল কাখৎখিদুনা ইমুংদা খোঙউপ, খাউনচিংবা থম্লুবগা শঙ্গোযবোমদা লাক্লে।

ঙবাং থবক অযাম্বা লোইশিল্লম্লর্বনি। নীঙোল পূম্নমক মানা-মানা কৎচবা হব্রাই-চেঙব্রাই, থাউ-থুম, মবোয যাওবা পুনবক্লুনা পূন্না শীনমিন-লাঙমিন্নবম্বনি। ঙবাং সনাতোম্বীদনি লাকখিদবা , অদুবু সনাতোম্বী লাক্তবগী মবমদি ঙবাং কনানসু হংনখিদে।

অমমম লাক্লদুনা নীঙোল তব্দক পূল্লবে। মতমদুদদি সনাহনবীগী পূক্লিংদা কবি গুম্বা অব্রাৎপা অমা লৈবগুম্লা নিংকোক-নিংকোক তযাং-তযাংবগুম্ব'মা কন্না ফাওবক্লে। ঙবাংদি সনাতোম্বীগী ব্রা হৌদোকপদা হঙ্গোইনবগুম হোৎশিন্নখ্রবসু ঙসিদি সনাহনবীগী থম্মোযদা ব্রাফমদু ফুমদুনা কুইনা থম্বা ঙমদনা মপাল থোক্লককই, "ওম্বোকপা অঙাং হাযবদুনি, মমাগীনি কৈদৌগে, ঙন্তানা লাক্লুনা শেম-শাবসিদসু মযাওববা যাই, মীতোপুঙায মঙোন্দা কনানা পোৎ পুবক্তবা যাদে, শেল পাংদবা যাদে হাযববগে লৈ

মনা অমতং থম্মোযশেংনা কৎনগা লোইবে।"

অদুবু সনাহনবীগী পৃক্লিংগী মমি কনাদসু তাদবগুম হান্না ৱাবী শাবম্বা কাংবুনা পল্লুববা ৱাবী মখা কাযদনা অদুমক চথনখি, তৃমিন লৈবম্বা কাংবৃনা তৃমিন অদুম লৈশিনখি। খবা কান্নববা তুংদা মৌ অতোম্বীনা তপ্না হাযবকই, "খঙদেনে মাবু না-যেল্লববা।"

মৌ অতোম্বীগী ফজববা লোন্দাদুগী অর্থ মুন্না খঙনববশিংদুগী মনুংদগী মচলনুপী উমানা তাপ ও ক্লনা খুল্লকই, "কনানা নাজকগদবনো ইনমশি।"

মৌ অতোম্বীগী ভাঙননবা তাঞ্জা পীদনা মযাম্বুং অহলগী মচানুপী পুস্পনা নোকঙাঙ-ঙাঙলদুনা খুল্লকই, "মাঁ মচাদি পোঙখ্রপোৎনিদা।" পীশুম-শৃক্লপ যেংলম্লগা সনাহনবীনা হৌগৎখ্রিবদু থোইনা নাচংনকদনা মখা তাবকই, "হাযবসু-হাযবনি, ঐখোয সনাতোম্বীসি অতোন অতাং ওইবগী অনম খবা কনবগা, লৈতবগী অফ-ফত্ত খঙলক্কবগা, মা কৈদাম্মা তৌবদনি।"

"মানা কিবা, উশীৎপা, ইকাইবা মী লৈতে হৌজিক্তা।"

মতৈ-মহৈ নুংদা ওম্লবম্বশিংদু নাকোই নাকোইননা যোঙদোক্লবা হৌনবকই। লৈকাইদা ওংবী ইবেযাইমতদি মনাউবু চৈবা যাওদে, তৃমিন্না মযামগী ৱা তাদুনা লৈ, মঙোন্দা মনাউনা নোংমত্তা ঙাবদে, মাগী চৈনী, ঙাই মবম লৈতে। চহী খবা নৌবনবা মবী খবা লাপখিবনবা থৃপচান্নবা লৈতনা পুস্পনা দোং হাযদোক্লকই, "পাবুংনা পৈশা পীদবৈ শাউবি-ওইবিনি।"

লাইবক্তা শাই অমদি তুংগীনা লেংজুমদা কক্লগা পুনশিল্লিবা তেল্লবা মশমদু হাইহল্লদুনা পুস্পনা অমুকসু হাযবকই, "অহায খৃদিংদা অমুক্তং শোযবগসি যাদ্রে।"

"কযা পীযু হাযবিবা?" খঙনীংনা হংলকই উমানা।

'মঙা, মঙা, লীশিং মঙা।'

মযামদু চপ-মান্ননা ঙকমিন্নবগুম মঙোন্দা পুল্লপ যেংশিল্লকই।

তিলোতমানা ইপা-পাখৎনা হংই, "এ! কবিগীনি হায অদুদি?"

"মমোন ফখ্রবা ইনাউনিদনা," শিংজমৈ ওংবী বমানা ওকখি।

" ঐগীদা থবক শৃবা খবা যাওবম্বদুসু মবি-মঙানি লাক্লম্লগা লাকখিদ্রে কৈদৌববনো খল্লগা খৃৎ তৎপমথৈ ফি শৃবগা, চনাং থাবগা, খৃৎশৃমল অদুখক পী অদাখক পী হাযদনা মীঙোন্দা হেক হল্লম্মী।"

"হৈমা, ঐবু ঐখোয'ষ্টাফ পূনবী মখোয' লৈকাইগী নুপী অমদা মানা মৃৎলিবসি ঐনা মৃৎহল্লিবনি হায-হাযদনা ময়াম্মা ঐবু ভাব অমা তৌবীববনিনে, ঈপোৎসু মাঙবা বদনামসু থোংবীবা মানা শ্রু-শ্রু নৈদুনা মীগী শাবদগী অমুকফাও শিজদ্রিবা তুলা অনীমখাযগী খূজিদুবু বন্ধপ থম্বীখ্রগা হনবসু হনবীদ্রবা অদুগা ।"

"মদু খজিক্তফাও হজিল্লকখিদ্রববা ইনেশি?"

"মচীৎ-মচীৎ খববুদি পীবম্মে, অদুবু শীজিন্নফমদি খঙখিদ্রেদনা। অদুগসু ঐগী শেল শিংবদা মা মৃৎলিবনি হাযবীবিবনিদনা।"

"মদুগী ব্রাদি মাদি লৈশাবিঙৈদা, ঐনা লীক ব্রাযবগা বন্ধপ থম্বগী ঐঙোন্দগী থা খৃদিংগী শেন্দোয লৌবিদুঙায, অদুনা ঐ' ইচা অমত্তনা মাবু যাদে।"

তেবা ওংবী মচে বিমলানা লাইমল কাঙনা হাযবকপদু তাবগা ঙাইহাক ইচীক-চীক্লা লৈনৈ।

" হাযনবির্সিনদি ঐনা ইফ-ফবেনেকো, চঙবসু ঙমদবা, চৈবসু ঙমদবা, হা-হা-হা।" মৌ যাইমনা মখোল বো-বো লাউনা ঙাঙলক্লগা হৌনা নোকথোকই। অদুগা হাযবকই, "মানা লৈশাবিঙৈদা ঐনা মদুগী নুপাদুদা লৈবদি ঐগী ইনাক্তা চঙলক্কনু হাযখিবদুনা মা ঙসিফাওবা ঐঙোন্দা চঙলক্ত্রিবনি।"

মখোয খৃৎসু লেপ্তে, চীনসু পোত্থাদে। লৈশাবী মচাশিংদুদা থৌদাদুনা শেন্না লৌইবক-লোইবকপা এঙ্গাংশিংদু পুজাবীবোমদা লানশিনহল্লী। ঙাইহাক সবক-শিকবগা উবিপোক ওংবী তিলোতমানা ব্রাখল তৌনা হংলকই, "মাগী নুপাদুদি কমদৌবি?"

"মী ওৎলি।" থওইদনা খুমই পুস্পনা।

"ফৎখিদ্রবজাৎনি মদু।"

"অদুনবু লাইনা পার্মদ্রিবনি, হঙ-হঙ তাবদি হাৎকে হাযনি।" হাযবগা পুস্প মথন্দা থিক থিক নোকচৈ। মতাংসিদা নমশিল্লুববা ব্রাবীগী হৌবকফমদু অমুক চিংথোক্লক্লে উমানা, "অদুবু অদুক যান্না পৈশাদুবু কবিদা শীজিন্নবনি হাযগে?"

কৃইনা থৈদোক্লনা থল্লন্না ব্রাদু পনদবা যাদ্রদুনা লকক তৌনা পুস্পনা হাযবকই, "উম, মখাবোমগী বীনাগী শিংনবনেযে।"

হন্দকসু মযাম পূন্না ঙকমিন্নবগুম অমুকসু মঙোন্দা পুল্লপ যেংশিন্নবকই।

"কনাগী? ওইনাম বীনা'সিগী?"

"হোয।"

"এ! অসিদি কদোমদগী লাম্লুবিবা?"

"খঙদে-খঙদে, লৌনবমদাযদা ঐখোযদা তাকপিবস্বসু নত্তে, হৌজিক্তদি অমসু-অমসু ইতৈ-তৈবীবে।"

হৌবদগী মযামগী মীচৈ খাঙলিবগুম লিপৎ-লিপৎ চত্তুনা অশীল-অবাঙ তৌনা-তৌনা মখোযগী ৱাবী তাবিবা মনে-অহলদু মতাংসিদদি মমৌগী ৱাহৈশিংদু তাথোক্তুনা লৈথোকপা ঙম্লক্তবগুম চঙশিন্দুনা হংলকই, "কযা কুইববা শেলনোনে?"

"চহী অহুম-মবি শুবে হাযৱা কৈনো, হন্দক্তা ঙ্রুঙ-ঙ্রুঙ ঙংখৎলকপা ওইবমাল্লে।"

"উম! কবয়ো।"

মনেহল মফমদুদগী থোকখ্রে। পুস্পনা কোথদুনা ঙাঙহৌই, "মসিসু মতৌ মান্দনা খোন যাম্না কনমাল্লে, নৌনা নুংঙাইখৎলকপগী হৌনবা।"

"তৌবমগনি, লাদা চাবম্বদগী পৃখমদা চাবকপা হাযনদাযনে।"

"শিংবা ঙম্মোযদবা লৈববদি মীগী শেল কৈদৌ পুবীবিনো, ঐখোযনা ৱাবিঙৈদা ইচেমশিখোযদা লুপা তবাদা হংজবদেকাযনা লোইবমাল্লে।"

"এ!"

"অ, লৌবমদাইদা কপ-কপ্তুনা লীখিবা ৱাবী মযামদু নীংশিংঙ্গু-কাসু হায হাযযে।'

"কপ্পসু হৈখ্রবনি মাসু , মসিমক্লহেক ৱাবনি, ৱাহৈ অমগা কপ্পগা, ৱাহৈ অমগা কপ্পগা ।'

ৱাহৈপবেংসি হাযবা লোইশিল্লকপদা খোঙ্গেল অসুম পীকথখিদুনা বিমলানা ঙাঙবা লেপখিবদগীদি অতৈসু তম্থনবকপগুম কবিসু হাযনবক্রে। থবকসু লোইশিল্লক্লে। মযামদু ইমুংদা মবী-মবী চঙনবক্লে।

সনাহনবী লৈকাইগী অহল-লমন ওক্লি, লাইবিক তাবিবশিংদুগী মবক্তা চঙশিন্দুনসু যম্লুই, হৌগত্তুনা চাক থোংফমদসু হাইফেৎ যৌশিল্লুই, অদুবু খ্বাইদগী তোর্যানিবদি কোম্মোঙলোমদা যেংবনি।

ইমুংদা মৌ অতোম্বীনা চা লোল্লুদুনা মযামদা যেল্লল্লগা থোক্লক্তুনা সনাহনবীবু কোযথি-থিদুনা কৌশিল্লবি। মযাম চা থকমিন্নদুনা ফম্মিন্নববদা সনাহনবীনা ৱা হৌদোক্লকই।

"  ৱাসি সি-যৌনবে খঙলবদি, অমনা কোক পীথোকপিবদা কযা যাম্বা শেলনো নখোযদবো? মতোমতগী ইজ্জৎতি নত্তেদনা মাঙলিবসি   মীনবু ওম্থোক্লা নোক্লবিনি   ইকাইজঘ্রে।"

হৌফাত্তবা সনাহনবীগী খোঞ্জেলদু মৌশিংগী নাকোঙদা হৃৎচিন্দনা চঙখি। কনাসু ৱা ঙাঙনদে। মৌ অহলদি অযাম্বা থবক্তা মনীং থংই, ঙাঙথোক্লকপসু মোল্লী, তৌথোক্লকপসু মোল্লী, অচৌ-অশাংগী ইমুংগী মী মান্দবদা মানা মহেল্লে। হৌজিক-হৌজিক্কীদি ইমুংসিদা মচীন কন্না চৎলিবসি মযাম্লুং অহলগী মচানুপী অহলনি। মহাক লুহোংখ্রবসু হৌজিকসু ইমুংসিগী মী ওইবি। নুমিৎ খুদিংগী ওফিস কাবমদাইদা অঙাং থল্লম্লগা, কৃম্লকপদা সোমদা কৃম্লক্তুনা নুমিদাংগী চাক চাবগা মতৈ-মনাউ, মচা অনীগা যুমদা থেঙনা হল্লী। মাগী নুপা অজীৎসু হৌজিক্তি ইমুংসিগী মীশিংদা চল্লে। পুস্প, ফিজেৎ-কুচু তনাল-তনাল্লী, ৱাঙাঙ-শাবান তপৌ-তপৌই, সনাদা সনানি। চাংমান্নবা অবংবা যাতাদুনা নোকপদা মগুণ লৈহল্লী। ঙসিদি পুস্প, লৈমচু অৱাউবদা, কাংচেৎ মচুনা মপাল পাক্লা চনবা মেখলাগুম্বা, শিঙ্ককী ফনেক অমা শেৎলী, পাম্বোম যাওদবা ফৃবিৎকী মথক্তা চন্দণ মচুগী মপাল পীক্লা লোনবা পাববসু লিংনা তাবা ফি অমা শেগা ওন্দুনা যেৎপোই-ইনবোই তৌই। শিবি-চাবিবা মবীক-মকোল অমমমতা ওইববসু লূম  লূম লাউই। ইল্লিবা ফিগী ফিজীন পাযদুনা শান্নবদুনা খজিক্তং নেম্না খোনফমদা পুস্পনা হায, "হন্দক্তা নত্তেদা ইনেশিচৌবী, তোযমল্লেদা  ।"

"হোযনে, হন্দক্তা নত্তে হাযবা ইনে খঙঙীনে ইনেগী পুস্প, অদুবু মাসিবু, সনাতোম্বীসিবু কনানো? নঙগা মাগা কবি খেন্নৈ, মাসু ইমুংসিগী নীঙোল, নঙসু ইমুংসিগী নীঙোল   নখোযনা মাবু লন্নানবা ওইনা খল্লগা ইমুংসিগা মাগা লৈনবিবা মবীসিবু হেক্তা তৎনবা যাবদ্রাও? নহাকমকসু ননেদুগী মনমদা চাউবকখিবনিনেহে ইবেম্মা  , ঐবুদি লৈজদবগা, শোঞ্জিল্লকপগা নোংমতসু ইনাউদুবু যেংশিল্লবা ঙমদে,   অদুবু ইনেগী থম্মোযসিনদি ফক্তবা, মবাযবক থীববা ইনাউদুনা ইহেন-হেন্না নীংশিংঙিনে ইনেগী পুস্প।"

পূম্নমকপু চৈনা ফাওহল্লিবা ৱাহৈশিংদুনা মশাবুসু শোকহল্লদুনা শাংথনা ঙাঙবা ঙন্নক্তদুনা মহাক মশাবু ফাজিঞ্জঘ্রে। মযামদু মীৎ কৃপকনি কাউনা গুম চপ-চপ যুংনা লৈনৈ।

তাল্লকসিদা মপানগী থোঙলোমদগী খঙহৌদনা ফৎ চঙশিল্লক্লুনা মচেগী মনাক্তা নকশিন্না লৈমাযদা নীঙ্গাংনা ফমথবদুনা মযাম্লুং অহলনা ঈংনা হাযবকই, "ঐসু তৌনীংদবা, তৌদবা নত্তেনে ইচেমশি, হন্দকসিদবু নাতৈ চাদবগী তৌবনি, অঙাং অনীগী শেল থাবগা, দেব-কর্মশিংসিগী পোৎযেং-চৈযেং মযামসিগা, হৌজিক মতমগী শেলখায-থুমখাযশিংসিগা ঐ ঙাওদুনা চৎকদৌবিবজাৎনি সত্য, মীনদি খঙদ্রবা।"

"অদুবু নঙ নত্ত্রবসু অতৈসু লৈবিদনা, ঐখোয অসুক যাম্বসিদি ইমা লুখ্রাবীদুনা মফম খঙ-খঙনা থম্বীবম্মীদনা, মাদনি হিংজ্রোং-কাংজ্রোং হুন্দোকপিবম্বা ঐখোযনা মহাকপু যেংশিনবীবসিবু ঐখোযগী তৌফমথোকপা ইথৌ নত্ত্রা? মদুনা ইপা-ইমাগী লমন খজিক্তসু শিংদোকপা শক্লোযদ্রনে? পুক্সি চুপ্পা যেৎলগদবসু নত্তে, শিবমদাইদুদা ইমানা মাবু নখুত্তা শিন্নবম্বদু নঙনা কাউথোকপা ঙম্লবসু ইচেদি কাউবা ঙমদেনে সনাজাউবা।"

সনাহনবী ফিজি চিংখত্তুনা মীৎলু নপথোকই, মখোল থোক্লা নাতোল চিংখৎলী।

"ইহে! ঐখোয ইচেমশিসিদি ম ওং অমনিদনা।"

সনাজাউবা হৌগৎলকই।

"হোয-হোয, নুংঙাইবা তবানা অব্রাবা অমা শৌগৎপা ঙমদে হাযবা ব্রা লৈবনি, চর্মাদা ইচে খঙই ।"

সনাজাউবা খুম্লমদনা থোকখ্রে। তাল্লক যেংদুনা মৌ অতোম্বীনা মগীসু ব্রা খবা হাযহৌনবা হোৎনবকই, "থা অনীমুক্কী মমাঙদা মখোয' যাম্বুংনসু মখোযগী মমান্নবা বোবিনদুদগী মঙা অমসু মানা পূবিদবা যাদে'না পূবিখ্রবনি, মদু ঐখোযদি বীনাগীদু শিংগদবোই নীংলুবে।"

"যাবে-যাবে ইবেম্মা, ইনম্মা নখোযদা শাউদে।"

সনাহনবী মাঙ্গোল্লোমদা তপ্পা থোকখ্রে। মানা থোকখ্রবদুদদি ব্রাবীগী মচীৎ-মথাক কাবি গুম্বা অমত্তা লেমহৌদ্রবগা মান্নবে, কাদু মী লৈতব গুম্মা চীকহৌবে।

নুমিৎ থেঙজিল্লকই, মী তিনখৎলকই। সনাহনবীগী পূক্রিং লৈতাদবা হেল্লকই। ঙাইহাক লৈতনা থোঙ্গাল্লোমদা যেংলম্বদগী কোম্থোঙ যৌবকই। অদুবু মখল কযাগী গাউীশিংনা চৎফম লৈতবমখৈ খামজিল্লিবদু নত্তনা মহাক্লা উনীংলিবদুদি উবা ফংখিদে। হঞ্জিল্লক্লুনা মৌপ্পা যাইমগী মচা-পাখং অমদা চঙশিন্দুনা হাযকরি, "ইবুংঙো, নঙ,

ননেতোম্বীদু ঙহাক্তা লৌবীকদনা?"

"হৌজিকপু লাকউ যাখিদ্রনে?"

"হোযনে ইবুংঙো মদুস ।"

সনাহনবী তূমিন্না তোকপদা মতাখি।

গোপালদেব লেঙলক্লে। হৌনবী মতুংইন্না লৃক কৎখ্রে। সনাহনবী লৈ কৎপা চঙলকই। ইবুংঙো গোপালদেবগী চবণদা লৈ কৎনা-কৎনা মমাগী অবোইবা মীৎকৃপ্তা মমাবু কোযশিল্লিবা অদুক যান্না মচা-মমৌশিংগী মবক্তা মচা সনাতোম্বীতবু চিংন চিংনা যেংদুনা কংলবা মমাগী মীৎলুদগী লীক্ল তাখিবা তবং-তবংলবা পিবিক অমা নীদু সনাহনবীগী মাঙদা ইবং-লংনা চোংথোবক্লে, মতৎ-মতৎ ওইনা সনাজাউবদা শিন্নবম্বা ব্রাহৈশিংদুসু খোঞ্জেল হৌনা তাবক্লে। ঈচাউগুম্না হৌবক্লিবা পিগী ঈচেল থিংবা ঙমদনা সনাহনবীনা হান্নগুম্না শেঙ্গাদগী লৈ লৌদুনা অমুকসু হন্না লৈ কৎলকই। মহাক্না কপ্লদুনা হাযবকই, "ইবুংঙো, ইনাউ সনাতোম্বীনা কৎচবিবা লৈনি, লৎনবীনুকো।"

# পাউখোঙ

(১)

**ঙসিসু কুলবিধু** ঙয়া থোক্লক্কনা পশোৎকী হোটেলদা তল-চা ত্থাইদুনা ফম্লবে। নীতিগুম্না হোটেলগী খববদু ঙসিসু থরাম যাওনা পাবি। কুইদ্রি, থা খবসিগী মনুংসিদনি কুলবিধুগী অনৌবা মতৌ অসিনা মমা পূক্লুংদগী লোযনবক্লবা মচৎমক্তগী হেন্দোক্লক্লিবা। মহাক্কী মহৌশাগী শাউগনবা, নুপী-অঙাং কৃগন-চৈগনবা হৈনবী শাজৎ পূম্বদু ঙসিদি শৃৎ নানখ্রবনি। ত্থাইহাক্কী মনুংদা লৈকাইগী নুপা অনী-অহুমসু চঙলক্কনা মহাক্লা ফম্লিবা কালশাংদ্নমক্তদা, মাগী মনাকমক্তুদা ফম্লবসু যাওবি অদুবু খববদগী মমায লৈথোক্কুনা মহাক্লা কনাবুসু কৌরুবা ঙমদ্রি। খোঙ্গেল থোক্কনা অসুম পাবিবদুগী মবক-মবক থৎনা মহাক্কী মচীন্দগী অরাবা ফোঙদোকপগী মতেক-মতেক ওইবা রাহৈ অমা অনী হেক-হেক থোক্লককই। মতাংশিংদুদা নাকলদা মোডা থাদুনা ফম্লবিবা তোমালনা মঙোনলোমদা ওনশিন্দুনা অমুক-মুক যেংলকই। অহানবা লামাযদু পাবা লোইশিল্লক্লবা মতমদুদা স্বব হোন্দোক্লদুনা মীওই অমত্তদা অপান্নদনা রা ত্থাঙবা হৌবকই, "লোইবে, নৈপাক অসি মপু

পান্দবা হাযবদু থাঙ্গৈহেক শেংলে ।"

পশোৎনা মমাঙদা থাংজিন্দুনা থম্লম্লবা চা গিলাসতু পাযখৎলদুনা চাদু অমুক-অনীবক চিংলুবগা কুলবিধুনা মহাক্কী নীন্দা চেল্লবা ৱাঙাঙদু মপোপ ইকায-কাযদনা মখা তাবকই, "কুইববোয, মীতৈ হাযবা জাতিসি শূকশোয-শোযদনা মৃৎলনি।"

ইন্দকমুক্তি তোমালগী মমীৎ-মনাদু খংশিং-শিংগৎলকপগুম তৌবকই। অদুবু পাযবিবা চাদ নমচিং-নমচিং চিংলিবদু নত্তনা কবিসুদি খুন্নক্লি। কুলবিধুসু চা থক্কুনা ঙাইহাক লৈখ্রে। চাদু থকপা প্রপ-প্রপ লোইশিল্লদুনা অহাঙবা গিলাসতু থমখ্রগা মীৎকৃপমুক্কী তুংদা তোমালনা হংলকই, "কবি পাউ যাওবিবগে?"

" কবি পাউ অনৌববু যাও'নি হাযবগে, নীতিগীসিঙায, মীৎকৃপ কাংদনা থোক্লিবা মীহাৎ-মীপুনগী পাউশিংসিনি।"

"ও ।"

"লোইলম হাযবদু ওইববনিনা, লোই মপুগী অওৎ-অনৈ খাঙদুনা লৈবা, মখোযগী লাল্লোযশিংগী মখূত্তা থৱাযনা পোম্থা ওইবা হাযবসিদি লমদম অসিগী মীওই কাংলূপ অসিগী লাইবক্তা তম্লম্লবা শোযফদ্রবা নোংদমগা চপ-মান্নববনি, মীখা পোনবা লৈবাক অমগী প্রজা ওইবিবা ঐখোয অসিদি তশেং-তশেংলবা হংগী লাই হাযবদু ওইববনি।"

থাজনীংঙাই ওইদ্রবা কুলবিধুগী চীন্দগী থোক্লক্লিবা ৱাদু তানা-তানা তোমালগী মাযথোংদা হাযনীং-হংনীংবগী মমি তাবক্লি, অদুবু মমৃৎ-তানা ঙাঙলক্লিবা ৱা পরীং অদুদা থৎলুনবা মহাক্কী পাঙ্গল লৈত্রবগুম্না লেঙলম্লবা চীন্বালদু হঞ্জিনখ্রে।

"মখোযনা ঙম্মী হাযবগী মতাগুম কবিসু খঙজদ্রবা প্রজা কযাবু কযাদা নুংশি-হৈতনা কাপ কাপ্পুনা হাত্তোকপিবিবা, মবাল লৈজদ্রবা মীওই কযাগী পুন্সিবু কযাদা মমল যাওদনা মাঙহনবীবিবা , মাযকৈ অমদনা মযাং সিফাইশিং অসিনা লমদম অসিগী চনুবা ইচা-ইমৌ কযাগী ইজ্জৎপু কযাদা উশীৎ থওইদনা খোঙ্গাওনবিবা, মপুবোইবগী, মচাগী মমাঙমক্তদা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা হাযবসিদগী হেন্না তমথীবা মীওৎ-মীনৈ কবিবু লৈবিবগেনে , মসিগুম্বসি খল্লুবগদি ঐহাক, ইখৃত্তা খৃৎলাই পাযদুনা লান যাওবা চঙনীংই ।"

মহাক্কী অশেংবা থম্মোযগী মপাউ চেল্লবা ৱাহৈশিং অদুগী অবোইবা শব্দক অদু হাযনা হাযনা মহাক খোঞ্জেল ওল্লকই, খৃদুম শীংলকই। ওযগী খৃৎশাশিংনা মীৎলু অনীদা

অমুক-অনীবক মাকুবগা নাখাঙদা পাযদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ঙাইহাক লৈ। তাঞ্জাদু লৌদুনা খবদং নীংজিং-মাংজিংনবপ তৌনা তোমালনা হাযবকই, "ইবুংঙো কুল, ইবুংঙোগী অঙাং অমা যূমদা হঞ্জিল্লকখিদ্রে হাযবগুম তাখিবদুবো? "

"অহোয তাদা।"

"অ, মখোযগী নহাবোল যাওবা হাযদ শেংখ্রবনিনে?"

"মদুনি তাদা।"

"এ-এ, ইবুংঙো, ইবুংঙোগী অঙাংবু কবম্বনোনে?"

"অঙাংসি, মহাক্না তবেৎ শুবনি তাদা, নুপাদনা মঙাশুবা হাযবতাবে।"

"ও, মদুদি , চহীবু কযামুক শুখ্রগেনে?"

" মাগী চহীসিবু ঐবু তাপহেক হাযবা ঙমজদ্রে তাদা, মেত্রিক থাদ্রি, নোংমৈগী মথং নোংমৈ অমদা থাগদবনি।"

"পাম্মৃইদা!"

"অহোয তাদা, ইচাদু পাম্মৃই অদুবু মন্না খন্থকুবগদি থোইনবু পাম্মৃকফম থোক্লবা হাযনবু খন্দোক্নে।"

"কমদৌনা ইবুংঙো?"

"মী ওইবা ঐখোযসি অযাম্বনা ইশা ইশাগীতা থল্লিঙৈ, ইশাগীতা হোৎনবিঙৈ, লৈবাক্কী, মীযামগী, সমাজগীদমক, মাংকৃপ অম ত্তং কাইথোক্লনা কবিগুম্বা থবক অমত্তসু পাঙথোকপা ঙম্লদে। মবম অদুনা মশাগী ওইজবা থাদোক্লনা মপুক্সি কখোকপা ঙম্না মীওই সনদি মাযামগীদমক মতম খৃদিংমক যাম্লমক দনকাব ওইদুনতা লৈদো তাদা।"

"চুম্মী, কখোকপা খবা থাদবা যাবা নত্তে, মদুদনে ইবুংঙো, ঐ অমা নঙ অমা লৈবাক্কীনি মীযামগীনি হাযদনা, মবমচানা, মফমখঙনা, নাখৈশেংনা কখোক্লবনা অমনিদো, মদু নত্তবদা, কখোকপগী নামাদা যাম্না লৈবেদনকো, মখল-মখল, তৌজিক্কালসিদদি শিবসি কিনবক্লনাসিদদি ।"

"মী খৃদিংমকসি চপ মান্নবদি নত্তবনিনা মযাম মবক্তা অশোযবা অবানবা হাযবসি খবা অদুমক যাওবা তাবনি, অদুবু তাদা, শিবগী ৱাসিদি কনাসু কিনবক্লে হাযবমকপু যাশিল্লক্লে ।"

"অদুবু শিবা কিদবা মীপুম খৃদিংমক্তি মলৈবাকনীংবা লোইনদি কৌবোযদনা কুল।"

"নত্তে-নত্তে ব্রাদু ওন্নবে, ঐনা হাযজবদি—মীওইবনা, মশাগী হক মাঙলক্লবা, মশাগী চাকথুং ফংলক্রবা, হিংবগী নামৎ মাঙলক্লবদি অশিবগী খাযাত্তা অকিবা লৈতনা চোংশিল্লকপা হাযবসিদি হৌনশানি হাযজবতনি। মসিদি, ঐখোয তাইবঙ মীদি থম্মু থমখিসি, পঙত্নবা জীব শা-ঙা ফাওবা মীনাই ওইনীংবা কনাসু য়াওদে, বন্দী ওইনা কনাসু হিংনীংদে। মীখা পোল্লবা পুন্সিনা মশাগী নীং-তম্বা তান্দুনা ঈহৌবকপা হাযবসিদি মশানা অদুমক তাজববা ব্রাফম নত্ত্রনে তাদা?"

মীৎকৃপ অমা-নী ব্রা ঙাঙবা লেপ্পুনা তোমালগী মায়খোঙদা যেংদুনা পাউখুম ঙাইদুনা ঙাইহাক লৈকবগা তোমাললনা কবিগুম্বা অমদা কন্না খঞ্জিন্দুনা লৈবিব গুম তৌবিবা মওংদু উবদুনা ব্রাবীগী অহাঙবদু মশামক্লা শমজিঞ্জবকই, "লুবিবসি, মীখাপোনবগী হৈনবী অসিদা কা-হেন্না চুশিনখিদুনা ঐখোযসি মীখা পোল্লি হাযবফাওবা কাউশিল্লকপগুম্ন। ঐখোয পূন্নমক্কী বুদ্ধি-লৌশিং হামচৎনবকপগুম তৌবক্লিবসিনি, ঐখোযনা হিংলিবা পুন্সিশিং অসে মহাম তাববা পুন্সি ঙাক্লিনে তাদা, ঐখোযগী ইপা-ইপুশিংনা পঙহৌবদগী ঙসি ঐখোযগী মীবোল অসিনা মীনাই-নাইথাঙগী পুন্সি অসি ফংহৌবিবনি। অদুবু ঐখোযগী তুংগী চাবোল-শূবোলদি মনীংতম্বা লৈবাক অমদা লৈজহৌনবা ঐখোযনা মখোযগীদমক হোৎনবমদবা যাদে হাযদুনা ঙসিদি থৌনাফবা ইচা কযা'মা চোংথোক্লক্লিবসিনিনে।"

"খঙদে ইবো, খবনা নেষাদা, খবনা নোংমৈদা, পিবা মবাই তাবিবসিদনিদো ঐখোযনা উবিবসিনা। লৈপাকসি খুন্তাক লানশিবে হাযবসিমসি অপঙসু-অশিংসু খঙনববা ব্রাফমনিদো , মন্সিদবু কনানা তুংগী মীবোলগী আশানো তৌকগদবা লৈপাক পূম্নসি অচৌবা মংফম অমা ওইহৌবদ্রা হাযবদুম খল্লক্লে নযাম্নখোযদি।"

"মদুনি-মদুনি," তোমাললনা ঙাঙবা লোইশিনদ্রিডৈদা কুলনা থৎচিল্লকই, "ভাবত সবকাবগী শবৌলাংসু মদুমক্লি, দ্রগকী লাং থাক্তুনা খুন্নাই অসিগী হৌবক্লিবা নহাবোল অপূম্নসি তূম্না মাঙহন্নবা হোৎনবক্লিবা অসিমকসু মখোযগী নাকোইনবা লাল্লোং অমনি। লোৎ-লোত্তুনা লৈবা লালহৌববুদি থি-থিদুনা ফাবা ঙম্লগা, মীবোৎ ওইনা লৈবসু নত্তবা দ্রগ কাববাব তৌবা মীওইশিংবুদি ফাদ্রিবা অসিনা তাকপদি সবকাব অসিগা দ্রগ লল্লোনবা কাংবৃগা মবী লৈনৈ হাযবগী প্রমান নত্তনা কবিবু ওইগদগে?"

"ঙাইখোদা কুল।"

"অশেংবনিনে তাদা, মমাঙৈদা, বৃটিশনা চাইনিজশিংবু কানি পীজদুনা পঙথহল্লগা হোংকোং লৌশিনখিবগী ৱাবী লৈবিবনি। মদুবু 'ওপীযম-ৱাব' হাযদুনা ঙসিফাওবা নীংশিংনবিবনি।"

"চাইনাগা মণিপুবর্গাদি চাংদম্নকখিনুদা, হাকমনবা থোক্কনি। অমবোমদা, ঐখোযগী লৈবাক অসিদি নিংথৌ অনী পানবা লমনি হাযনবিবনি, নিংথৌ অনীমক মতিক-মগুণ চপ-মান্নবিবনি। দ্রগ যোনবা, চাবা, থিংগেবু হাযববদি কযাবু লুবা থবক্লো? মীযাম্না কিনবিবদি সবকাববুসু নত্তনা , সবকাব পাযবিবা কাংবূমক্লা ফাওবা হঙ্গোইনবিবা মখোযবু নত্ত্রো?"

"অদুদা, আইননা যাদবা থবক তৌবশিংবু ফাগৎপা হাযবসিদি সবকাবগী মথৌনিদো।"

"মান্নী অদুবু মসি লৈবাক্কীদি সমস্যানি ৱাদি নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা হাযবা, মাঙানবা, খোঙ্গাওর্নবিবা ইজ্জতুদি মহাক মতোমতগী ওইদৌবিব্রা? জাতিসিগী, লৈবাকসিগী ইজ্জত্তা কবিমত্তা শোক্লবজাৎলা? মসি গুস্না ফীভম শোক্ল-শোক্লবা সমস্যা কয়াসিবুদি মতীকচাদ্রে, যত্রে-তৌদ্রে খঙদুনা লৈববা সবকাবসিদতা ঈনথোক্লুনা, থৈদোক্লুনা এথম্না, অদুগা মথৌদাংদি এশক খঙদনা হক, হক হাযদুনা, কবম্না মখলগী হক, কবম্না মখলগী নীংতম্নো ওাল্লবসিবো, ইশমহেক শম্না, ঙমখৈ ঙাকপগী ঈহৌদুদা শিখিবশিংদুবু কনা-কনানোনে? মীচম ঙাক্তা ওইবিনিনে? মবৈবাক নীংবা লৈবাক্কী সেবা তৌবা অমত্তা ওইবিবোই হাযবা।"

হন্দক্তি কুলবধিুদা নত্তনা হোটেলদুদা লৈবম্না মী খূদিংমক্কী মমীৎশিংদু খূৎ-শা যাওনা ঙাঙর্লক্লিবা তোমালনোমদা অমত্তা ওইনা যেংশিন্নবক্লে। মতাংসিদা ঙসাযমখৈ মখোযগী বাদু অমুক তা অমুক তা দা, তৌবম্না পশোৎনা খোঞ্জেল পৌবপনা ৱা থৃপচিল্লকই, "হোযদা হোযদা, পোইশিল্লসি মতম কত্তবসিদা।"

পশোৎনা ৱাদু হাযবকপগা ইখঙ খঙহৌদনা তোমাল ফম্ফমদগী ফূক হৌগৎলকই। ফূবিৎখাউদগী লৌথোক্লুনা চাগী পৈশা থাদবগা তোমালনা হাযবকই, "মবা পাপি অমা তাইনবা ঙর্মদ্রিঙৈদা, মচা চন্দাল অমা চাউশিল্লকপগা চপ মান্নববনিনে লৈবাক অসে ।"

ৱাদু হাযবম্লগা মহাক পম্বমদ্রে। কুলবিধুসু ঙাঙনীংলম্না, হৈনীংলম্বা পূম্বদু

খুদক্লুদা পূম্মাঙ-মাঙখ্রবগুম্না, ইতন-তন্থনা তোমালনা চৎখ্রিবদু যেংদুনা তৃমিন্না অদুমক লৈহৌবে।

(২)

ওল্লকপা চহীগী ফাইবেল পঞ্চমী নুমিত্তা কুলবিধুগী পংপীকসু পীক্তবা, পংচাউসু চাউদবা বাশী লৈনা শাজবা চেক্কী যুমদু শঙ্গাবে। লৈকাইনা হেক ৱাবীনৈ 'মীনা মী যান্নিবা, এঙ্খাংনা এঙ্খাং হাউবিবা' মদুনসু লোইদে। যিজেৎনে-লৈতেংনে, ৱাঙাংনে-শাঙাংনে, পুমনৌ-নৌখ্রবা খাবগী মমা ঙানবীগী মওং-মতৌমক্তা যেংবদসু মী পূম্নমক যা কানখ্রবনি। তৌবতবু, পূম্নমক অসি, যুম্লোন্নবা তোমালগী নুপী তমুদদি ফাগিগুম্নসু থোকই, নোকসু নোক্লীংলুদে। অহোইনদুম, মবমশিং অসিনা তমৃগী পূক্লিংদা ঙাইহাক লৈতনা কক-কক থিল্লক্লিবা কুইববনি।

শঙ্গাবা নুমিৎকী থংনবা নুমিৎকী নুমিদাংনি। মৈবাশঙদা যম্মিন্নবিবা মযাম্না ঙাঙন-শানবিবা কযাদু তমুগী নাদা চঙদে। ঙানবীতনি মানা উবিবা। মযাম অসুম শানবকপা অতোপ্পা ৱাবী অমগী মতা চাবা ৱাপাদগী তমুনা ঙানবীদা কোকহেক হংজিল্লকই, ' নচানুপাদুবু শূক্লাকমক লাক্তববনে ঙানবী ' মীগীদি নোং-ফাদোক লাক্লুনা অহিং অমা কবি অমা মযুমদা লেক্লবৈ হাযনৈ।"

"লাক্লেদা ইচে, ঐস উন্নীংবনদে ইচাদো, ইনাক্তগী লাপখ্রবনবা কবিনো, মাদবুহেক নীংশিংই, কবি চাবমগদগে কবি থক্লমগদগেস মখল্লী, কবি থোক্লমগদগেসু মৱাযদো, খঙদেদা ঐ।"

"ঈ-পাউকাদি ফংইকো ?" তকশিল্লকই তমনা। অদব বাহংসিগী মতাংসিদনা, খাবখোযগী ইমুংগী মীওইশিংগী মপৃক চেৎপগী প্রমান হেক হেক ফংলিবা। চিন্তানা লৃমথববা কোক অদু পুবা ঙমশিল্লক্লদুনা ঙানবীনা মমায লৃকথদুনা ৱা ঙাঙদনা অদুমক লৈখ্রবদুদদি মহাক্কী অৱাবা শব্দক যাবদুনা তমুনা মশানা হংদোকখ্রবা ৱাহংশিংদু নমশিঞ্জবদুনা অমুক হাযবকই, "হোযনে, নঙ যাম্না ৱাবমগনিবো, ফংে-নুংদা পাউ অমাহেক তাবদা কনা ওইবিগবা হেক মনীংলিনিদো ।"

" অদুক নৌবিবা, নুংঙাইনা লৈজগদবা মতমসিদা মখোযনদি লৈবাক্কীনি হাযদুনা তৃম্ফম-চাফম খঙদনা নোংজু-নুংশা খাঙদুনা লেল্লিবা , লৈবাক্লসু মখোযসু

নুংশিবীবসু মখোযগীদমক খনবীবসু নত্তবা, শিবগা মবন্নাই মাঙজবসিদা ।"

ইফোং-ফোংনা ঙানবী কপথোক্লকই। তৌবসু, অঙাং ওইবিঙৈ ঙাঙন-শানবা যাবমখিদ্রবা মচা খাবতবুনি মহাক্না হৌজিক চাবে চানা খল্লিবা, চৎলে চৎনা নীংলিবা। তূন্নমদাই খূদিংগী ঙানবী মচাবু শোল্লিবনি।

ঙাইহাক ৱাখল তৌকুবগা তমুনা ভাব তানা হাযবকই, "অচুম্বা ৱানি, অৱাবা মা অমা মতোমতা ৱাজখিবা, মতোমতা মাঙজখিবা হাযবদু তাবে, নখোযনা ঙসি নুংঙাইবিবসি মহাক মশাদি যাওজবা ফংদ্রিবসিনিদো , ওস্থোকপা মপোক হাযবদুনি মখোযগী মপোক অসি।"

মথম্মোয ফাজিন্দুনা ঙানবী কপ্পা তোকখ্রে। খুন্নকই, "মশাদা থোক্তবা মীনদি অৱাবসি খঙগদবা নত্তে ইচে, মবাইবক থীববা ইচাদো মমা ঐগীদি মনিনি।"

"নত্তে, ঐনা তাববু ঙানবী ," থৌ ইশা-শাদনা তমুনা হাযবকই, "মখোযসিবু মতম খবা যাওব্বগা অমুক তোকপা যাবা অমসু লৈবমাল্লেনে? পোৎশংবম বিদুবগী মচাদু মদুনি হাযনে, ইমাইপেম্মা, মাগী বিদুবসিনা থাযনা নংলম্বদু! হৌজিক্তি কোনুংদু ঙাযখ্রে মযূমকাসিদি, লোইতোংবম কাঙ্গাইগী মতুং ইন্দুনা জুগালী ওইনা খবা-খবা চৎলগা নুপীদি অহুমনিদো থিজিল্লিবা, মওং-মতৌনদি যেংবদা নুপাদা নুপাহেক মাল্লেদো, মদুবু নুপী যাইমদুদনি অঙাং খবা তাঙলিবা হাযববু, চুম্বনে ঙানবী মীনা হাযনবিসিবো?"

"খঙজদেদা ইচে ঐ।"

"মদুমসু ওস্থোক্না কান্নখ্রপোৎনি হাযনৈনে? চুম্লিনিদা, মীনা হাযনবা হাযবসিবু পংহায-হাযবা যাবা নত্তে, মাগী মচাশিংদু থবক ইনখাং তৌবকাসু থোইনা যাওদে হাযনৈ।"

চীবোল-ওই কবিওই তমুনা নাকোঙ মযাদা নকশিল্লক্লুনা হাযবক্লিবা ৱাদুগী পাউখুম পীবক্রে ঙানবী। অমুক খুন্নকখিগদবগী মওংসু উবা ফংদ্রে। মতমদুদা তমুদু মশাদু তযাং-তযাংলব শুম ঙানবীবোমদগী মায লৈথোক্লক্লে। যূমদগী পুথোক্লকপা ঙশাযমখৈ খূত্তা পাযদুনা লৈবম্বা বিডীদু চমখৎলে। ঙক পৈথবপ, খূবীগা খূদোম্বীগা চপ্পুনা পাযবিবা বিডীদু কল্লকপেন্না চূপ্পুনা স্বব শাংনা শাংনা চিংশিল্লদুনা হাউনা থক্কৎখ্রে।

(৩)

মচানুপী অহল ইন্দিবানা ফি লোল্লিবা কাদুদা চঙলক্লুনা ঙানবীনা ইশূক-শূকথনা ফন্নবিবা

*ঙাইহাক ওইবে। মেচিনগী মখোলদুনা মীৎকৃপমুক্তং লেপখিভৈ তাল্লক্তদা মমানা ইতপ-তপ্পা* **মচাদা হংলকই, "ঙসি-ঙবাংসি কবি-কবি পাউ ফত্তবকা যাও-লাক্তেকো ইবেম্মা?"**

মচানুপীদু পাউখুল্লক্তনা মহাক্না তৌগদবদু তৌদুনা মীৎকৃপ খবদং লৈকবগা ফম্ফমদগী হৌগৎলকই।

ঙানবীনা মিপাইববা ৱাববা খোঞ্জেলদা মথন্তা শোঞ্জবকই, "  মঙ ওন্থোক্না নুংঙাইখিদ্রে,   মীৎ পাম্বোমনা চোংলিবা।"

*ঙবাং-নহালগী অমনবা পাউ চেশিংদু থিবন্দুনা পুবক্লগা ইন্দিবা মমাগী নাক্তা লেপ্পবে।* খববশিংদু মমাঙদা থল্লগা অমত্তং পাযখত্তুনা হেডলাইনশিংদুদমক শৎ-শৎ যেংলদুনা, ৱাহৈ খবদং খোঞ্জেল থোক্না পাবকই, "অশিবা হকচাং অমা ফংলে, ইম্ফাল এপ্রিল ৬,   ।'

মখাদি খোঞ্জেল থোক্লক্লে। কলমদু'মা পাবা লোইবগা লামাযশিংদু মচী-মযা থুংনবা চেকশিন্না যেংলবা তুংদা মদুমা থমখ্রে।

মথং অমমুক পাযখৎলক্তনা মদুমসু খোঞ্জেলথোক্না পাবা হৌবকই "যু জি অমা ফাবে   বতন এলিযস চিঙ্খ্রেঙানবা, এলিযস মালংবা   ।"

মদুদগীদি তূমিন্না অমুক পাথখ্রে।

"সপবমৈনাদা মীওই মবি হাৎখ্রে   মশেল খূৎ থোক্লবনি হাযনা চিংনবা থৌদোক অমদা   ।'

অতোপ্পা খবব অমমুক লৌখত্তুনা পাবা হৌগৎলম্বা পাউদু মমানা নাকোঙ থাঙ্গত্তুনা তানবা হোৎনবকই, অদুবু তাবা ফংখিদ্রে।

"*পার্টিগী মিংদা শেল খাযবম্বা মীওই অনী চৈবাক পীখ্রে*, ইম্ফাল, এপ্রিল ১০   ।"

মদুম্না পাবা লোইবগা ইন্দিবানা কবিসু হাযবক্তনা খববশিংদু পূনশিন্দুনা হান্নগুম্না থমখ্রগা মমা-মচা কবিসু হাযনদনা তূমিন-তূমিন ফমদুনা লৈনৈ।

মীৎকৃপ খবা অসুম্না ফম্নল্লগা ঙানবীনা মচাগীদমক চীম্বাল লান্না ঈশ্ববু থৌনিজবকই, "লাইনিংথৌ ইপাইবুংঙো নশৃগী যৈখায-থিনগায খুদোংথীবা পূম্নবু নহাক্না ঙাকথোকপিযুকো,   ইমা লৈমবেল শিদবী ইবেম্মা, মতম খূদিংমক্তা ইচাবু নতম্বাক্তা কোনশিন্দুনা থম্বীযুকো ইমা।"

ঙবাং শজিবুগী নোংমপানবা মীতৈ চৈবাউবা নুমিৎনি। খাবগী মপা-মমা, মচে, নোংযায মতুংফাওবা রাবী-রাতাই শাদুনা লৈখি। কাইনথঙদা রামল্লদুনা নোংঙাল্লমদাইদা তূম্বা চঙনখিবনি। ইন্দিবানা য়াহৌবগী থোঙ হাংদোকপদা রাবক্তা নুমিৎকী মশেক-মঙাল যৃদোক্লম্লে। মমাঙলোমদা ফাৎপা কোম্বোঙদুদা চুমদ্রীং যেংথোক্লুবদা, লৈবক্তা মী যাম্না চৎনবা উই। খবা থোক্লক্তুনা লৈবক্তা চৎলিবশিংদুগী মবক্তগী নুপী অমদা হংই, "কৈদৌবা যাওবগে ইনন্মা?"

"মনীংগী স্কুল-লম্পাক্তা মী অশিবা অমা তাহৌবেয়ে।"

ইন্দিবা লৱাই শাৎখ্রে। ইথক-থক্কৎনা যৃমলোমদা চেনশিল্লকই।

"ইমা, হো ইমা-ও মনীংদা অশিবা অমা তাবে-যে।"

"হা' কদাযদা'?।"

কুলবিধু ফম্মুংদগী চোংথবক্তুনা থোঙ্গাল্লোমদা চেনথোকখ্রে। ঙানবী ফম্মুংদগী কপ্পা হৌবকই , ফি অমা পাযদুনা হৌগৎলক্তুনা কপ্পা-কপ্পা চেনখবে ইন্দিবাসু মমাগী তুংদা চেল্লকই।

স্কুল নাকলগী লমপাক্তু মীনা পূংমু-মুবম্লে। কূংলবা মীগী পল্লোন নমখাযদুনা ঙানবী মাবক্তা চঙশিনখি, মচানুপীসু মতুং ইল্লী। মীযাম পূম্বদু ড্রুঙ-ড্রুঙ ঙংনবকই 'মমা লাকএ, মমা লাকএ' মদু তাবদা চঙশিনফম লৈতদুনা তুংদা লেপ্পুনা লৈবম্বা কুলবিধু নমদুনা মীবক্তা চঙশিল্লকই। কোযশিল্লিবা মীযামদুগী মযাযদুদা ঈনা লূপ্পবা হকচাংদু তাদুনা লৈবি, হকচাংদুগী মনাক্তুমক্তদা যাম্না নক্না ঙানবী ফম্প্রেন্না ফমথবকই , পূমকূন কূম্থবকই । লাইবক্লা লৈমাযদা তক্ল-তক্লদুনা মখূৎ অনীদুনা লম্পাক্কী অনেম্বা নাপীশিংদু খূবাম-খূবাম যোযবদুনা মচাবু কৌদুনা তেংথাবকই কোযশিল্লিবা মীযামদুগী খ্বাইদগী মমাঙ থংনা ফম্লম্বী' তম্মু, ঙানবীদা অমুক, তাদুনা লৈবিবা অশিবা হকচাংদুদা অমুক কিকূপ কিকূপ যেংলম্লগা মফি ফ্রঙ কন্দুনা মচীন পৈদুনা হৌগৎলকই, ঙশায ঙানবীনা চঙশিল্লকখিবা মতৌ অদুগুম্না হন্দক অমুক তমুনা কূংলবা মীগী পল্লোলদু নমখাযদুনা মীবক্তুদগী থোক্লকই।

## লৈবাকলৈ

ঙসি হিযাঙ্গেগী নীনি পানবা নীঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসি মীতৈনুপী পূন্নগী হবাউ তযামজবা নুমিৎনি। অদুবু মচাশিংবু কবম্না থেমজিন্দুনা থম্লমগদগে হাযবসিদা লৈবাকলৈদি ঙসিনদুম থোইনা ৱাবি । মহাক্না মপামদা চাক্কৌবা চৎলক্ত্রিবসি কুমশিংগদি মবিবক শুগদৌবিবনি। নীংবদি, মচাশিং চাউখিবনা হাল্লনি অমুক্তংদি পুবীদুনা চৎঠৌগোদ কল্লা নীংজবনি, অদুবু মপামনি হাযদুনসু অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা অচম্বা ফনেক ফিমল অমা শেত্তুনা কবম্লহেক চঙলুনি। ফিজেৎ তান্নবা অবৈবা ঊখোক্লবা নুমিৎসিদা সডক-লমজাও থোকপা যাবা মচাশিংগী যুৎচাবা ফীজোল কদায়দগী লৌকনি । অদুগা, মাযকৈ অমবোমদনা অমুক, মহাক্না নুমিৎ কযানিদগী ঙাইজবক্লিবা মমল যাম্লবা নুমিৎ অদু ঙসিনি। ঙসি লৈবাক্কী কুমহৈনি, টিকেৎ মমল তাঙনা যোনগনি, শেন্দোং হেন্না ফংগদৌবিবনি ।

ঈপ্লি হাযবতনি মশাদু পোখাদে, ওযবোমদা অমুক চেপ, যেৎলোমদা অমুক চেপ, লৈবাকলৈ যেন খোংলকপা ঙাইবদা কোক্কা মোনগা তাইনবা যাদনা শাগৎলক্লে। হৌগত্তুনা থোঙ হাংলুবদদি মাযকৈ মবিমক পূংমম-মন্নন্লি। মমজবসনু খন্দুনা পাযা মতেক অমা

পাযদুনা মপান্দা থোক্লক্লে। লীক্লানা চোৎলবা নাপী মবক্তুদা চেনচৎ চৎখিদুনা পৃথ্রি যৌখ্রে। চীন-যা শেংলুবগা ইমুং-মাঙ্গোল শীৎচিল্লে। শুমজীৎ থল্লুবগা যেনখাবোমদা লাকই, চেঙকূপ হাপ্পা টিনদুদা খূৎ হূমজিন্দুনা য়েংই, কবিমত্তা যাওবমদ্রে। মিলদা চেঙকূপ শীংলল্লদু খাকপিবমগদ্র-খাকপিবম্মোইদ্রা, শেল থল্লম্বসু নত্ত , লৈবমদ্রবদি হৌবেলদি কমদৌনি' খন্না-খন্না ৱাই তৈবা হৌবকই। ইমুং, মাঙ্গোল, তুলসীবোঙ তৈবা লোইশিল্লকপা মতমদুদা নোংসু তপ্পা-তপ্পা ঙাম্ণোবক্লে। তাঞ্জাদুদা মচানুপী অহলদু মমীৎ ঈফা-যাজিল্লদুনা মখোঙ ফৈবেং-তুবেং থাংদুনা থোক্লক্লগা মনাক্তা লেপ্পবে। ৱাদি ঙাঙদে। লৈবাকলৈনা চৈবগুম্না হাযবকই, "কৈদৌবা হৌগৎলক্লিনো সুকঙন্না? অঙাংদু মথন্দা থল্লম্মদি হৌবক্লনি।"

মচাদু খুমদে, ফমদুম ফমথবকই। মমানা কল্লপ্পা অমুকসু হায, "অঈংবসিদা অমুক ফমথনক্লিবসি কবিগীনো চৎলু চঙঙু ইমুংদা।"

অঙাংদু হৌগত্তুনা র্তপ্প-র্তপ্প চৎখিদুনা মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা লেপখ্রে। লৈবাকলৈ মচাগী পূক্লিং খঙব শুম তৌই, মদুনা ওইবতায মানা ঙসি মচাদা অমুক থোক্ল-নৌথকদ্রিবা। ৱাই তৈবা লোইশিল্লে। ইংখোলদগী মবোয-মপাং খবা হেক্লদুনা মচাদা পীবদুনা থৌদাবকই, "সে, সি ইমুংদা থল্লম্লগা হৈজ্রাঙ পুথোবকউ।"

নুপীমচাদু চঙখ্রি। লৈবাকলৈগী খোঞ্জেল তাবদা তূল্লম্না ওক্তুসু হৌগৎলক্তুনা গো-গো খোংলক্লে। লাপ্পপ্পা লৈবাকলৈনা ওকতা হায, "ঙাইখো থম্নাল, যাম্না ঙল্লিকো নঙগী চাক-কা লৌর্কদ্রি ঐ।"

লৈবাকলৈগী অহাঙবা মখূত্তুদা যেংলগা ওকতু মনাতোল শূক্কত্তুনা হেন্না-হেন্না খোংগৎলকই। তাল্লক্তুদা মচানুপীনা থাঙ পীববে। মহাক্লা মচাদা হাযবকই, "নমায-নমীৎ তাথোকউ, অদুগা ফনেক অশেংবা পুথোক্লগা পৃথ্রি মপালগী নূং মথক্তুদা থনম্মু।"

ৱাসি হাযনা-হাযনা লৈবাকলৈ হৈজ্রাঙ পাযদুনা লম্বীবোমদা থোকখ্রে। লৈবক্তগী, খোংবাল-লুকপানদা হৌবা লম্বালশিংদু লেল্লদুনা পুশিল্লকই। পানখোকশিংদু চুবি তাফমদা থাদবল্লগা লূখাক টিনদু পাযদুনা মহাক অমুক থোক্লক্লে।

লৈকাইদগী খোম্লবা লূখাক- চগুম্না নিক-নিক লাউববা টিনদু লেংবানদা থোঙ্গৎলদুনা লৈবাকলৈ হল্লক্লে। ওককোল্লোমদা চঙক্তুনা মদুবু কোকঙৌগী খুদেংদুদা হৈদোক্তুনা পীজবে । গর্ভ পুবিবী ওর্কসিদা লৈবাকলৈগী অনীংবা পূম্না থমখ্রবনি। পুবা ৱাববা ওকপীগী

কংলবা মপুক্তু যেংলদুনা মহাক্লা নুমিৎ থৃদিংগী ঈশ্বববু খুকমজে, খুবৌ-পল্লৌবা যাওদনা ওকপীবু মমীৎ-মমায পাঙহনবীযু, মাগী মচাশিংবু অশোয-অঙাম যাওদনা হিংহনবীযু নিজে। তুগদৌবিবা যূম অদুবু কনবীনবা হায়জে। যূমসিদা লৈবাকলৈনা ফম্মুংদগী, শংবান্নবা অতিযাদা থোকপা থা-থব্রান যেংদুনা অহিং কয়া তূম্বা যাদনা লেম্লক্লিবা কুইবক্লে । মপাল থংবা ফল্লাংগী অযাম্বা শকক কীহ্নবে ., অশীৎ-অব্রান থা লাক্লনি, হান্নগী ঙাকখৎলিবা ব্রা খবসিনা কূমসিসু যূমসিবু ঙাক্তুনা থম্বা ঙমখিদ্রা? হূমাং শ্বাই-শ্বাই তত্তনা কাংই লৈবাকলৈ, থাংঙমদ্রবা পোৎলূম অমা মতম চূপ্পদা পুবিবগুম অশাংবা স্বব তোযনা হোল্লী । স্বব হোন্দবমখৈ চাবিবা ওকতুদা যেংলদুনা মহাক্লা হাযবকই, “চাশিল্লু-চাশিল্লু হৌবেলদি থেঙলনি, নঙ যাম্না লাম্লদৌবনি।”

অঙাং অহলদু ওকচাক থোংবা হৈবে নহালমখৈ মানা থেঙলক্কদবা লৈববদি মচাদা হেক-হেক শিন্নবম্বনি। অদুবু ঙসিদি মহাক্লা থবক অদু মচাদা শিন্নবম্বা ঙম্লোইদৌবি।

ওক মচীঙ্গাক পীজবা লোইবদুনা লৈবাকলৈ পৃখ্রি বোমদা চৎখ্রে। কুইদে, তনহন-হল্লকই। চাকখুম চঙখিদুনা চাক মৈ থাগৎখ্রে। পূম্নমক লুখোই ফমুংদগী তাবি-যেংলি হাযবা চফ্ থাঙ্গৎলকপগী মতাংদুদা খৌদেমদুনা তাল্লকই। লুখোইনা পীবক্লিবা ইঙ্গিত্তু লৈবাকলৈ খঙদবগা মান্নে, মহাক মথৌদগী পূক্লিং চোইথোক্লুদে। মথংদদি ব্রাহৈ যাওবকই, “নঙ মঙাযবেহে থবক ফবিবসি।”

ব্রাদু তাবগা লৈবাকলৈ হেন্নদুম থবক কনখৎলকই, থাবৈ-চোপ মখোল হৌগৎলকই।

নুপা অমা ওইবগী মমিংতা ঙাযববা, মীওই চাদ্রবা লুখোইনা মহাক্কী কবিগুম্বা মতেং অমতসু পাংবীবা ঙমদে। মদুগীসু মথক্তা মপাঙ্গল যাওদবগী হৌনশা লুখোই থোইনদুম পূকচেল পীকই, খম্বল চাউই। লৈবাকলৈগী কোকথক্তা অততায ওইনা নল্লিবা ভাব লুখোইনা কাউথোকপগুম তৌই। নুপী অমা ওইনা মহাকসু নুপাগী মকম থৃপ্পুনা হিংজবা পামজবম্নসু কনানা খঙবা! মদোমদদি নোংমতসু খল্লুদে লুখোইনা । ফনা কয়া হোৎনদুনসু ওককা থানা পূক তব্দক্তু পুনবা লাক্লববকপা লৈবাকলৈদা তযাং-তযাংনা থোক্লক্তে। অদুগা, মমা অমা ওইকববী মহাক্লদি পীক্লিবা মচাশিংদুবু চাবা কযা পীজদনা লৈথোকপা ঙমগদগে? মমাগী দাযত্বনা কনশিল্লকপনা মহাক্কী মফমদা মপুবোইবগী খোইখা-লিনখা, কৈবোল-লৈকাইগী মীনোক মীশা থোইদোকপা ব্রাফম ওইবক্তে ।
খনবমখৈ খল্লবা তুংদা নোংমা লৈকাইগী মচে থবোগী মতুং ইন্দুনা নহা ওইবগী

ইকাই-হঙ্গোইবা পৃম্বা থাদোক্লুনা লৈবাকলৈ সিনেমা টিকেৎ য়োনবা চৎপা হৌখিবনি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা লুখোইগী মীত্তা মহাক্কী হোৎনজমল পৃম্বা পাপকী মমল ওনখি, মহাক্কী হূমাংমল হূ ওনখি, মহাক্না তৌজকবা পূম্নমক তাৎ ওইনদা উবকখি।

অঙাং যাইমদু তূম্বা হৌগৎলক্লে। মমানা চাক থোংবা যেংদুনা ফল্লিবা মচেগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মহাকসু ফম্লবে। মমানা অঙাংদুদা ওনশিন্দুনা খংহায হায়বকই, "নঙমসু অমুক হৌগৎলক্লব্রা?"

মচাদুনা মতু ইপোন-পোয়া লৈখ্রবদুদা লৈবাকলৈসু তূমিন লৈখ্রে। ঙাইহাক লৈবগা, অনী শুবক্লবদুদা মথৌনা লাক্লবগুম্না অঙাং অহলদুনা মমাদা হংলকই, "ইমা ঐখোয ঙসি অবোকখোযদা চাক্কৌবা চৎলোইদ্রা?"

অঙাং যাইমদু মমাদা মুন্না যেংলদুনা মচেগী ব্রাহংগী পাউখুম খৌবাংনা ঙাইহি। মমানা হাযবকই, "বেমবেম ঐ চাক থোংফমগা খঙদে, অমুক্তা চৎলোচো শ্বাইদা লৈবনু ।"

অঙাংদু চখোক্তে, এমায লূকথদুনা মখোঙবীদা খূজিন্না শীক-শীক্লুনা লৈ।

"মমা অখোযসু চাক্কৌবা চৎকনিকো, কো মমা।"

চাক্কৌবা কবিনো খঙদ্রিবা অঙাং যাইমদুনা মবৈ কোল্লদুনা হাযবিবদু নমহৎলদুনা লৈবাকলৈনা হায, "নবান্নী তূমিন্না ঙাইহাক্তা লৈয়ু, ননাউ শোযদনা হৌবক্লনি।"

শাউগৎলকপা মমাগী মতৌদুদা অঙাং অনীদু মখা তাবক্লে।

চাক লোইশিল্লক্লে। পৃথম অনীদা চালূক অনীদং নীংথিনা শেম্লদুনা থাঙ্গত্লুনা থমখ্রে। চাকখূম লোইশিল্লম্লগা থোক্ক ঙ্গা থূমোক অমা পাযদুনা মিলদা চৎখ্রে।

ঙাইহাক লৈবগা থূমোক অহাঙবদু পুদুনা লৈবাকলৈ শূকথনা হল্লকই। মানা হল্লকপদা অঙাং অতোম্বীদূ কপ্লুনা লৈবম্রে। মপানা অঙাংশিংদুবু চৈ-থাংলম্লি। কপ্লম্বা অঙাংদু থেমজিন্দুনা মমায-মমীৎ তাখোকপিদুনা মচাশিং কৌশিন্দুনা চাক পীজবে। মচে অহলদুদি চাও হায়বা যাদে। মমানা মহাকপু অমুক তক্লকদ্রে।

লৈবাকলৈ চৎননবা থৌবাং তৌবক্লে। অঙাং অহুমদু মমাগী মনাক্তা পুল্লপ লেপমিন্নাবি। মমানা ফি হোংলকপা উবদা মচা যাইমদুনা হাযবকই, "মমা ঐসু লাক্কে চাক্কৌবা   ঐসু লাক্কে মমা।"

“চাক্লৌবা চৎপা নত্তে ঐ।”

“কদায চত্তোইবা অদোইদি?”

“থবক চৎকদৌবিবনি।”

“তল্লী মমা ঐ চাক্লৌবা লাক্কনি।”

যাববোয খল্লদুনা তপথবকই লৈবাকলৈ। মচাগী মখূৎ পাযবদুনা হাযবকই, “যেংঙোই থোই, মমা ব্না হাযগে চাক্লৌর্বদিনে হৌবেল কোন্না চৎকদবনি, হৌজিক্তি মমা থবক চৎকদৌবিবনি , হৌবেল মমানা হল্লক্লগনে চেচেখোয, ননাউখোয, মযাম অবোকখোযদা চাক্লৌবা চৎমিন্নদৌইনি হৌজিক্তি নঙ লাকপা যাদেকো ইচাদি মবম ওকপনি।”

মা অমদি মমানা থেমজিল্লে। অদুবু মচানুপী অহলদুদি পেবি-পেবি মমাবু যেংদুনা লৈবি।

লৈবাকলৈ চৎকদৌবক্লে। তাঞ্জাসিদা লুখোইনা মথম্তা শোঞ্জবগুম্না খোঞ্জেল হৌবপনা হাযবকই, “হুঁঃ কযাদা কনখ্রবা নিযানো!!”

হন্দমুক্তি লৈবাকলৈ থম্মোয খাইবোক তাখিব গুমখ্রে।

কবিগুম্না খবদি খুন্নগে খল্লদুনা মহাক মমায লৈখোক্লকই অদুবু , মীমান্নদ্রবা মপুবোইববু উরুবগদি মহাক্কী অশাউবদু মহী ওনখিদুনা মীৎপানদগী পাথবক্কদবগী তৌবক্লিবদু মতোমতা ফাজিঞ্জদুনা তূমিন্না অদুমক খাঙজিঞ্জখ্রে। অদুবু মদুসু লুখোইনদি কবন্নসু খঙলুনি' নোংমতসু মহাক্না লৈবাকলৈবু শক খঙনবা হোৎনকদে । লাইযে-যৈদুনা নাক্বদগী চীন-লৈ ফাজিনখিদুনা ব্না ঙাঙবা থোকখিদ্রবা মমাগা লোযনদুনা চাউবকখিবী লৈবাকলৈগী তোপ-তোপ্না পূকচেল অমনা মবম ওইদুনা মহাক্না হকচাংগী ফীভম শোযনাইববা লুখোইগা যূম্বাল-লম্বীদা খোঙদামিন্নবদা মথম্মোয চাউখোক্না যাখিবনি । মীৎকূপ খবা মহাক তূমিন্না লেপ্তুনা লৈবম্মী। ঙাইহাক লৈবগা যিগী খাউ অমা তাশিন্দুনা পাযবগা মহাক ইমুংদগী থোক্লক্লে।

কবম্না বাজাব যৌখিবনো খঙহৌদনা হোল মমাঙদা লেপ্লবে।

“খবা ঙম্লকউ হাযবগা।”

থবোনা পীশিল্লক্লিবা টিকেৎশিংদু উববা মতমদা মহাক জ্ঞান তাবকই। টিকেৎশিংদু

য়োনমিন্নবে। শেন্দোং কযা কন্না ফংদে। মহূত্তগী খবদনি হেন্না যোল্লিবা। অদুবু, মযামদু নীংবা ইকায-কাযনদে, মায়থোঙশিংদু ঙসিদি ইঙান-ঙাল্লি।

সেকেন্ড-সো হৌখিবগা ঈকান-কান্নদনা যেপ-যেপ্পুনা লৈনবন্বা লাষ্ট-সোগী টিকেৎশিংদু শত্তোক্লবক্লে। লৈবাকলৈদা হন্দকসু থবোনা টিকেৎ পীবকই। ইৱা-ৱাদনা টিকেৎশিংদু মমলসু কানা শৎ-শৎ চৎখি।

লাষ্ট-সো হৌবমদাইনি। মীনা চীক্ল-চাযনা ঙমদনা ঈন্নখৎলক্লি। ইমুং হূপ্পা লাক্লবনা অযাম্বনি। মচী-মচীদা টিকেৎ যোনবশিংগা যেংবা লাকপা কাংবূগা মনতিক্লবি। কুইব-কুইবগা মমল অসুম হাইগৎলকই, লৈগদবা কাংবূসু ফংহৌববোয মতানি।

কদোমদগীনো থানা গাডী অমা হোল মমাঙ চপ-চানা খংখাম খান্লে। গাডীদগী ফন-ফন চোংথোবক্লুনা চিনখ্রবদুদা, লীচৈ পাযবা খাকি শেৎপশিংদুনা মীবক্তা হূৎচিল্লকপদু মীৎকপ ফাদে সোমদা মমল কন্না ঙাঙনবি , মীৎশিং নাশিংজদ্রিবী লৈবাকলৈনা তুং ওস্নো ক্লুনা লৈবিঙৈদা নমঙ্গলদা লামকন-কনলকই। খংবোই-লাকপোই লৈথোবকপদা অমুকসু কনশিল্লকই , মদুমদি মখূত্তা পানহৌবে। মীযামদু মতাই-মতাইদা চেম্পোক্লদুনা লেপ-লেপ্পুনা যেংনবকই মীৎকূপমুক্তুগী মনুংদুদা ঙৌবোক-ঙৌবা লৈবাকলৈদু ঙাংশঙ ঙাঙশিল্লকই ।

"কাখৎলু, কাখৎলু, কাখৎলু।"

কন-কনদুনা হোইগংখিবশিংদুদা লৈবাকলৈসু যাওখি।

# মুক্তি

**নোং-ঙানখিবা কুইবে**। ফৈজূপ মনুংদা মীৎকপ থোকপদসু পূংমুক ফাজিল্লক্লে। ফৈজূপ্তু কোক মপামখৈ তপ্না হাইদোক্লককই। কোহিলংদা মৈখু চুশিল্লবা অনেম্বা যূমথক্কী জিঙ্খদুদা মীৎযেংফম তাকই। স্বব অশাংবা অমতং হোল্লুবগা অৱাং ওন্না চেপ্লকই। ঙবাং কাঙ্খল থাবমদনা তূমশিনখ্রবনি। ফল্লাং অহোবদা ফাওজিল্লকপা নুংশা মঙালনা ফৈজূপ মথক্তা তাবি। খূৎনা লামদুনা থোঙনাও হাংদোক্লে। খোঙ্গ্রাউদা, ফূবিৎতা, কোযমা-মাদুনা বিডি মচৈ অমনা লৌথোক্লককই, চমখত্তুনা—মপালদা লীক্লানা চোৎলবা ফক্লোংগী মনঙ্গলদা অযূক্কী অমেঙবা নুমিৎকী মৈশানা যৈবদা তপ্না-তপ্না কাবক্লিবা মনিলদুদা ৱাখল ইচঙ-চঙদনা যেংলকই ।

মমানা পঙথবী লাযনানা নাদুনা ফম্মুংদা ঊতুপ তাবগুম্না তাখিবদগী চহী মবিবোমসি অফ-ফত্ত পূম্নমক অতাঙবনা পুবক্লি। হেক পোকচবা মচা ফাওবনা হঙ্গোইববা মমাগী সেবা কনানা তেংবাংবীনীংগদগে। মতৌদু যেংবা ঙমদদুনা ইবেমুনা ইতৎ-তত্তনা অতাঙববু নুপী থিনবা ঈনশিল্লী। অদুগা অৱা-নুংঙাই ফোঙদোকফম কনাগুম্বা মীশক

অমতং ফাওবা লৈতবা হাযবসি খাইদগী তোনবা মীওইবগী মতৌনি হাযবা মতম শাংনা হকথেংনবক্লবা অতাঙবনসু মহৌশাগুম নুপীদা চীলহাউ থিকনীংঙাই ওইদ্রবা, থিকদ্রবা মতাংনি। হিংমিন্নবগী থৌদাংদুমতং পূকচেল তিংনা যামিন্ননবা অশেংবা মরূপ অমতংবু ফংলবদি মদুমক্লসু হেন্দোক্লা মমল য়াল্লে খল্লক্লবনি। মশাগী ফীভমনা পূমতন-তম্থিদুনা মহাক চীন কাঙথোক্লদ্রবতনি।

মবকসিদা, ইবেমু মতৈ-মনাওগী থৌবাংনা মনিশংবু অতাঙবদা উহনখ্রে। পাতক-চেংতকপা শাবান অমদি মাযথোঙদু যেংবদা পংলি-লিনা উদ্রি। মুজববসু মতৌ অমা লৈ। তুখোঙ লংবী মনিশং কেনা-ননা হৌজবকপা অতাঙবগী খোযদাজবমক থোকখ্রে। শকউনখিবা নুমিত্তুদগী, মযম-মতম নাইদনা লম্বীদা, সডকতা, চাকখুমদা, ফম্মুংদা, মনিশংগী শক্তম্না ফন ফন চোংথোক্লক্লনা অতাঙববু খোযবাংহল্লক্লি। অদুগুঙ, তম্ফাতোম্বী লুহোংখিবদা অহিং কযা কপ্পুনা লেনখিবদু কদোমদগীনো নৌহৌননা নীংশিংলক্লি। উনগুম্না ফমজিল্লুববা থম্মোয মহী চেল্লকই। অবোইবা ওইখিবা যাবিবা তাঞ্জাসিবুদি তম্ফাতোম্বীগুম্না তবাইনা নাম্থোকহনখিবা মহাক তশেংনা পাল্লক্রে।

চঠী নীফু হেঞ্জববসু চঙ-চঙ লাউবিবা পাখংনি। নুপানি, অহেনবমক নত্তবসু অনৌবা যুম্নাল অমগীদমক অনৌবা পোৎচাক হবা দবকান ওইবকই। বাগীবু ওইবো, উনবু ওইবো, নৌনা যুম অমা শাবগী পাম্বে হৌজিক শূক্লে-লৈত্রি। অদুমওইনমক, কা মচা অমতংদি তঙাইফদনা তপথনীংলি। পাকখল মচাসিদা চাকখুমসু পূল্লি, মৌ অমা লাক্লবদি থামদ্রবদা মমাগদি কা তোঙানদবা যাবিব্রা'' পূদুনা লঙদুনা ওইববসু টিন মনা অনী-অহুমদং লৈবা ঙম্লবদি কয়া নীংলকই। অদুবু খুদোংচাদবা মতাংদা লাইববগী মবী-মতা, কৈবোল-লৈকাই থিকপ্পদবসি কদাযদনো' ঙসিদি মহাক্কী মরূপ-মপিজা হাযববু মাযকৈ তোঙান-তোঙানবদগী লাক্লনা যুমথংনবিবা ভাবাগী যুমসিদা প্ন্না লৈমিন্নবিবিবা মী ওইশিংসিনা ওইববি। মখোযসু মাগুম্না মামংতগী হিংলিবমক্তনি। কুইনা যুম্নংনকববা মতুংদা পুংমূৎ-মূৎলুববা বিড়িদু নীংশিংলক্লনা অমুকহন্না মচীন্দা চুপ্লকই। নোংমগী ফংলক্লিবা ভাবাসিনা চাবগা, হিদাক লাংথক্কদা যূবিৎ অথাবা অমা লৈথোক্লনা লীৎপা ঙমদ্রি। মতমসিদা নুমিদাং বিক্সো থৌবসু চৎনদ্রে, অযুক ঙন্না যুমদগী থোকপসু ঙমদে। শেম্থোক হেনগৎনবা অতোপ্পা লম্বী অমমুক লৈতে, চাদিং হস্থহন্দুনা হৌজিক-হৌজিক শেলবুন মচা অমা শাবা অবাযবা নত্তে। মাগী পীক্লবা পুন্সিগী চাউববা লান অকবা যীভমদা লৈবি। পেন্দবনা লাকহৎলবা অতাঙবগী মফমদা

শিংঙমদ্রবা খোল্লাং লমলসু পোৎলূম ওইনা থোক্লবে।

মপাগী কর্মদা লম মচেৎ অমা য়োনবা হৌখিবা মতমদু মহাক পীক্লি। খবা লৈবগা ইংখোল তংখায় যৌনা মীনা লৌখি। মতুংদা মমা লাযেংবা হৌবকপদা মশামক্লসু শেল মচীৎ-মচীৎ খবা লৌশিল্লুই অদুগা ইকোন-কোনবদা মপূংওইনা খবসু লৌদুনা মানা শীজিন্নবিবা বিস্কোসিমা লৈহৌই। হৌজিক্তি মপানা থম্বীবম্বা মযুংনা ঙম্বা ইংখোলসিগী মশক-মওং পুমহোং হোংখ্রে। অশাংবা যূম অমা শাজিন্দুনা ইংখোল মপু অনৌবনা ভাবা শান্দোক্লি অদগা, মমাঙথংবা শকককমখৈনা শম্বল নীংথিনা খাদুনা এঙ্গাং থাদুনা চানবি।

অতাঙবগী ইপঙ-পঙশিনবা মতৌদুবু খঙঙমদ্রদুনা নুমিদাং অমা চাকচা-মতুং কুমাবগী কাদা মখোয পূন্না মৈফূ তিকমিন্নবিঙে ইফোং-ফোংনা ইবেমুনা তকশিল্লকই,

“ অহল-লমনগা লৈত্রে, মচল-মনম্মশিংদুগী মবক্তা ম্যসু লৈবা ৱাবে, কোক লৌশিনবীবসি কৈদৌবগে তাদা? পীশক-পীক্লিঙৈদগী তিন্নবকপনি ঐ মাবু মুন্না খঙই, পৃকফবগী শব্দক থুংদে হাযদুনা মচীল-মনাউ, মবুং-মৌপ্পাশিংগীতহেক খল্লিঙৈদা মশাফাওবা মাঙহৌবিবনি।”

*“ইশাগী ফীভম হান্না যেংদনা মীবু কোক লৌশিল্লুবা যাবোই ইবেমু।”*

ইবেমুগী ৱা খংথৎ-থদত্তুনা ঈফুন-ফুনগৎনা খুমদোক্লক্লিবা মাগী পাউখুমদু তাবগা পন্থদনা, নোকফেৎনবদুনা কুমাবনা হায়বকই, “নুপী যাওদনা যূম্বানবা ওইথোক্তবা ৱানিদা ইতাউ, অদুগা ঐখোযগীদিনে নোং-চীং লাক্লিঙৈ, চথোক-চৎশিন নুংঙাইবিঙৈ বুদ্ধি-লৌশিং থোক্লিঙৈ থবক পূম্নমক পাঙথোকহৌগদবনি। ফাগি নত্তে, হঙ্গামথোংবা হাউবিঙৈসিদা খূৎ অনৌবা চাহৌসি, ৱাখল অনৌবা শোযদনা থোক্লক্কনি যেংবীযু।”

খংনক-নর্কশিল্লকপা মাগী ৱাতাদুদা চঙ্ক্লবিঙৈ ইবেমুনা মখা শমথবকই, “লৈতে হাযদুনবু যূমপান্দবা হৌনদেদা তাদা, অহলগীসু অদুমঙায লাইনা-তম্না অমা মবাকচগনি। শূ-নোম্না কনখ্রপোৎনি মনিশংদো, মতেং-মতেংদুম ওইননি, তাদনা মাবু পামদবগীদি খঙদ্রে।”

অতাঙবা অমুক খুল্লক্তনা মক লূকথদুনা লৈখ্রে। মাযথোঙ মকশিন্না কুইনা ফম্লন্নগা কবিসু হাযবমদনা মহাক হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

মবি-মঙানিসি মহাক থেঙন-থেঙনা হল্লকই। ঙবাংসু থেঙলকই। ওম্ভোক্লা ৱানা বিস্কোদু ঈন্দুনা যূম যৌবকখিবনি। পোকঙৈদগী ঈশৈ ঙংলক্লিবা অতাঙবা, ঙবাংদি

মবোল-মবি ঈফাই-ফাইনা খোঞ্জেল ৱাংনা ঈশৈ শকখি 'ঐগী পুন্সি নঙগা কবি থোক্লে ঐগা হুন্দোক্কে ঙমদে, পুবা ৱাবে ।' ঙাইহাক অমুক শূৎ-শূৎ তৌদুনা পংকপ্পা কপথোক্লবগা খোনফম হঞ্জিন্দুনা চেকশিন্না হাযবকই, "কান্নদে ইমা, নঙলা ঐবা অমা. ।"

হায়নীংলিবদু লোইনা হাযদোক্লমদনা মীৎকূপ খবদং তূমিন্না লৈব্লবগা ইশি-শিববা খোঞ্জেলদা অমুকহন্না শক্কৎলকপা ঈশৈগা লোযননা অদুমক তূমথখ্রে।

ঙবাং নুমিদাংগী মবমদা মযেক শেংনা নীংশিংবা থোক্লে। অদুবু অসিগুম্বা মশিং খঙদ্রবা নীংথমথাগী অযুক কযাবুদি মহাক্না কাউবা ঙমদ্রি। মমানা কল্লিঔে মতমদা নুমিৎ খুদিংগী মানা তূম্বা হৌগৎলগা তীক্লনবা মৈ ঙ্কুঙ-ঙ্কুঙ হৌদুনা থম্বীখি, ঈশিং লুম্বীখি, হা-মঙ্গ্রা লৌদুনা পীজখি। নোংমতসু মচাবু পাখোল-ঈখোল শীজিন্নবক্তে, অমুক্তসু চৈ-থাংলক্তে। মদুগীদমক মমাবু জ্ঞান লৈ-লৈতে দোষ তৌকবা চুন্নিব্রা-লাল্লিব্রা মহাক মফম খঙদে অদুবু পুন্সিগী হকচিনবা মাযকৈবোমদা মাঙজৌননা ইঙ্গিৎ অমতসু পীবিবমদে হাযবগী নীন্দাদি মহাক্না থাদোকপা মঙমদ্রে। ঙবাং চৎলমদাইদা হোবলিক্ক ইন্না-ইন্না অশিবগা মান্নববা মমাদা যান্না ৱাবৌনা মহাক্না হাযবম্মী, 'তৌবিসে ইমা, নঙসু নপাপকীনি, ঐসু ইপাপকীনি। নচাবু মী ওইনবসু শেম্বীবমদে ইহৈসু হৈহনবীবমদে।

*নঙদি ফবে লোইখ্রনি, নঙগী মীনুংশিনা মাঙহনবীবল্লবা নচাবুদি , খঙদে ইমা ঐগুম্বা* ইচা পোক্লবগীদমক্তদি ঐ নুপীসু থিনীংদে ।' ঙবাংদি, ৱাখল-লৌশিং ঙম্নমক পঙশিনখ্রবা মমানা মহাক্কী পেন্দবনা থল্লবা ৱাকৎশিংদুগী পাউখুম ওইনা যেংলকখিবা অর্থ চেন্দ্রবা, চোকথববা মীৎযেং অদুগী মমল মঙোন্দা কবিসু লৈখিদে । যূম্লোন্নবদা চাক-চাবগী কৌনবকপা তাবদা মহাক্কী বাখল কাযখ্রে। মঙক থাঙ্গত্তুনা লৈদুনা য়েংলকই। নুমিৎ ফন যান্না কাবল্লে। ফৈজূপ মথক্তা তাবম্বা নুংশা মঙাল অতোপ্পা মফমদা চেনথোক্লল্লে। ইফিং-ফিংনা হৌগৎলকই। ঙবাং চৎলমদাইদা থাঙ্গৎলম্বা ৱাকৎশিংদু লৈজদুনসু নোংমা চূপ্পা মমাবু মীবাযকবে খল্লকপদা মপূক্লিং ইনৌ-নৌবকই। থোঙ-থোঙনাও হাংদোক্তুনা ইমুংদু মপূংফানা ঙালহল্লে। চীন-যা থুনা শেংদোক্লবগা মৈ হৌগৎলী। ঈশিং থাঙ্গৎলে। মমাবু মমায-মমীৎ শেংদোকপিদুনা কবিগুম্বা খবা পীজ-পীথক্লবগীদমক ঈশিং অশাবা পুদুনা ফম্মাঙদা থল্লবে। মমায ফাত্তবা অপীকপা কাঞ্চলদু মচী-মচী চিংখত্তুনা পূন্না মথক্তা হাইগৎখ্রে। মমাবোমদা ইযেং যেংলুদনা লুখুমদা যাল্লিবা অমোনবা ফদীদু লৌদুনা ঈশিংদা

লূপ্পুবগা কাবক-কাবক শুমদোক্তুনা খূৎ য়েৎনা পায়বদুনা মমাগী মমায় ময়াদা থাংজিল্লকই। উইশিন্দুনা লৈবিবা মমাগী চং-ফংনা কূৎশিল্লবা মীৎ, কোপ্লবা চাযকুং, ঈকন-কনশিনগুম, মচু ইব্রাউ-ব্রাউগুম উবকই । মমাগী মায়, খূৎ, খোঙ, তাপ-তাপ পায়বকই, মহাক খঙহৌদনা তু চুংখি । মশাপূম্বা পঙথবক্তুনা ব্রাহৈ অমতসু মচীন্দগী থোক্লককখিদ্রে উইশিনখ্রবা মমীৎ অনীদগী পিনা খোঙজেল য়াঙনা চেম্থবকই , চবমদা কাখৎলক্লিবা অকনবা নুংশাস্বব ইক-ইক লাউনা ফাজিঞ্জদুনা লৈমায়থক্তা ফমথখ্রে।

## লাইধিবী

**মাযদমক যেংবা** চনবা ফক্লাংদা থেংলিবা মিংশেলদুগী মমাঙদা লেপ্লদুনা ঈশৈ ঙংল ঙংদুনা মাগী কাদা লৈরম্না কেবি। মিংশেলদা নকশিন্দুনা লাইবক্তা কবিনো'মা নম্ববা কবিনো ত্তৌবিঙৈদুদা কা অদু ইনিল-নিলহন্দুনা খোঞ্জেল অমনা তুংলোমদগী হংলকই, "কদায চত্তোইনো?"

খংপ্রেক খংই মতাক। ঈংথবগা, মমায লৈথোক্লক্তুনা তপ্না খুম্লকই, "অঞ্জুখোযদা।'

"কৈদৌবা?"

"চাক-চায়দোইনি, ইচেদা নহান্না হাযববনি।"

"কনা-কনা?"

"   লিম্ছোইনে, সোনিযানে, বঞ্জিতানে।"

"অতৈদি?"

"ঐখোয মঙাদনি।"

"কবিগীনো অদুগা অদুকযাম কেবিদুনা, চাক-চানবগীদমকপো?"

"উম-উং ।"

"লিপষ্টিক থাবনা হৈগৎলক্লিবা, মিংশেল যেংবনা তোযখৎলক্লিবা , চৈ বার্তোন তৌজনুকো।"

মাগী ধপতু লোইশিল্লম্লগা বসন্ত থোকখ্রে।

"হুঁ, হনুবা মানা পবফ্যুম চাইর্বদি বগা, মীনা কলেজগী পিক্লিক চৎপা যাওগেসু 'মোযনা যাওহন্দে ।"

কবি-কবিনো মুকম-মুকম শোলহৌই লৈম্লাদু, শাউনীংগুম-তম্বগুম লমযাযদা ঙাইহাক লেপ্লুনা লৈবম্লগা থংনবা মীৎকৃপতদি হান্নগুম্না মশা ইখীং-খীংলক্লে। উপুদগী হান্নগা লৌথোক্লুনা ফম্মুংদা থম্লম্লবা শলব্রাব-কমীডদু শেৎচিন লীংশিল্লে। মশম মনা হাত্তোক্লে। বেগ যানশিল্লে। কাদুদগী থোক্লক-থোক্লক্লা মচেখোযগী কাবোমদা হাইযেত্তং ওনশিন্দুনা খোঞ্জেল হৌবপ্না মহাক্লা মচেদা হায়বম্মী, "ইচে ঐ চৎলে।"

"ঙন্না হল্লকউকো।" মচেনা কাদগী হাযহৌই।

মাঙ্গোল কৃমথবকপদা বসন্ত গেবেজদগী গাড়ী থৌদোক্লুনা লৈবম্মী। মদোমদা ইযেং যেংশিন্নদনা লেক লেক লাউবনা মশামদুনা খোঙথাং খুদিংগী মাঙলোমদা ব্রাই-ব্রাই হাইথবক্লিবদু খোর্মজন্দনা, নাদা হেপশিন যেপাশিন্দুনা, যাল্লিবা চুনিদু শের্মজিন-শের্মাজিন্দুনা লৈম্লনা খোঙ্গাল্লোমদা তপ্রি-তপ্রি থোকখিবদু হেংলদুনা বসন্তনা খোঙ্গাউ থাদুনা লাউবকই, "লৈম্না ।"

অমুকসু খংই। খোঙ থাংবা চপ লেপ্লী। গাড়ীদু থৌদোক্লক্লুনা মনাক্লা খাৎল্ল। মাবু কাখৎহল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থৌদোকখ্রে।

মখোযনা চৎখিবা মিনিট তবামঙা-কুপ্লোমগী তুংদা জামিনী খুমদুদা থুংলৈ। মাঙ্গোল কাখৎলকপগা মশূবু কৌবকই 'খোইবী, খোইবী বো-বোক লাকএ খোইবী ।"

কৌনা-কৌনা ইমুংলোমদা চঙশিল্লকই। লৈমহলনা চাকশঙলোমদগী মমাব কৌশিল্লকই, "ঐ সোমদা লৈবে ইমা।"

খোঞ্জেলদুনা লাক্লিবা মাযকৈ অদোমদা শোলি শোলি চঙশিল্লক্লুনা মচানুপাগী মনাক যৌশিল্লক্লবদা জামিনীনা হংলকই, "চাক থোংলিব্রা?"

"অঙ, এঙ্গাং শেমগৎলি, . অঙাং মথক্তা টি ভি য়েংখিবনি।"

চাক-চাফাল অমা পুথোক্লুনা থাই। ফালদু চিংশিন্দুনা ফমথবক্লগা ইমুংলোমদা হাইফেত্তং যেংশিল্লদুনা মমানা হায়বকই, "ইবুংঙোদি চখোকখিব্রা?"

"অ লৈস্না থিনখিবনি।"

"মাদি কদায়দা চৎলিবা?"

"মমান্নবীখোয়দা চাক-চান্ননি হাযবনি পবীক্ষা লোইবগী।"

"কবি লমদনো? ঐদি মাবু লৌবা লাক্লিবনি।"

"সিদনিদা, ইনক-নকই সগোলবন্দদনি।"

" নঙনা ঐবু লাকউ হাযদুনা পাউ চেল্লকই হাযববু কবিগীনো?"

"মদুদি চুম্না ব্রাবী শাননীংবগীনিদা।"

"ঐদি লাং-ফাং পংখনবু খল্লুবেদা ইবেম্মা খঙদে, লৈতাফম সুকখঙহেক খঙদে ইমাদি, নঙগীবু খনগদ্রা? মাগীবু খনগদ্রা? ইশূ থোইবীসিনা মথন্তা ওইজবগসু নুপাহেক ওইজবল্লদি ফগদবা ।"

তাল্লকসিদা গাড়ী থৌজিল্লকপগী মখোল তায। মদু তাক্লবগা জামিনীনা হাযবকই, "ইবুংঙোবনে?"

"ওইবমগনি।"

ঙাইহাক ব্রা ঙাঙবা লেপ্তুনা লৈনবিঙে তাল্লক্তুদা বসন্ত চঙলক্তুনা অতোপ্পা কা অমদগী হাযবকপা তায, "ইমাবা?"

"মান্নী ইবুংঙো, ইমানি," লৈথোক্লুনা যেংলক্লগা জামিনীনা খুল্লকই।

বসন্তসু চাকশঙলোমদা চঙশিল্লক্লে।

"চুম্নশুম লাকপিব্রা ইমাবো? "

"পাবুংনা লৈস্না লৌবিকবো হায-হাযদনা লাক্লিবনি।"

মমাগী মহূত্তা লৈমহলনা ওক্তুনা খুমজিল্লক্লিবা মতৌদুদা মমাসু বসন্তসু মঙোন্দা যেংলকই। মদু খঙশিন্নদনা মহাক্লা অমুকসু হাযবকই, "মাবুদি, ঐখোযনা কোন্না থিনবীবক্লসু যাযদা, অদু ঙসি ইমা লাকপসিদি তান যাম্না চাবে, মশা লৈত্রিঙৈসিদা মাগী ব্রাদু খন্নহৌনবা।"

মবকসিদা বসন্ত মোডা অমা লৌকদুনা ফল্লে। মহাক্লা ফল্লবগা লৈমহলনা মমাদা

ওনশিন্দুনা ৰা হৌদোক্লবা হোৎনবকই, “ঐনা অমা হাযবদো ইমা ।’

“হাযযু।”

“মীবুদি যাম্না ফৈ হাযনৈ, মশাসু ওজানি, অদুদা ।”

“কৈদৌববা?”

“চহী খেন্নমনখ্রবদুদা , নুংঙাইত্রেনে ঐদি, মাগী মতৌসিগা।”

“এ, মবাইবক্লবু তম্নবন্নদি চহীনকা চৎনবপোৎ নন্রে মহৌশাদি তবামঙা-কুন হনবফাও শীকথন্না লৌনবশীবপোৎনি।”

মমানা হাযবিবদু মুন্না তাবগা ঙাইহাক ৱাখল তৌকবগা মহাক্না হংলকই, “ইনেখোযবোমদা কুঠী লৌখিবদুদি মবোল অমতা হোদোবক্লববা?”

“ হোদোবক্লে, কুঠী-কা পীবক্লেদা পক্লে, চান্নে, লৌন-লৈনবা যায হায, মখোযদি হৌজিক-হৌজিকমক থবক পাঙথোকপা পাম্লবা ওইনবু তৌইদা।’

“ইমানা কবি হাযখ্রবা?”

“হাযববুদি নখোযদা তান্নবকখিগে হাযখ্রি , এশানা চেন চোংজখিবা ওইববদি নখোযনা থোকপা তৌজখ্রে হাযদনা থোক ঈনথোকখিবসু যাবা, মদুস নত্ত, হাযন-শীংনবা হাযব মসু থোক্লববনিন মশা ঙাঙা ইকৈ-কোক্লা কবন্না কোক থাংদোক্লনা প ব দৌবিদো খনবদা পুংনম এমখ্রে ইনাদ।”

তাম্মোসু, ঐখোয দেবেনস খব খনদ নতৌজবক্লাদা, মানাসু লোইরে, মখোযনা তৈদনা কনানা তৌদৌবিবা?”

“অমনা ইপা থাক্লি অমনা ইমা থাক্লি হাযদনা লৈত্রবনি, এখোয দ ইচল লৈ-কা কাঊখ্রবনি। মনম্মা অনীদুনা ঐনা মা লৌব্নদৌবেদা তাবদা খ খ কম্নদা অমা কুইবা লোইবপোৎনি।’

“তৌজসনু-তৌজসনু, মখোযগীসু মতম শাকখিনি অদুবু ঐখোযগীদি হাযফম থোকপনি, হাযবতাবনি অমুম্নাসু লৈবি, খেম্নাস লৈবিদনা।”

“হঁ মাগী মচেমচাদুনা তৌবক্লদবসি যাম্না তৌবক্লদৌবিদা ।”

ইথা-থাজদনা জামিনীনা থবায তানা নোকথোক্লকপদুদা লৈমহলসু নোক্লবা ঙমদদুনা নোক্লক্লে। অদুবু বসন্তদি হান্নগী ফীভমদগী বর্বিমতা কার্যদ্রি। নোকপা হন্থবক্লগা, লৈমহলনা মতোমতা শোঞ্জবগুম্না শোন্থাংননা হাযবকই, “খঙদেনে লমদুনা লাপমনবদুদা ।”

"লাপচসনু ইবেম্মা লাপচসনু, চাবা হেন্দ্রগা লোইবে, থীবোঙ পুবীনবা লৈতবদৈ নত্ত্রো ঐখোযনা ঙসি মাবু কোযহা-হাবিবসিবো।"

আশা তৌকদবা মনেমবোক্কী ব্রাঙাঙদু তাবদা মচী লেঙলমদ্রবা বসন্তগী শকফমদু খৃদক্তা হোংখ্রে। থুনমক মহাক্কী ব্রাখলদু কদাযদনোমা য়াঙনা চেম্বোকখিদুনা নাদা তাবিবা ব্রাবীশিং অদু কোকতা চঙখিদ্রে । লৈমহলসু খোল ব্রাংখৎলপ তৌবকই, "কবিনোদা ইমাসু, চাবখক্কীবনে মযাম্না ময়ূম মকৈ পান্নবিবশিংসিবো? ফববসু ফত্তবসু নচানি, মীনা তাবগা কবি হাযখিনি।"

মচানুপীনা হাযদোক্লক্লিবা ব্রাদুদা মতম কুইনদগী মহাক্লা পুবক্লিবা ভাব, হোৎনখিবা পূম্নমক অদু পাউথঙনবকপগুম্না জামিনীদা ফাওবক্লে। মশানা হাযদোকখ্রবা ব্রাদুগীদমক মতোমতা ইকাইজবক্লদুনা ঙাইহাক্কী মনুংদা ব্রাঙাঙ অমা পুমওন-ওল্লদুনা মচাবু থেমজিন্দুনা হাযবকই, "মদুগী ব্রা-ঙাকসু নত্তেনে ইবেম্মা, ঐখোযনা লৈদুনা কযাকুইনা লৈখিনি, নখোযনবুদি হোৎনহৌগনি হাযববু হিংলিঙৈসিদা মাগী মথৌ-মঙম পাঙথোকহৌবা অদুতদি ইমীৎসিনা উনীংঙ্ঙীদনা ।"

মতাংসিদা বসন্তনা ব্রাখল-মীৎযেং ইতাউ-তাউনা ফম্ফমদগী হৌগৎলক্লগা নাচঙদনা হাযবকই, "ইমা থেঙনা হনবীগদবা নত্ত্রা?"

" ঐগীবুদি ইযা-যাইদা।"

"ঐ থিনগে, হৌবেল লৈম্না লৌবা চৎকনি হৌজিক ঐ থবক অমত্তা চথোক্লখিগে ।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা থাংবা হৌখ্রিবা খোঙথাংদুনা পুখিদুনা মীৎকূপ অমগী মনুংদা মহাক্কী মশক উখিদ্রে।

মথংগী নুমিৎকী অযুক্কী পূং মঙামুক তাবা মতমনি। বসন্তখোযগী শূমাঙদা লেপ্তুনা পাখং অমনা খোঞ্জেল হৌবপনা হংলবি, "কবিগুম্না অমতা হংজগেবা।"

মীৎকূপমুক্কী তুংদা লৈমহলনা ইমুংদগী থোক্লক্তুনা শূমাঙদা লেপ্লন্নিবা পাখংদুদা চিংননা যেংলদুনা হংলকই, "কবিওইববনো ইবুংঙো?"

"যূমসিবু তামো বসন্তগী যূম ওইবীবব্রা?"

"মান্নী ।"

"ও, ইতৈমা ঐ, তামো বসন্তগী মমান্নবা শিংজমৈদগী প্রিয়োগী মনাউনি ।"

লৈমহল হান্নগী মীৎয়েংদু হোংদনা নুপাদুদা যেংদুনা লৈবি, লাল্লিবদু চুবি তাফমদুদা লেপ্লা-লেপ্লা মাগী মীৎয়েংদুগী পাউখুম পীবা হৌবকই, "ঐখোয়গী তামোনা পাউ অমতা পীকচো হায়দুনা লাকচবনি ।"

ব্রাহং অমতা লাক্তবদুদা অমুকসু মহাক্না হায়বা হৌবকই, "তামো বসন্তদু ।"

ব্রাদু মখা তাথদ্রিঙৈ পাখংদুনা লৈমহলগী মায়থোঙদা অমুক্তং যেংলকই। লৈমহলগী অহোংবা লৈত্রবা মীৎয়েংদুগা মীৎচান্নবা ঙমদ্রদুনা মমীত্তু থুনা লৈথত্রগা মহাক্না হায়বকই, "ঙবাং অঙাং অমা পুবক্তুনা হৌজিক ঐখোযগীদা লৈহৌবি অঙাংদুসু মশানা য়াদববা কবিনো, ঙবাংদগী কণ্ডুনা অদুম লৈ, ময়াম চঙদুনা থেম্নববনি, ব্রা হংবসু অমতা খুমদে, তামো বসন্তনসু মাগী মবমদা কবিমত্তা তাকউ হাযবসু যাদে, ঐখোযগী ইমুংসু নুংশা থীনবে ।"

মহাক লৈমাযদা যেংদুনা ব্রা ঙাঙলি হাযবতনি কনাগুম্না অমনা মাবু চাগদবগুম যেংদুনা লৈবি হাযবা মহাক খঙই, পাউ তম্বদু প্রপ-প্রপ লোইশিন্নীংলদুনা, মকওইনা হায়বমগদবদু থুনা খন্দোক্লদুনা মহাক্না হাযবকই, "'ঐখোয' ইমানা ঙশায অযুক তক্তুনা হংমনবদুদা মমিংদুতংদি হাযবক্লমাল্লে, মাগী মমিংদু ইদুনা পুজবকপনি , লৈফমদি খঙজবক্তে ।"

ফৃবিৎখাউদগী চেজেৎ অমা পুথোক্লক্তুনা যেংলুবগা মহাক্না মখোঞ্জেল মযেক শেংহন্দুনা হাযবকই, "মিংদু লৈম্না হায়বা ।"

ব্রাদু হাযনা-হাযনা পাখংদুনা যেংথোক্লকপদা লৈমহলদু মমীৎ উইশিন্দুনা মকোক পাযদুনা তপ্ল-তপ্লা ফমথখিবল্লি।

## নামৎ মাঙবা

চে অমগা ষ্টামপেড অমগা পাযদুনা শিলানা লৈবিক্কী মনাক্তা তফিং-তফিং লাক্লুনা ফমথৗই। মহাক্তা ফমথবকপ গা লৈবিক হৌগৎখ্রে, "খূৎ হাম্লুখিগে।"

লৈবিক্লা ইংখোল মন্নবগী মোৎলবা খূত্তু হামদোক্লুনবা থোকখিবৈঙদা শিলাদু চেনচৎ চত্তুনা শমজেৎ লৌকই। শমজেত্তুনা মকোক্তুদা অনী-অহুমলত্তং মতেক-মতেক খোঙনবগী ফিজনা খূৎ তৈথোক তৈথোক্লুনা চঙলক্লিবা মনেমদা মখুম হাদোক্লবা ষ্টামপেডত্তু তহা-তহানা লানশিল্লকই। ঈংনা-তপ্না ফমথবক্লগা লৈবিক্লা ষ্টামপেডত্তু লৌদুনা লৈমাযদা থন্নে। যেৎকী খূবীদু ষ্টামপেডত্তুদা নম্লুবগা মহাক্কী মমাঙদা মমৌনা ইপাক-পাক্লা থম্লিবা চেদুদা মখূবীদু নম্লদুনা খোঞ্জেল নেম্না মহাক্লা হাযবকই, "হন্দক্তি ।"

মমৌনা চেদুদা তাবিবা মযেক শেংফাত্তবা খূবীগী মমিদু যেংলুবগা অনীবকশুবা ওইনা ষ্টামপেডতা নম্লিবা মনেমগী খূবীদুগী মথক্তুদা মখূৎমক্লা খবকন্না নমশিল্লকই। ষ্টামপেডতা নম্লববা খূত্তুনা চেদুদা অম্লক নমশিন্দুনা মীৎকূপমুত্তং থন্নগা, মনেমনা মাগী ৱাদু মখা তাবকই, "ঝি খবা লৈনীংই ।'

*চেদু খবদং ঈনশিল্লক্তুনা অতোপ্পা মফম অমমুক মনেমলোমদা নকশিলহল্লদুনা* চান্ন-চিন্নবগী খোঙ্খোক অমদা হন্দক্তি মমৌনা হংলকই, "কবি ফিনো ইমাগী?"

অহুল্লকশুবা খৃৎনমদু নম্বা লোইবগা মৃক চূববা খূবীদু ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা তক্ক-তক্কদুনা মমৌগী পাউখুম ওইনা লৈবিক্লা মহাক্লা হাযনীংলিবশিংদু তপ্পা-তপ্পা অসুম হাযখবক্লি, "থাকল অমতং যাৎহন্নবা, নোংমাইথেম অচৌবু , বামন্দি অমতগা, উম, ফনেকসু অমনবমক্তা ঙাযবে, পীক্তক-তৌবা ফনেক অমতগা উবৈবোম শঙজিন্নবা ।"

মাগী ব্রাদু লোইশিনদ্রিঙৈদগী হৌগত্তুনা লেপখ্রবা শিলাদু মতাংসিদা মখোযগী কাবোমদা চেনশিনবগুম্না চঙলক্লে। ফি হোংলল্লিবা মংলেমনা মাবু উবগা হংলকই, "কবিনো ইমানা হাযবিবো?"

"কনানা খঙনোদা কদোমদগী বাগনো।"

"কবি হাযবিনোমি অদুবো?"

"চোইত্রং-পাত্রংনিবা, শিবগী পোৎ লাঙদৌবিমাল্লে ।"

শিলাবোমদা ওনশিন্দুনা ব্রা ঙাঙলম্বা মমাযদু খংলৈ-লৈশিল্লক্তুনা মংলেম তৃমিন লৈখ্রে। হন্দক-মবক মমাগী নুংশুক-নুংজানবা শকফমদু মহাক হান্নদগী চিংনবল্লবনি।

*ঙবাংসু যাচঙলকপদা বৃন্দাদেবী মখোঙদা ফমদুনা মমানা ফনকুইনা লৈখিবদু মহাক্লা ইমুংদগী* উখি। মীৎকৃপ অমা-নীদং খঞ্জানবগুম-কবিগুম তৌবল্লগা ফি-শেৎপা লোইবদুনা মহাক্লা থবক চৎননবা গাডী ঈনখোল্লককপদা শূমাঙদা মমাগা লেংথৈনৈ। মংলেমনা মমাগী মকশিল্লবা মাযখোঙদুদা অতম্না যেংলকই, হৌজিকসু মমাগী মমীৎ অনীদু ইঙাঙ ঙাঙলি, মীৎপানাশিংদু থাগৎলি। মহাক্লা মমাদা হংলকই, "হকচাং নুংঙাইতব্রা ইমাবো?"

"কৈসু তৌদে ।"

মহৌশানা লীক্লা ঙাঙই লৈবিক। খবগহেন্না হংথনবা মংলেমগী ব্রাহৈ অমমুক লৈত্রদুনা কাখোল্লববা যা হঞ্জিনখ্রে। মদু ওইদুনসু অসিগুম্বা সহি লৌবা নুমিৎশিংসিদদি শিলানা মনেমবু মনেমনি নীংশিংই। চৎলমদাইদা "চৎলুখিগে ইমা" তাক্লমদুনা মখোয থোকমিন্নখ্রে।

খ্মিন্নি শুবকপগী নুমিদাংনি। মযাম ইকোয-কোযনা চাক-চামিন্নবি। ব্রা ঙাঙদনা চালূকপাঙদা কুইবেনখৈ ফল্লবা তুংদা অহানবা চাক খোথবগা যাম্না চীং-লেম্বা খোনফমদা লৈবিক্লা মমৌদা হংলকই, "পৈশা ফংলক্লব্রা ইবেম্মা?"

থাজদ্রবা ব্রাহংদু তাবদা মনেমগী মাযথোঙদা মতা-অমা ওইনা যেংলদুনা ইশম-শম্না শিলানা খুন্নকই, "ঊঁ।"

" হযেংদি শগোলশেলনি, হংচীৎসি থাবানসু ফৈ, ফিশিংদু লৈহৌক্ব্বা তাবি।"

শকফমদু কম্থা-কবেংনবদুনা তূমিন্না চাক-চাদুনা মীৎকূপ খবা লৈরুবগা থওইদবগী সুব অমা চেলহন্নদুনা শিলানা হাযবকই, "খবা তপ্না তৌবা যাববোযদ্রা ইমাগীদুবো ?"

পাউখুম ফংদ্রি, ঙাইনকদনা মহাক্লা মখাতানা হায়থবকই, "থা মবি-মঙাসিদা লানখ্রদি কোম্ননি, মক্প অচৌবা অনী লোইবক্কদৌবে হৌজিক্তি থা অমত্তা অমুক্তা কোন্নবা ঙমদে হৌজিক-হৌজিকমক শীজিন্নগদবসু নক্ত্রি ।"

মহাক্লা ঙাঙবা লেপখ্রবদা মমাবু লোন্না অমুক্তং যেংলুবগা হান্নগুম্না মমায নৈশিনখ্রগা নৌথবদুনা, মংলেমনা হংলকই, "কৈদৌবগে ইমাবো?"

"কবিসু তৌদে ।"

ঈকন-কল্লিবা মনেমগী ঈচান-চান্নদ্রবা মওং মতৌদুদা নোক্লীংদনা নোক্লদুনা শিলানা হাযবকই, "পোৎ-কা কন্না লাঙখৎলকপসিদা ।"

" হযেং কোযচেন-চেন্নানি, নখোয বানি হাযবনি ।"

মমৌগী কবেম-কথাইনববা মীনোক্লনা নমহৎকদবগী হোৎনবক্লিবা ভাব অদুগা থোইনা যেৎনকব্বা পামদ্রদুনা তের্মশিন বাহৈ খবদু হাযবা লোইশিনখ্রগা স্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লদুনা শোম্থাংনবা খোঞ্জেলদা ঈশ্ববগী নাম শোল্লকই "হবে কৃষ্ণ " অদুগা, খোঞ্জেল থোক্তবা ব্রাহৈদা মহাক্লা মশাদা হাযজবকই 'ঙবাংদগী ঙসিফাওবা কবিসু তৌদ্রে ঙসিদগী হযেংফাওবা কবিসু তৌবোই হাযনীংঙাই লৈতে।' থা অনী-অহুমসি মহাক ব্রাখল অসিদগী নাম্থোকপা ইঙম-ঙমদে। খল্লনু চাম্মবক থেমজিঞ্জে মথন্তা, চাম্মবক হঞ্জিন্দুনা মদুতবু খল্লকই।

ঈশিংকোন পাযদুনা হৌগৎলক্লগা মচানুপানা হাযবকই, "মঙ-হা নুংঙাইতব্রা?"

" উম, মঙসু নুংঙাইতে। কুইবে নুংঙাইবক্ত্রিবা নপাবুংসু নিতিগী উই।"

"পাবুংবুদি ঐসু উই, অদুর্নানি ঐনা মঙ হংলিবসি।"

"নপাবুংদা নত্তে, শিখিবমখৈ লোইনা উই, ঈপামলোমগী ইচেখোয, তাদখোয অসূক কুইনা উবক্ত্রবা ইমাদুনা লাই খুকম্না চৎলুসি হাযদুনা হৌবম্মী ।"

পি মবীক মবি-মঙা মবী-মবী ওন্থবক্তুনা পৃখমদা নমদুনা লৈবিবা খুৎকী খুৎনমদুদা তপ-তপ তাবকই। মংলেমদু মনীংথোঙলোমদা থোকখ্রে। ফিজিনা মমায খুমজিন্দুনা লৈবিক খোঞ্জেল থোক্তুনা কপহৌবি।

মচানুপা চঙলক্তুনা ঈশিংকোন থল্লবগা ৱানা হোৎনদুনা মশাবু ফাথজবগা মখোঞ্জেল শেংহল্লদুনা ঈংনা চেৎলবা ৱাঙাঙদা লৈবিকনা হাযবকই, "তবং-উপুসিদা প্লাষ্টিকখাউ অমা য়াওবিবনি, মদুদা গোবিন্দগী নির্মল যাওবিবনি, ফি মচা-মশৃ, শেল অচোই-অবাক খবসু থল্লবনি, নপাবু।। ইল্লগ ইনযিদুমনা কায কৃপ্লবনি, সনামহী কাচিন্দা লীক্লিমচা অমা লৈবিবদুনা গঙ্গাজলনি।"

" ইমাখোযগী কৈশামপাৎকী যজ্ঞদুবু হংচীৎ নত্রা।" মংলেমনা ৱা থৈদোক্লিবনি খঞ্জদুনা হাযবকই। অদুবু মমানন্দি খুল্লকই, "মান্নী, মদু চৎলুবগা হল্লকপদা হাইজিল্লকসিবা খল্লম্বনি।"

মশামক্কী মবলবু নোংমতসু থিজিল্লদ্রবা পূক্লিং-শান্তি পামজবখক্লা ঐগী হাযবা কাউথোকখ্রবী লৈবিক্লা ঙসি মহাক্কী অমতা ঙাযববা দাবী অসিমতং মশকথোক্লা থাঙ্গৎচবকপা অসিদা শিলাগী মপুবোইবা ওইখ্রবা মংলেমনদি মনি-মমৌগী ৱাফমদুগা মহাক্কদি মবী ইবৈ-লৈনদ্রবগুম্লা ইতোপ তোপ্লা লৈথোকখিবা মতৌদুবু উকবগা লৈবিক থম্মোয পুবা ঙম্লক্লে। অদুঙৈ লৈবীক লৈবাক থল্লিঙৈ, মাগী কনা ৱাত্রিঙৈ মতমদুদা মমাগী মযমদা মচানা ঙাঙখি-শকখিবা থমখিবা থাজবা কযাদুনা ঙসি মহাক্কী সংসাবনা তাকশিল্লক্লবা মীৎকৃপসিদা মঙোন্দা কাইহৌববগুম থোক্লবে। মতমদুদা মচানুপানা ইতৎ-তত্তনা হাযখিবা কাউঙমদ্রবা বাহৈ খবা অদু ঙসিসু মহাক্লা নীংশিংলক্লে— 'মবমওকপী নমৌনা সেবা তৌদুনা, চানীংবদা-চা, শেৎনীংবদা শেত্তুনা ইমাবু লাইগুম্লা লাৎকদৌবিবনি' মতমদুগী অমৃত চেল্লবা মচাগী ৱাহৈশিংদুনা পথ-পুমথবক্তুনা মদুদগী থোক্লকপা হূতনা ঙসিদি মমাগী থম্মোযদু পূমথন থনগৎলক্লে, কপ্লীংলম্বা পুম্বা হনগৎখ্রে লৈবিক। শহুম চাউববা স্বরহোন অমতং শাংনা হোন্দোক্লক্লবা মতুংদুদদি ফুনগৎলম্বা পূম্বসু নেমথখ্রদুনা মাযথোঙ অদু মপূং ফানা চাঁং লেপ্লক্লে। খোথক্কববা চাক অদু অমুকফাওবা হূক্লমদনা মহাক যম্ফমদগী হৌগৎলক্লে।

ওফিসতা, বিক্মোদগী ওন্থদুনা মমা হোর্সপিটালদা পুখ্রে ফীভম খবা লুনা লৈ হাযবা পাউ যংবদা মংলেম কোকচাউবী কাখ্রে। ঙশাযদা চৎলমদাইদা উতোন অমদগী উতোন অমদা

কোইপাই-পাইদুনা লাক্ল-লাক্ল খোংখিবা ক্লাকশিংদুবু যেংদুনা 'হবে বাম, হবে বাম' শোন্দুনা মমানা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবদু মমীত্তা শং-শঙনা উবকই। ঙবাং' মথং নহান্দা মমানা হাযখিবা ৱাফমশিংদু হন্না-হন্না নীংশিংলকই। খোঙজেল যাঙবা ৱাখলনা মবী-মবী চিংথোক্লক্লুনা মফম খুদিং হোববা অনৌবা যূম্বাল অমা মংলেমগী মীৎলমদা চোংথোল্লকই মতৈ-মনাউনা, নিতিগী নুমিৎচূপ্পা হুন্দোক্লমদুনা চৎলিবা যূম, মচাশিংগী নিঙাই চক্রি, ইমুংগী ইংখোলগী কুপ্লোমশিংদুগী মথক্তা লৈকাইগী থৌদোক-বাথোক, মথং-মথং থিকব্বা নাইদনা মতোম মতোমদা থোকচবকই, মমল নাইদ্রবা মমাগী অবাৎপত্না মাযকৈ খুদিং হাৎজিল্লকই । মঙদা চৎপগুম্না মংলেম হোর্সপিটাল যৌবকই।

নোংমা-নোংমদগী মঙানি শুজিল্লক্লে, ফনা হোৎনদুনসু অহল ওইববী মমাগী হকচাংদি উন-উনমক মযেং তাবা থুজিল্লক্লি। অদুবু থোইদোকপা লাযেংগী নৌনা খূৎ থাবদি উবক্লে, ডোক্টবশিং খূৎ থাবগুম্লক্লে। হিদাক চাবা-কাপ্পদি যূমদসু অমহানি পোম্খাহনবনা হেন্না খুদোংচাবনি খন্নদুনা যূমদা পুথবে।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদুমক্তা, মনেমনা জ্ঞান তাদনা ফম্যুংদা হিপ্পুনা লৈবিবা কাদুদা ষ্টামপেড অমগা পেন্সনফোর্ম খবগা পূদুনা শিলা চঙলকই। লোংখ্রাক লোংনা ফম্যুংদা তাদুনা লৈবিবা মনেমগী ওযথংবা নাকলদদা লোনশিংবব যোর্মশিংদু ফাওক্লুনা থম্লগা মনেমগী খূবাদ পাবদনা। ষ্টামপেডতা নম্ন নম্নগা, খ্বাইগী মথক-থংবা যোর্মদগী তোঙান তোঙানবা মফম অহমদা, মথং-মথং নম্মী। অসুম্না অহানবা যোর্মদু নম্না লোইবগা হান্নগা চপ মান্নবা মওংদা অনীশুবা যোর্মদু সহি তৌহনবা হৌবকই। ফমশেন্নবম্না মংলেমদু তিঙক-মাযঙক্ল দুনা শিলাগী মতৌদু যেংদুনা অসুম লৈবম্নদগী জ্ঞান খংলাক-লাক্লুনা মিপাইববা খোনফমদা ইখচ-খঙহৌদনা হাযবকই, "কৈনো তৌবিদুবো।"

"কৈদৌবগে ।"

মংলেমনা ফম্যুংদা লৈবিবা যোর্মশিংদু পূন্না তাপ পাযখিবগা শিলানা খংলাক খংজিন ওইনা হাযবকই, "পীবক-উ কদায, পীবক-উ হাযবনে।"

পীদে মংলেম, শিলানা মুন্দনা লৌই।

"শেল যান্না তিংনা লৌবক্লিবনি, সিবু মীনা তৌনদবা থবক্লো।"

শাউনা শাউনা ঙাঙলদুনা যোর্মশিংদু লোইনা নমখ্রগা ফম্যুংদুগী মযা নক্না থাবিবা

*হিদাক লাংথক থম্লবিবা টেবল মচাদুগী মথক্তা নীংথিনা শেমজিন-শাজিন্দুনা থমখ্রে।*

হন্দক্তি শিলা, হান্নদগী খবগহেন্না চঙশিনখিদুনা মনেমগী মায মযাদা মশাদু, লূকথবপ তৌখি। মীৎকূপ অনী-অহুম্মূক্কী তুংদা লূকথবম্নদগী হনগৎলক্তুনা মখূৎনা পাযবিবা মনেমগী নাইল জোড়াদুদা মপূক্লিং লূপশিল্লদুনা তপ্ন-তপ্না মায লৈথোক্লকই । শিলাগী মাযথোঙ অমদি পোৎশক অদুদা চঙক্লনা যেংলদুনা মংলেম ফম্লম্নদগী ভাব তাদনা হৌগৎলকই। অদুবু মহাক্কী মচীন্দগী কবিগুম্না ব্রাহে অমত্তসু থোক্লকউ হাযবদি যাখিদ্রে।

লৈ জোডাদু খূৎ যেৎনা অমুক ওযনা অমুক তপ্লপ-তপ্লপ হুনগৎলদুনা মদুগী চাউবাকপা অকন্নগী চাং অমা লাকশিন্নবা হিসাবতা উংদুনা ফম্মাঙদা ঙাইহাক লেপ্লন্নগা, শিলানা ফোর্মশিংদু অমদি ষ্টামপেডতু পাযখৎখ্রে। পাঙ্গল-শক্তি পূম্বা শুমহৎগ্রবা মংলেমসু থৱায যাওদ্রবা হকচাংগুম্লবা মমাগী মতৌগুম্না মনা-মনিল অমুক নাইবক্তে। চপ তিংথোক্লবা ওযগী খূবাক ময়াযদুদা হাপ্লদুনা, সনাদু মথক-মখা ওল্ল-ওল্লদুনা ব্রাখল তৌনা-তৌনা শিলা, নিঙাইদনা কাদুদগী খোঙ থাংদোক্লক্লে।

## নূংগা যেকমগা ৱাইনবা

মেত্রিক পরীক্ষাগী সেন্টর খঙনবকপগা মনিলৈমা গাডী ঈনথোকখি। হূমদুনা থিকই, ওজা প্রদীপ ফাবক্লে। ওজা প্রদীপ শগাংদগীনি স্কুল মনাক মোইবাংখোম কৈথেলদা ভাবা লৌদুনা লৈবনি। পাখং শবীনি, মপূক চমজে। মতমগী চাকচা-যুথক্কা চূশিন্নবা ঙমজদবনা মবম ওইদুনা শঙ্গ পংচাউ-চাউজদে। বুদ্ধি-লৌশিং ফবগসু ৱা ঙাঙবা হৈতে, মমাযসু শোল্লী। অযাম্বা মতমদা তাবগী শক্তত্তা ওইগল্লী। ঙন্না যূম পাল্লকপী লৈমখোয মখোয চহীবোমদদি লেঙ্গা ওইগনি। ওজা প্রদীপকা যেংনকববদি মনিলৈমদি পূমওননি. শাৎকাযববা শুলাপকুম্না মযাই কানা ফজববী মহাক্কী মাযথোঙদুগা চান্নবা ঙাঙথোক্লকপদা খোইহী চেনবা চীম্বাল অমসু ঈশ্বরনা পীনবিবক্মী। কনাগুম্বা অমদা কবিগুম্বা অমতং মনিলৈমনা নোল্লুক্কা হাযজকববদা মাই হাযবক্লবা মহাক অদুদি শক্ত পোল্লাংগুম্বনি মী ওইদ্রবা। মাযা অর্মনি। 'ভক্তিগী মমাঙদা মূর্তিনা কযা কুইনা লেঙদনা লৈবা ঙমগদগে,' মন্ত্র অসি লৈমগী খূৎপাযনি। শকতা হেনবা নত্তে, মবিলসু লৈ লৈমা। মপুবোইবনা চীংদা লৈখিবনা মচা অহুম শেম্বগী থৌদাং ফৈগাক-ফৈনা পুজবকপনি মথন্তনা। ওজা যাইমগী মক্রুবা থম্মোযগী

*ঈবিক্লা লেপ্লাইদনা খীকপিবতনা মনিলৈমদা লোইনাইদ্রবা থৌনা পীবি। অমনি খঙদে*

অমনি খঙদে, অহুমলক পৃথহৌববী মচানুপী বোসনিবু হন্দক লাম্লোকহলহৌদবা শৃকযা-যাদে হাযবসিতনি মহাক্কী লাইনীং। লৌথৃপ-লৌকোই হৈজদে লৈমা, ওজাগী মফমদা অশেংবদুমক হঙ্গৎচৈ, "মবুং-মৌপ্পাসু লৈজদ্রে, ঐখোযনগা পঙবনে , ঐখোযগী ওজাসিনগা (ওজা যাইমা) মতমগী চৎনবীসি শম্না মফৈ অমা খঙবিদবা অদুগনে ওজা, ঐ ইচাসিমদি পঙসু পঙত্রবা, কোকহন-লাইহন ওইবনা তৌব্রা কৈনো, মনাওশিংগা মান্নদে, মাদবু পাস তৌহনবীবক্লবদি ওজাগী লমল মপোক তবেৎনক্তো কাউজবোয। হন্দক্তি কনাননো পবীক্ষা চেনবা থিংই হাযনগুমসু তৌদাইনে ওজা' খোঙবাল চেনবিনবা লৈতবা ঐখোযগীদি ফনবু ফবে, নহালমখৈ মীগী তৌনবিবা মযামদু উকবগা ইচানা হল্লক্লগা কপ্লবদু কযাদি নুংঙাইখিদ্রে , হন্দক্তি ঐখোযনা ৱামনবসি উবীদুনা ঈশ্ববনা ঐখোযগীদমক ওজাবু থাবিবক্লিবনি, ওজা ফংজবসি ঐখোযগীদি লাইবক থম্নাল শাৎপ গুম্বনি।"

ৱাহৈসু-ৱাহৈনি মহাক্কী মিনোক্কী মগুণসু অঙকপনি৷

ওজা প্রদীপ মমাঙদা অমুক্তসু ছাত্র অমত্তগী পবীক্ষা চেল্লক্তি। মশাগী নিযম অমদা চৎচবা মীনি। মীনসু মঙোন্দা অসিগুম্বা ৱা পঙনা হৌদোক্তে, কবিগুম্বা হৌদোক্লগসু মহাক্লা অমুক্তসু যাখিদ্রি। বিধিগী নোংদম্না, হন্দক মনিলৈমগা ওক্লকবদৈ ওজা প্রদীপকী ফিবেপ খবমখৈদি হোংহল্লে , খবা নত্তে, ওজাগী ফীভম খোইগী তীল ওম্লববা লেম্লৈ-ঙাগী পাংখককুম লেঙ-ওৎপা তৌখিদ্রে। মশানা মমায চুমজদ্রে, অচিংব'মনা চিংবা মায'কদা চৎলক্লে। মনিলৈমনা ওজাগী অপাম-পামদা, হৈনবা-হৈনদবা খো-খোপ্পা খঙদোকপদা মীৎকৃপ ফানা চঙদে। নোংমগী মনুংদা ইমুং-মনুং ওর্নাশিল্লে। শকখঙর্নাখিনা নমিত্তদগী হৌবগা, পবীক্ষা মনুং নুমিদাং খূদিং ছাত্রিগী যূমদা ওজাগী চাক হাপ্লে, অধুক্তদি চথোক-চৎশিন খুযৌনৈ তাকপিবে। থোং-থাকপা হৈবী লৈমা পীজ-পীথকস্ ফজৈ, চেকশিন্নসু হোৎনজৈ। হযেংগী বার্তোন ঙসি থাই, হংচীৎকী বার্তোন হযেং থাই। মদুমক্কী মতীকথোকপা ওজানা বোসনিবু পবীক্ষা হল্লকপদগী ফম্মুং চঙদ্রিফাওবা মীৎকপ অমা কাইথোক্লনা তাকপা যাবা তাকপি, তম্বীবা যাবা তম্বী। ৱানীংঙাই লৈত্রে হন্দক্তি।

অসুম্না পবীক্ষা নুমিৎ খবনিদু মীৎনা কৃপ্পদা হৌখিদুনা থুম-মোবোক চানবকপগা ইমুং অনী কাযনবে।

থা খবগী মতুংনি। পরীক্ষা হাযদোক্লে। ওজা প্রদীপনা তূম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ হোৎনবিখিবগী মহয মনিলৈমনা ফংজবে। ব্রাখওবী লৈমনি, পম্বদনা পাইবকই। চাক্কৌ বার্তোন কৎলবে, হযেং নুমিদাং।

থংনবা নুমিত্তু নোংমাইজিংনি। থাংজগী নুংথিলদা ওজা যাইমা চীংদগী থুংলৈ। অমুক-মুক লাকপদা কুইনা-কুইনা হুন্দোকপিবল্লবা নুপী-অঙাং পুবীদুনা কোযথোকপা, মযি-মবোল লৈবিদুনা হবাউহনবা ওজা যাইমগী হৌনবীনি। মপাল কাংজৈবুঙদা মেলা তৌবি, ওজানা মচাশিংবু মেলা যেংহনগে খল্লী। মচামখৈনা সিনেমাসু যেংনীংই, ফিল্ম অচৌবদা চাউথোক চাউনা থোক্লকপা অনৌ-অনৌবা ষ্টাবশিংগী অনৌ-অনৌবা ফিজেৎ, ষ্টাইল যেংনীংই। অদুসু হিন্দী থিংথ্রবনিনা ইংলিশ, মৈতৈলোনগীদি যেংনীংদে, মচাশিংনা লেপ্পে।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং অনীমুক তাবদা মপানা মচামখৈ খোমদুনা পুথ্রে। সোমদা ওজা চাক পীজনবা হাযজিল্লুবে, মমাগী মতেং পাংনবা অমত্তদি লৈহৌ হাযবা কনানসু তাখিদ্রে। অমনা অমা লৈনি, অমনা অমা তৌনি হাযদুনা নাম্থোক্তুনা চৎখ্রে। ওজা যাইমনা শদিংদা লৈমদা হায, "মমদ্রিঙৈদা হল্লক্কনি, নঙদা থৌবাং লোইবম্মু, নঙগী ওজাদু থুংলদ্রিঙৈদা ঐখোয' যৌবকপনা হানদৌনি।"

মনিলৈমা থবক খুদিংদা নুংশিৎনি। মমশৃক-মমশৃল্লকপদা, ওজা প্রদীপ থুংলবগা লৈমনা চাক লোইবগা চপ মান্নে। ওজাবু ফম্ফম কাদা ফমহল্লল্লগা চাগা চানবগা পুবক্তুনা মনিলৈমসু ফল্লবে। কবিননো ঙসিদি, ওজাসু লৈমসু কোইতক-কোইতল্লবগুম্না তৌই— অনীদং ঙাযবদুনসু ওইবা যায, ইফোং-ফোংনা মাযগা-মাযগা ওনশিন্নদুনা ব্রাঙাঙনবা ঙম্মদে। ওজা প্রদীপতি চা থক্ল-থক্লা ট্যুব লাইটকী মঙালদুদা লৈমগী তবোপ-তবোপ্পা খজাইদু মৈশা লাংলুবগী ইঙাঙ-ঙাঙলিবদু হুবান-হুবান যেংদুনা লৈথোক্লি হায়বা লৈমসু খঙই।

"পাযবিযো ওজা, ঐনা চাদুনা লৈবে।"

"ও, অঙ, যানি।"

খংবু-খংমাল্লে, ইকাইখাঙদগী ফৃবিৎখাউদগী কমাল লৌথোক্তুনা মায়দু শৎ-শৎ নাম্থোকই। শেংফাত্তবা খোঞ্জেলদা লৈমনা মতোমতা শোল্লকই, "কৈদৌববনো, ঙন্না হল্লক্কনি হায়বম্বনিনে ।"

"ঙল্লিদা ।"

মখোয অনী নোকমিয়ে। তাঞ্জাদুদা কোল্লিং-বেলগী মখোল তাবকই।

"ও লাক্লমাল্লে ।"

হৌগৎখিদুনা লৈমনা খোঙ হাংলুবে। মপানদা লেপ্তুনা লৈবম্না নহা মঙা-তন্দক ইমুংলোমদা গ্রোঙ-গ্রোঙ চঙশিল্লকই। তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈমনা মখোযদা হংই, "কনা , কনা ওইববনো ইবুংঙোখোয়? কনা উনবিগদবনো?"

"মী তক্কী চাক হাপ্লিদবা যাদ্রে ইতৈমা, ঐখোয ঙসি যূমসিদা পঞ্জখিবা তাবি।"

যাথং তৌবগুম্বা খোঙ্গোক্তা মখোয়শিংদুগী মবক্তগী অমনা হাযবক্লিবদু তাবগা লৈমনা নোল্লুক্লা অমুক হাযজে, "ইবুংঙো , ইতৈমখোয়গীদি নুপীঙাক্তা লৈজবা ইমুংনি, নুপা হায়ববু মখোয়'ওজাদনি ইচাসু লৈশাবীঙাক্তা অহূমনি , যাবগদি ইবুংঙো ।"

লৈমগী ব্রাদু তাবমদনা, মনুংলোমদা চঙশিনখিবা য়াও, কাদুগী খোঙনাও হাংদোক্লুনা যেংবা য়াও, মানা-মানা খোকপা তৌনখি। অহানবা ব্রা ঙাঙলকপা পাখংদুনা প্রদীপলোমদা ওনশিল্লকই, "কা অমতংদা শীন্দোকপিযু ইযাম্বনা ।"

"ঐ ঐদি ইমুংসিগী মীওই নংচদে।"

"অদুদি নহাক কনা?"

"ঐ, ঐ।"

"ইচাগী ট্যুসন ওজানি ইবুংঙো," লৈমনা খুল্লকই।

"অঙাংদি কদায?"

"মেলা যেংবা চৎখ্রি, মপাগা ।"

"ওঃ মপা-মচা পূন্না থাদোকখ্রগা ইতৈমগা সোমগা কবি লীলা শান্নবিহৌবিবা?"

"নংচদে ইবুংঙো, ইবুংঙোখোযনা লান্না উবীবে, ইচাগী পরীক্ষা ঙস্বগী।"

"তৃমিনলৈয়ু, হুবানবনা হুবাল্লী হায়গদ্রা? সিবু নুপী অমগী শাজৎলা? নখোযগুম্বী কম্যাসিনা লৈপাকসিবু লৈখা তানা চিংথবকপগী চাউববা মবম অমা ওইবিবনি।"

"ইতৈমবু থাজবীয়ু ইবুংঙো, ঈশ্বর পন্দুনা ব্রাশকচবিবসিনি, ইচা অহূমসি কোঞ্জদুনা ঙসিফাওবা লৈজবকপসিদা নোংমতসু ব্রাখল লমফৈ অমা চৎচকদ্রি, নত্তবা লীচৎ অমা চৎকে খঞ্জকদ্রি , লৈকাইনা খঙবিবিবনি . ।"

"নতাৎতি হৈবিনে, তৌথোবক্লিবসিগা, চালাক যাম্না হৈববনিনা, থবক তৌবা তাবেদনা, ইনাওবী , ইমা-ইবেলশিং।"

নহা অমা নোংথাঙগুম্না পাইথোকখি। লৈমা নিংদোল চোংলক্লে, কবিনো ঙসিগী

মতৌসিবো, মগুদফাও মগুলুদবা থৌদোক্লি, মপূক্লিংদা শোল্লকই। পোকঙৈদগী তাবক্লিবা পি, লন্তক-লন্তক তাবা হৌবকই। ওজা প্রদীপতি লাইনা লৌবগা মান্নবে, চীপ্পাল থক-খা নপশিন্নখ্রে, নূংগী মূর্তি ওনখিদুনা লোন-লি থোকখিদ্রে।

লৈকাইগী মৈবাপাযবী লুচিংবী খবা সেক্রেটবীগা লোযননা হোবে-হোবে থুংলবে। মনিলৈমনা লৈকাইগী মচে-মনেমশিংদা হাযজবা মীৎযেংনা লাংতক্লনা যেংজবদু কনানসু উবীখিদ্রে। হেক যৌবকপগা মৈবাপাযবী সেক্রেটবীনা পূম্নমক খঙলবা মওংদা নহাশিংদুদা ৱাহংলকই, "হৌজিক কমদৌসি হাযবা ইবুংঙোখোয?"

"ঐখোযগী ইথৌদি সমাজগী অমোৎপা শেংদোকপনি, লমচৎ নাইদবা মীবু সমাজদা লোৎশিন্দুনা থম্ফম থোক্তে, মখোযদি মহীক্রুম্বনি, অমদগী অমদা মথং-মথং শন্দোবক্লিঙৈদা অফং-অফংবা মফমদা মখোযবু ৱাবকহৌগদবনি।"

"চুম্মী-চুম্মী ইবুংঙো, মদুমক তৌগদবনি, খঙদ্রিঙৈনা খঙদ্রিঙৈনি ।"

সেক্রেটবীগী ৱাদুগী ৱাবোইশিনগা লোযননা নুপী মযাম খোঞ্জেল অমত্তদা আন্দোলন হৌবকই, "কন্যা কৎশে, কন্যা কৎশে '

খোঞ্জেলশিংদু নেমথথ্রবদা সেক্রেটবীনা লৈমদা যেংদুনা হাযবকই, "মনিলৈমা, ঙসিদি নঙগী নুমিৎশুবা হাযবদু তাবেনেকো।"

"নত্তেইচে, ইচেখোযনা হেন্না খঙবিবিবদুনি, ননাওনা অসুক কুইবা মতমসি ইচা অহুম যোক্লুনা লৈজবকপসিদা ননাওগী কবি-নত্তবা পাউ তাবিখ্রবগে? ইপুবোইববু লাইগুম্না নীংজদুনা ঙসিফাওবা লৈজবকপনি, ওজাসিদি ইচাগী ট্যাসন ওজানি, ইচানা পরীক্ষা ঙন্নকপদুদা চুম্না চাক চাবা অমতং চামিন্ননবা কৌজবনি।"

"খঙঙে-খঙঙে ইবেম্মা, ওজা চাক্লৌববু নুংদাংদা কৌনব্রো? নুপা লৈত্রিঙৈদা নূংদাং-নূংদাং ইচা লাইবিক তাকহনবীবদো ঐখোযসু উই , মতাং চাদদুনা অদুক খঙজিন-উশিন্নদ্রবনি খোল মেঙবা লাযকনু হাযদুহেক তৌইদা ।"

ৱাদু হাযবল্লগা কবোক চাইবকপা ঙাইববা মহাবলিগী যোংযামগুম্না যোমশিন্দুনা লৈবিবা মযামদুদা ওনশিন্দুনা খোঞ্জেল হৌবপনা অমুক হায, "মযাম থৌবাং তৌবিবো।"

ইমুংসু-মাঙ্গোলসু, শূমাঙসু, মীনা পূমথল-থল্লে মীনিলনা পূমনিল নিল্লে। সেক্রেটবী ইন্দুমুখিনা পনখিবগা কনানবু লেংবনো লৈ অঙৌবা পবেং অনী খুদক্তা

পুশিল্লকই। লৈ পবেংদু উকুবদগী লৈমদু ইকাই-ইকিগী পন্নুংদা মশাবু ফাজিঞ্জদুনা থম্বা ঙম্লক্লে। লৈমাযথক্তা থবো-থবো ওন্দুনা মচা অহুম, মপুবোইবা কৌদুনা মীশি-মীনা থোকপগুম তেংথা-নাওইনা কপ্লক্লে ।

মনিলৈমনা কপ্লা, মৈবাপাযবীশিংনা খ্বাঙ মেত্তুনা, খৃদোম্বী শীং-শীংদুনা ঙাঙলি-শক্লিবা পূম্নমক, মযাম কুমহৈ ওইনা পযেং যেংনৈ। অমনা অমদা ব্রাবী হংনৈ। মানা-মানা থোকপা পংতম তম্লৈ, চহী কুন হেন্না অবাম্বম শাগৈগী মৌ ওইদুনা লৈশাবী অহুমগী মমা ওইবক্লবী মযেংবম নীঙোল মনিলৈমদু লৈবাক মীযাম চঙদুনা মৱা-মপুবোইবা পান্দ্রিবী তশেং-তশেংলিবী যুবতী-কন্যা ওম্থোকপিবে। সমাজদা পাড়া তম্বীনবগীদমক খুদক অদুমক্তদা মপুবোইবগী যৃমদুমক্তদা পাখং কোনশেংদুদা কন্যা কথোকপিবে।

## অওনবা

**সনাবৈগা মেমথোইগগী** যূন থংননা লৈ। মখোয অনী অদুক্কী মতীক নক্লে। অদুগা মখোয় অনীগী নক্লবগী চাংদুমুক মখোযগী মপা-মমাশিংদি লাপ্লে। সনাবৈগী মপানা নোংমগী মনুংদা অমুক্তং ওইববসু মচাশিংদা 'নরা-নাইখ্রো' হাযদুনা খোম্থী শীজিন্নদুনা চৈদবা যাওদে। অদুগা নাইতোম পোকচবী মেমথোইদি মপা-মমাগী কোবৌসু থাজসুনি। নোংমা সনাবৈ কদাযদনো মতোমতা চৎখি। মহাক্না নুমিদাংবাইবমফাওবা হল্লক্কবদা মেমথোই মচী-মচীদা চপ-চপ লেপ্লগুম্না তৌই। মমানা চিংনদুনা হংবসু মেমথোইনা অশেংবদু তাক্লে। মাগী কাদা চঙখিদুনা থোঙনাওদগী সনাবৈখোয়বোমদা যেংদুনা নুমিৎ তাবফাওবা লেপ্পুনা লৈখি। নুমিৎ তাত্রবদা মমা চঙলক্লুনা অমুকসু নমহং-হংলৈ, "নঙবু কৈদৌবগে হাযবনি মেমথোই?"

"সনাবৈদু হুজিকফাও' হল্লক্রুমাল্লে ।"

মহাক্না লোম্বুপ্পনা খুল্লক্লিবা পাউখুমদু তাবদা মমাদু মেমথোইদা চাগদবগুম যেংদুনা লৈখি। মথংগী নুমিত্তদি সনাবৈনা চেল্লিবা নুপাদু নুপী-অঙাং লৈবে হায়দুনা ৱা-ৱা

লাউনবক্লে। পাউদু খোল্লে অমা তৌনা মমানা মেমথোইদা তল্লে, "হো ইবেম্মা, নুপাদো মচানুপা চহী মবি শুববা'মা লৈবেযে।"

"এ! মদুবু পাখং নত্তবা।"

মমীৎ-মনা য়ুংখৎখ্রে মেমথোই।

মেমথোইগী মমাদু দষা অচৌবা অমনা মশা খঙদনা মথক্তা নন্দুনা লৈবন্নদগী নাম্লোকহৌব শুন্না তযাং-তশোইববা মপূ ক্লংদু ফা' ঙনবা হোৎনজবতদা নুমিত্তুমা লৈতাযম খঙদনা লেনখি।

নুমিত্তুগী নুমিদাংদুমক্তদা সনাবৈ থাইদোক্লদুনা মযুমদা পুবক্লে তাবদা মেমথোই সনাবৈবু উনীংবনা লাংতক্লখি। অদুবু মপা-মমানা মহাকপু সনাবৈগী মনাক্তা চঙহনখিদ্রে। থৌদোক অসিনা সনাবৈগা মেমথোইগগী লিববা, চেৎলবা মবী অদু খংথৎ-থদৎখিব শুন্না থোকখ্রে।

থৌদোক্ত থোকখ্রবা মতুং থা মঙামুক লৈবগা সনাবৈ অমুকসু চেনখ্রে হাযবা পাউ তাবদা মেমথোই অমুকসু হেন্না ঙকখ্রে। হন্দক্কী নুপাসি চহী খবা লৈশিল্লে, লমদি , চপচাবা লমগী মমিং পন্নদে, যাম্না লাপ্পীদমক মহাযনৈ। সিদগী হেনবা মখা তাবা পাউ মনা-মনিল নাইনখিদ্রবা তুংদা নোংমদি মেমথোইনা মমাদা হংই, "সনাবৈদুবু কমদৌনখ্রে হাযগে ইমা।"

"খঙদে-খঙদে, তূমিন লৈয়ু, নুপা মযুমদা তোঙখ্রেনি, ম'খোযনবু মচা লুহোংনি খঙব্রো, মচা অমত্তবু ।"

মদুদগীদি মমানা নমহৎপিখ্রবা ব্রাযমদুখক্তদা তূমিন লৈবা নত্তনা মেমথোইনা সনাবৈগী মমিং পন্ননবা খুদোংচাবা ফাওবা চান্নমক ফংখিদ্রে।

মবকসিদা, হৌখিবা যাবা মতমমখৈ হৌখ্রে। মেমথোইনা যুম পানবদসু চহী অহুম্মুক হাযবক্লে। তৌবতবু, অঙাং উনবা নুমিত্তা মপামলোমদা পুথবকখিবদগী মহাক নুপা মযুমদা অমুক চৎখিদ্রে। মপুবোইবগা লোযননা মপা-মমা কোনদুনা মপামদা লৈবক্লে।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা সনাবৈ মপামদা লাকই। অহানবদদি মেমথোইনা সনাবৈবু শক লাকশিনবা ঙম্লদ্রে। সনাবৈনা নোক্লক্লবা মতমদুদা মেমথোইগী মচীন্দগী খঙহৌদনা হাযদোক্লক্কই, "কবিনো নঙনা তৌবিদুদি সনাবৈ।"

ঙকপনা খম থেংলবা মেমথোইদু, সনাবৈবু খোঙদগী তোনফাওবা হন্না-হন্না

য়েংলকই। মেমথোইগী ৱাদু মশানসু যাজবদুনা সনাবৈনা নোক্নদুনা খুন্নকই, "নঙদি ফজবিনে    লৈশাবীদুম মাল্লিনে।"

তুংথা-মাঙথা চঙমিন্নবকই। সনাবৈনা পন্নক্লিবা অঙাংদুদা য়েংলদুনা মেমথোইনা হায়বকই, "অঙাংদি সিমতবা?"

"কদায়দৈনোদা    ঐগীদি মঙানি, নুপা মবি, নুপীসিনা অতোম্বী    হান্নগী ইচেদুনা থনম্বা অহুম অমগা, মদুসু নুপা ঙাক্তা।"

"হৈমা!"

মেমথোইৱা ঙাঙবা লেপখ্রে। পাউসিমদি মঙোন্দা অনৌবনি। মীৎকুপ খবা কবি-কবিনো খল্লুবগা তপ্না হায়বকই, "ঐদি নখোয়গী ইচে অমা লৈ হায়বসি ঙসিতা খঙলিবসিনি।"

"ইচেদি লৈখিদ্রে, অঙাং অতোম্বদু পোকপদা    , ঐ লাক্লিঙৈদগী লৈবমদ্রবনি।"

ময়ুমদা ঙাইহাক চঙমিন্নকুবগা চাকতি মখোয়গীদা চামিন্নগদবনি হায়দুনা সনাবৈবু মেমথোইনা নমদুনা পুবক্নে। চহী কয়াগী তুংসিদসু সনাবৈদি মেমথোইগী য়ুমদু ময়ুমগুম্বা কোইদ্রি। কা খুদিং চঙ-চঙদুনা য়েংলি। কাশিংদুগা মবী লৈনখিবা হৌত্রবা পুন্সিগী চেনা খবদং হঙ্গৎ-হঙ্গৎনা ফাকত্তুনা য়েংজনবা লাক্নবি। পূক্নিংগী থৌ চিঞ্জবিবী সনাবৈদা মেমথোইনা য়েৎশিল্লকই, "চাকতি নঙনা থোংবা-তাবা, ঐনা থোংঙদি চাবা যাবরোই।"

নুংগী ভাব থিক্লদনা সনাবৈনা হায়, "কতন-চুবদি তোক্লমদ্রিনেকো।"

সনাবৈ ইল্লম্বা ফিনা খাঙচেৎ শেৎকৎলকই। মনীং ময়া থুংনবা চৎলকই। মচানুপী অতোম্বী মমানা চৎলিমখৈ ইন্নে। মনীংদা ঙবাং নুমিদাংগী, ঙশায় অমুক চা থকপগী নল্লিবা কোন লূখাক ময়ামদু থেংনৈ। সনাবৈ মখাঙ মেত্তুনা লেপ্লদুনা হায়বকই, "ইমাইপেম্মা, কবিনো তৌবিবা কোনয়ামসিদি, মীনা অনীমতেকখক চাবগা, কবি নুমিত্তগী নম্যাকইনোনে, ওম্বোক্রসু যামখ্রেরানি।'

কোন মনাক্তা ফমথখি।

"খিত্তা হন্দোকউসে তোম্বী, ইমা কোনসি ফেঙদোক্কে, হৈনদে লূখাক নম্বসি, লক্ষ্মী চঙদবনি।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা সনাবৈনা কোন ফেঙ্গৎখিবদু মেমথোই খঙই, ইমুংদগী লাউবকই, "তৌব্নু সনাবৈ, হৌবেল পূন্না তৌবগে'না থম্বনে।"

"হো ইবেম্মা খঙঙে, অদুনদি কদায়দৈ চন্নবদগেদো।"

নোকপদি তায অদুবু মেমথোই থোক্লক্তে। কোন ফেঙনা-ফেঙনা সনাবৈনা অমুক লাউবকই, "নঙ' অঙাংদি মেমথোই?"

"মপানা পুখি, মবোক্লা যেংনীংই হায-হায়দনা।"

"কৈ-ব্রানেগে নঙসিদি, নঙদি চত্তনবু ইমাখোযদি?"

"ইমাগা ববাগা লমাংদোং চৎখি।"

অনীমক তৃমিন-তৃমিন লৈনখ্রে।

চাকশঙদা কোনদু থাংজিল্লম্লগা ফম্মুং-ফানুং লোইশিল্লিবী মেমথোইগী মনাক্তা চঙলক্কুনা লেপ্লবে সনাবৈ। কোযনা অসুম য়েংলুবদা ফিযানদা পৈবিবা ফিযামদু উকবে। চঙশিন্দুনা ফিশিংদু থূপ্ল-থূপ্লদুনা মচা খাযনা-খাযনা অমমমতা য়াম্থোক্লদুনা মহাক্লা হাযবক্লি, "নীপাগী ফিফাওবা শুমাইনা থল্লবনিনে, কবিনোনে নীপানবু ফীবোল অসুক যাম্না শেৎপসিবো, অমা-অনী শেৎলগা অদুমঙায কৃমসিদি, মপাগীসু ফৃবিৎ অমতা লোনগে কন্না খল্লিবনি, হাকুমসু নীল্লিভৈদা নীংথমথা লোইখিবনা হানখ্রে, যাম্না নুংঙাইত্রে, নোংফাদোক চখোক-খোত্তোকপদা জবশী অমতা লীৎনীংঙাই লৈত্রবনি।"

হান্নদগী হন্থবপ তৌবা খোঞ্জেলদা শোনবোই-হাযবোই তৌবল্লগা মহাক্লা তৃমিন্না লৈখিবগা কান্নদনা মেমথোইনা হাযবকই, "জবশী যাম্না লৈবনি অমা-নী পুখো।"

"চবোদা নঙসু ।" শূকথবম্না মমাযদু খঙহৌদনা মাঙখ্রগা মকা-লাম্না নোক্লদুনা সনাবৈনা থুল্লকখি।

অদুবু মেমথোইদি ইহা-হাদনা মখা তানা হাযথবক্লি, "পুখো কৈদৌগে মানা লীত্তুনা হন্দক মপোক্কী লোইববোযদবনি।"

মেমথোইগী মায়থোঙদা অমুক্তং যেংলুবগা সনাবৈদু লাল্লুববা মীগুম্না পূক্লিং ফাথজদুনা তপ্ল-তপ্লা শকফম হঞ্জিঞ্জখি।

ফি হোংদোক্তুনা চাকশঙদা চঙমিন্নবে। সনাবৈনা চাক থোংই। মেমথোই এঞ্জাং শেল্লি পীক্লিবী নুপীমচাদুদা যেংলদুনা ব্রাবী শাবা হৌবকই, "নচানুপীসিদি কবি-কবিদি তৌবা ওল্লে?"

"মাবো, যাম্না কান্নবপোৎনিদা, মী'দুমা কৌবকউ, পোৎতু পুবকউ, চাক লোইবে হাযকবো।"

সনাবৈনা থব্রায তানা খুমজবিবা পাউখুমদুগী মবক-থৎলদুনা মেমথোইনা

হাযবকই, “ও, বেম যেংঙোই মমাদা আদগী মোডাসি অমুক্তা লৌকচো।”

মাগী হেঞ্জিন্না চূশিল্লন্নবা হৈনবীদু উবগা সনাবৈদি ইতিং-তিংনদুম নোকথোক্লকই। মাসু নোকপদু যাওবকই। অঙাংদু ইঙক-ঙক্লা মখোযবু যেংদুনা লৈ। অমুক্কসু হন্না মেমথোইনা হায, “আদগী মোডাসে সিদা পুবকউ হাযবা।”

তপ্লি-তপ্লি চৎখিদুনা অঙাংদুনা মোডাদু চিংবোই-থাংবোই পুবকপদু যেংলদুনা খোঙ্গেল থোক্লা নোক্লি মেমথোইদ। কদোমদগীনো অঙাংদুনা লৈথোকখিবদা ঈশিংকোন অমদা থেংলুদুনা হৈদোক্লে। মেমথোইনা থুনা হাযবকই, “বেম, থোঙ মযাদা মপালদা, ফি ফভবা অমা লৈহৌবনি অমুক্তা পুবকউ, চেল্লু।”

কুচু থোকত্রবা সনাবৈগী মাযথোঙদু খবদং হেন্না মকশিনখ্রগা ফূক হৌগৎলকই, “ঐ লৌকগেসে।”

ফিদু লৌকবে। মদুদসু অদুমক নোক্লি মেমথোই।

চাক চাবা তোক্লবা মতুং, ঙাইহাক ফমিন্নববদা সনাবৈনা মাগী প্লাষ্টিক্কী খাউদুদগী চবীক-পবেং খবা পুথোক্লুনা মেমথোইগী মতম্বাক্তা অমা লংশিল্লক্লগা হাযবকই, “মোয-মপানা বিনাবোন্দগী লৈবকপনি, ঐনা নখোযদা পীনীংদুনা পুবকপনি, যামখ্রপোৎনি ইচলনুপীগী মচা লৈশাবীশিংদু থুংনবা লোইনা যেল্লুববনি।”

“কদাযদা? বিনাবোনদা ? মাদি কৈদৌবা চৎলুবিবা ?”

শংবান্নবা চবীক পবেংদু পাযখ্লুনো মপূক্লিংদা যাওবক্লিবা নোক্লীংবগী ইথিলদুগী মমি মমাযদা তাবক্তনবা ব্রানা হেংনবদুনা মবী-মবী শম্নবদুনা মেমথোইনা হংই।

“খুলগী মকপ হৌএ, 'বিনাবোন মকপ' হাযদনা মদুগী চৎপদা যাওকবনি। অবে'ম্বগী চৎলুবা হাযবদুনি, মদু'দগী নাবগা হল্লকপদনা হুজিক যাওবা হঙ্গৎপা ঙমদ্রি।”

চবীক পবেংদু মখূত্তুদা অমুক যেৎশিন অমুক হন্দোক শান্নবদুনা মমায ইহন-হঙ্গৎলক্তনা মেমথোইনা যাম্না চের্কাশিন্না সনাবৈদা হাযবকই, “চহীমুক লৈবগা নঙ'নচানুপীসি ঐ যোকচবগেদনা সনাবৈ? ঐগীদি ইচানুপা অমখক্তনি।”

“হোয-হোয যোকচবো, ঐ লাক্লবগা ঙমজ ”

“ফাগি নত্তে অঙাওবী,” সনাবৈনা নোক্লদুনা হাযবক্লিবা ব্রাদু লোইশিনহন্দনা মেমথোইনা অমুক্কসু হাযজিল্লকই।

সনাবৈ হৈনবক্তে। ঙাইহাক ইচীক-চীক্লা ফম্মিন্নবল্লগা মযুমদা চঙলুখিগে হাযদুনা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। মানা চৎখ্রবদা ফিযানদা যাল্লিবা মাগী ফনেক-ফিদুদা যেংলদুনা মেমথোই তৃমিন্না মথন্তা ফমহৌবি।

সনাবৈ হল্লক্তুনা হন্ননবা থৌবাং তৌবক্লে। মফি হোংবা লোইবগা মেমথোইগী মিংশেল অচৌবদগী মমাঙদা লেপদনা মাঙ-তুং লৈদুনা অমুক্তং যেংজনিঙৈ তাল্লক্রুদা চৌক্রি অমগী মনাক্তা লেপ্লদুনা মহাক্লা পুবক্তুনা চৌক্রিদুদা থল্লবিবা পোলিথিন থাউ অচৌবা অমদা মথূৎ থল্লদুনা মেমথোইনা হাযবকই, "সি পুখো জবশীনি।"

সনাবৈ মিংশেলদগী মায লৈথোক্লক্তে। মনাক্তা চিংশিন্দুনা মচাগী মকোক-মকু নাম্ভবী। মেমথোইনা উপু হাংনা হাংনা হংলকই, "ভাবাদি কযা লৌই?"

"তবামঙা," খুম্মীংদনা খুম্লকই।

"হঙ্গৎ-হন্দা কুম্থানিনে।"

যাঙ্গেচৎপী অমা পুথোক্লক্তুনা অঙাংদুগী মখূত্তা পাযশিনহল্লদুনা মহাক্লা হাযবকই, "সিনা নঙগী অচাপোৎ লৈনবা।"

"যাম্মনখ্রে কবিনো!"

"যামদে-যামদে, শূকলাপ্পা লাক্লগবু ।"

ইকাই-নুংশি যানখ্রে সনাবৈ। অমুক খুম্লকপা তৌদনা মচাগী খূৎ শম্লকই। চৎননবা শেম-শাবকই। অদুবু মেমথোইদি সনাবৈগী পূক্নিংগী ইঙ্গিত্তু উবা নংহৌদনা অমুকসু হাযবক্লি, "সে, সি কাউবমগনি।"

ফিযোমদু লানশিল্লকই।

"কবিনো মেমথোই নঙনা তৌবিসিবো!" সনাবৈ খোঞ্জেল নীক্লক্লে, পিনা থল্লবা মমীত্তু তৃকথদুনা খাঙলকই।

"কৈদৌগেসিবো, নঙনা লোনদৌসু অমহা'নিনা তৌবনি ," নুংনাংলক্লবা মেমথোইনা সনাবৈ যেংলদুনা হাযবকই।

সনাবৈ মমায লৈথোকখ্রে, পাউখুম অমুক পীবক্তে। মীৎকৃপমুক্কী তুংদা মখোঙ থাংবা হৌবকই, মতুং-ইন্দুনা মেমথোইদু খোঙকাপ অমা-অনী থাংদোক্লবগা হন্ন'মুক য়েংলমদনা চৎখ্রিবা সনাবৈবু যেংদুনা লাংতক্লনা লেপহৌবে।

## সুসিলা ব্রাল

**শজিবুগী পুর্ণিমা** নুমিৎ অসি থুমন পোকপা খুকুম্বা নুমিৎনি হাযদুনা শান্তি মাইবীনা তাক্লকপা মতুংইন্না লাই ঈকৌখৎহৌনবা থৌবাং অমা নোং-নীনিসিগী মনুংদা তনলাঙ-লাঙলে। চহী কযা থোঙ হাংলক্রুবা সেবা চৎলক্রুবা ইবুধৌগী শঙলেন মচাদু শেংদোক-খোত্তোক্লুনা বং-নুং তৌবে। থাকল অহনবা, ইচাইফু অনৌবা, খৃৎশৃ-খৃৎলাই পৃম্বা নৌনা লাঙলে। ইবুধৌ ইবেনধৌ অনীগী ফীজোল হোংলে। অঙৌবা মচুগী মথোল তবেৎকী ছত্র অনী যুংলে। শান্তি মাইবীনা লুচিংদুনা লাকপা, মাইবী মখোয মবি, পেনা খোংবা অমা, মখোয মঙা চঙদুনা হোৎনবিবনি। অদুবু পীক্কে পীকউ, চাউগে চাউ, লাইগী মবম হাযবসিদা অমতা চিংখবা যাবা নত্তবনিনা য়াচঙলকপনা হাঞ্জিল্লক্লুনা লাইবাউদি পংশাং-শাংনা চেনবিবমদ্রে। মদুদি ওইবগা, খজিক্তং ফাওবিবম্বা লাইবাউদু চুম্বদি অঙকপা ফংনা চুমখ্রে। অবানবা অমত্তা হেক যাওদে। চুম্মনদুনা লৈবাংদি লাইবাউ তাবদা কপ্পু কপখ্রে। লাইমাঙ ফম্বা লোইশিল্লকপগা, খযোম লাকউ, উশিল শিল্লু হাযখিবা মযামদু মযাম চঙদুনা হংবদা শান্তিদু মকোকতুম ঙাওবে। মদুদি মাদি কদাযদগী খঙলুনি, লাই

তোংলিঔদা ফাওখিবা ব্রাবু , মদুগুম্বশিংদুদি মাগী খোঙবুশিংদুনা মযামদা খঙননবা তাকলি। লাই খুকমগদবা নুমিৎশিং মথং মনাউ নাইনা শীন্দোক্লদুনা চঙগদবা পোৎলম-চৈবম পুম্নমক শুনবা মযেক-শেংনা, মচা খাযনা তাকপিবদুনা মী মখল শুনবা থেংনবক্লবা শান্তিনা অমগী মবুকসু নাদনবা, অমগী পেন্দবসু লৈতনবা চপ মান্ননা হোৎনবি। সুসিলাগী মনম্মা লৈবাংবুসু মহাক্না মীতোপ ওইনা খনদে। মীবৎ-নারৎ যেংদুনা লোন্নদুম হাযবিবকই 'লাইসি খাইদোক্লবা শীনবিবমগে, তোঙানবা লাইশঙ অমা শাদুনা তোঙাননা লাৎলূ, মখোযগা নখোযগা পুন্দুনা অসুম লৈববদি তুংদা নখোযদা যাম্না শোক্লক্কনি।' মচানুপীগী ব্রাখলদি লাইফাওবনা খঙলোই। অদুবু, থাকলগা ছত্রগদুদি মচানুপীনা কৎচবনি। মাইবীশিং যৌবক্লবা ফাওবদা মন্দোমচা, মনেনা লাইবুঙ তৈবা থোক্লবক্তবদা মানা থোক্লক্তুনা ঈশৈ শক-শক্তুনা ব্রাই তৈখিবনি খন্দুনা লৈবাংনা শান্তিনা মখোযগীদমক হৌদোকপিবক্লিবা ব্রাদু খুদক্তুমক্তা মচানুপীদা তান্নজকই। মচানুপীনা ইমুংদা মাইবা মাইবীগী ব্রা পুশিন্নক্কনু হাযদুনা ব্রাদু থবৎ ককখ্রে। ইমুংদুদদি, মপাসু-মমাসু মানা পুংশুপনি। মদুমক্তা মখুবানা যু ঙাওবগা 'গুরু' হাযবা মিংসি ওন্থোক্লা পকচনা থোনবীবিবনি। মাইবীদদুম ওনশিনদুনা হাযরুবে, "ইবুধৌগা ঐগা পাউ ফাওনবি, ইবুধৌনা ঐখোযগীদি মন্দিব শাদ্রবসু যানি, কল্লক-মীহৌদা চাউগনু, মীগী মাঙনবতা খনগনু, নথম্মোয শেংনা নপুক্লিংদা অদুম খুকুম্মকউ, নখোযনা নিজ-নিজবদু খুদক-খুদক্তা অদুমক পীথোকপিগে হায।"

মাগী ব্রাবক্তবা মচা মানবা মতৌদুগীদমক মমানা লোন্না চৈ, অদুবু চৈ হাযবদু মঙায মাইবীশিংদুগী মনাক্তা চঙশিন-চঙশিন্দুনা মানা ঙাঙনীংলিবশিংদু ঙাঙবা লেপ্লে, মহাক্না হায, "ইমা মাইবীবু মাইবী চঙবা চহী কযা শুবিববগে, "ইমাখোযগী পার্টিসিবু মী মঙাসিদবা অতৈসু লৈবিব্রা?"

তশেংনমক শান্তি মাইবীদু শাউবনা মৈ হৌবদুনা তিনখেৎ-লাইখেৎলী, চৈবী-চৈথেং শোযদনা ফংগনি হাযর্বসি হরুচিন্না হাযবে। মমাদুদি মাইবীগী ব্রাদুদা তশেংনা পাখৎচবে। লাই ফত্তবনা মচানুপীগী বুদ্ধি শুমহৎখিদুনা হাযহৈদবা হাযবব্রা ঙাঙহৈদবা ঙাঙলব্রা হাযনফাওবা চিংনবক্লে।

মাইবীশিং চীন চপ মান্নবিবা, লাইমাঙ ফম্বদসু ফাওখিবা ব্রা অমদি শান্তিনসু ঙশায হেক থুংলবগা হাযখ্রবনি।

'ইংখোল অসে লাই অমাংবা যেৎলে, মীগী পোৎশেম লৈবে, মসি লৌথোক্তিমখৈদি ইংখোলসিদা লৈবিবা মী পূম্নমক অনম-অহা চুবনি, বুদ্ধি-লৌশিং থোক্কবোয, থবক-খূদিংমক্তা খূৎলৌ-পল্লৌনবনি, অমগা-অমগা নুংশিনববোয, অঙাঙ-অঙাঙবা চাউনবনি' অসিনচিংবনি। ইমুং অনীমক্তা মযেক শেংদ্রিবা ব্রাফমদি, ঙশায লাইমাঙ ফম্বদা ফাওখিবা 'লমদগী শমু মীকোক অনী, যেৎকী লমদাঙ ওইবা অমা ওযগী লমদাঙ ওইবা অমা ইংখোল চাইগোন্নুংদগী ওযগী লমদাঙ ওইবী, মবেপকা মঙালগা মবেপ্পা হেনতক তৌবী অমগা শমু মীকোক অহুম লৌতৃনদুনা ইংখোল অসিদা অমাংবা পোৎ চাইশিল্লে হাযবসিনি। ইমুং অনীমক্তা পোৎশেম তৌবিবা মীশক অদুগী মশাদা মহাক্তা তৌবিবা থবক অদুমক তেকশিন-হঞ্জিনহনবা পাম্লে। মতাং অসিদা শান্তি মাইবীনা কন্না হাযবিবনা—হাযবিবা লাই অমাংবসি, কবিগুম্বা মঙোন্দা খাইবিবম্মু হাযবা তাবগদি ইংখোলনুংসিদা লৈবিবা মীপূম খূদিংমক পূকচেল খোযজেল মান্নগদবনি, কনাগুম্বনা মপূক্লিংদা নীংজিং মাঙজিংনবা যাওবগদি মহাক লাই অমাংবা খাইদোকপা ঙম্লোয মঙোন্দা ব্রাগনি, হাযবা ব্রাফমসিনি। মাইবীগী ব্রাদু তাকুবদগী মযামদু থকুম্নবদুম হেনগৎনৰকই—মমায-মমীৎ শূক্লবম্বদগী চীম্বাল লান্না ঙাঙনবকপা যাওনবকই। মযামদুগী খাইবুং-খাইবুংনবা, তেঙ্গোল নাইনবা মতৌদুদা শান্তিনা লাই খাইবা ঙম্লবোয, নখোয খ্রাবকখো, কোন্না তৌবসি হাযদুনা খাইবীবমদ্রে।

নুমিত্তুগী মতুংদগীদি সুসিলা মচিল-মৌপ্পা শান্তিগী যুমদা নোংঙাল্লুবা মশীং যাম্লে। কবিনমো হাযববু, শান্তি মাইবী হৌজিক-হৌজিক মমিং কন্না লৈখৎলক্লিবা, মীনা কন্না তান্নখৎলক্লিবা মাইবীনি, অহিং হৌদুনা চৎহৌদ্রবদি মা উনবগী ব্রা লৈতে। মনিল নাইকবা যাবদি নত্তে—মাগী মপালদগী ভোৎফাওবা কানখ্রবনি। ভোৎ মফমদগী ওম্থোক্তা ব্রানা লীখুল থিদুনা সুসিলানা মহাকপু চিংলুদুনা মফম অসি যৌহনলক্লিবা অসিমকসু অবাযবা থবক নত্তে। ইংখোলনুংসিগীদমক মহাক্তা তৌবীবল্লিবা থবক অসি মমল যামখ্রবা থবকনি। ইংখোলসিদা মহাক্তা খোঙ্গুল তাবিবম্বা নুমিত্তুদগী ইমুংসিদা তাবম্না দশা, অব্রা-অনা কযা মথং মথং কোক্লক্তুনা ইমুং-শান্তি লৈবক্লে, শেল তৃংবা ঙম্লক্লে। সুসিলানা পামজবম্বমকসু মসিখক্তনি। মহাক্তা মযূম পান্দুনা যূম্নাক-শাগৈ অমা ওনখিদুনসু মমা অমতগী গর্ভদগী তামিন্নবকপা মৌপ্পাগী ইমুংনা কাংজাই-খুজাইনা লৈবদু মচে অমা ওইনা মহাক্তা তৃমিন্না যেংদুনা লৈথোকপা ঙমখিদবনি। হৌজিক্তি, মহাক্তা মতম কুইনা নীংজবক্লুবা থবক অদুসু

পাঙথোকচবা ঙমজববনিনা মপূক্লিংদা লৈবম্না চিংনবা পূম্না কোরুদুনা মহাক্কী পূক্লিং মাযথোঙ অনীমক মকা লামজবে।

শজিবু থা শিথখিদুনা কালেন পানখৎলকপদদি যূম অনীগী মবক, ইংখোলগী ময়াযমক্তদা মৌপ্পাগী মচাক-মবল হেনগৎলকপগী খুদম অদু মচু-মমেনগা লোয়ননা ইশাং-শাংনা ফাওগৎলক্লে। চেকপলনা অহানবা মযোল চোংখৎলকপা মতম অসিদা চেকপলগী মকমদা উংখৎনবিবা ময়ামদু তেমথগে খন্দুনা সুসিলা মপামদা লাকই। হৌনবী চৎনবী মতুংইন্না সুসিলা মচাশিং পুশিন্দুনা মবুংগীদা হান্না চঙভী। মনম্মনা হ্বাউ-হ্বাউ কৌশিনদুনা, মচল-মনিং, অঙাংশিং পূন্না ফম্মিন্নৈ। ব্রাবী-ব্রাতাই ঙাইহাক তৌদুনা টি ভি নুংভী যেংমিন্নবম্লগা সুসিলাগী মমৌদু ইমুংদা চঙখি। ঙাইহাক্কী তুংদা চা পীক থন্না হৈববা মগ অচৌবা অব্রাংবা অমা পুদুনা থোক্লকুগা হান্নগী ফম্ফমদা অমুক ফন্নে। ময়ামদু মঙোন্দা লোনলপ-লোনলপ যেংনৈ। মহাক্লা চাদু পায়দুনা টি ভি বোমদা মপূক্লিং চিংশিন্দুনা ফমখিবদু যেংলগা মমানা হায, "কবিগীনো চাদু নতোমতগী হৈবক্লিবদুনা, ননেখোয, অঙাংশিং ।"

মিনট মখাযমুক লৈবগা মহাক্লা ঈংনা খুম্লকই, "পোৎশেম-জাদুনা হাববা চানি, মসি থক্লুবগা লাই খুকম্নদা চঙগদবা শেল মযামদু পাম্মূদুনা ইতোমতগী তৌবক্লবনি।"

মনেগী মমাঙদা চঙশি-শিববগুম্লবা মমানা খোযদৌ শীক্লবা মহাক্কী ব্রাহৈশিংদুগী পাউখুম কবিনা পীগদগে খঙদদুনা হাযবকই, 'চীম্বীবী নঙবু নচীল-নবৈদু খবা ফাওনেহে, লৈ গাবীনিনে নঙবু।"

মচানুপীনা যাম্না ঈংনা নোকমি-নোকমি তৌবদুনা মোং হাযদনা খুম্লকই, "ঐবু কনানা লৈশাবী নত্তে হাযববগে, ঐনা ঙক্লিবদি নঙনা ঐবু পোক্লম্লিবসিনি ইমা, নঙসু খল্লমগনিদা, ঐসিবু কবিনুংগী নঙগী নমা ওইজকুগবনো হাযদুনা।"

মমাদু হাযনি-হাযবোই খঙলক্লে, "হৈ অফাওবী, তৌঙম্বী, নশক্তু যেংনীংদে নঙ কদাযদনোমা চৎখ্রো চৎলো।"

মমানা চৈনা-চৈনা দ্রেশিং টেবল মথক্তা লৈবম্না শমজেৎশিংদু লাম-লামদুনা লৌবগা মচানুপীবোমদা মথং-মথং লংশিল্লকই। মচানুপীদু নোক-নোক্তুনা চাদু পাযদুনা হৌগৎখ্রে।

চযোলমুক্কী তুংদদি, মন্দিব, মসজিদ, গির্জাদগীসু হেন্না মগুণ লৈববা, পুন্য চেল্লবা

চেকপল অদু অতিয়া পক্কা লেপখৎলক্লে। নীংথিজববা, যেংবগী অপেনবা নাইদ্রবা, অহনবা চেকপল অসিবু মনুং থীৎনা যেংলদুনা সুসিলাগী মমৌনা ৱাখল তৌবা হৌবক্লে 'হন্দক মৈগী চীংগুম্না মচীল তুম্না, শাফূ কন্না ঈনখৎলক্লিবা চেকপল অসি ইচম-চম্বা সাধাবন চেকপল নত্তে। মবম অসিনা, নৌনা পোক্লক্লিবা চেকপল অসিগী মমিং অমদি ঐখোযনা তঙাইফদনা থোনফম থোকই'—নোংমদি মযাম চখোক্লখিবৈঙৈ অযুক্কী পূং তবামাথোইমুক তাবা অদুৱাইদা লাইযেকপা কাংবূ অমা কৌকদুনা ৱাং-চাউববা চেকপল অদুগী মমায অনীমক্তা চেকপলগী মমিংদু থাজিলহল্লে। লাইযেকপশিংনা মিং অদু থাবা লোইববদা সুসিলাগী মমৌনা 'সুসিলা ৱাল' হাযবা ৱাহৈশিং অদুবু খোম্থোক চুম্না পাবদুনা লাই যেকপশিং অদুদা মিংথোল অদুগী মতাংদা শন্দোক্লা তাক্লদুনা হাযবকই, "চেকপল অসিগী মমিংদবু অমতা যাওজবী ইনেগী মিং লৌদুনা 'সুসিলা ৱাল' কৌজবনি, তশেংবদি চেকপল অসিমক্তি ঐগী ইপা পোকপিবম্বা ইধৌ অদুগী নুপা ওইবগী মতীক মঙালগী মহযনা পোকখিবা চেকপলনি হাযবতায। ঐখোযগী ইধৌগী মমিং মনিগোপালসু কৌই, অমুতোম্বীসু কৌই। ঐখোযগী বাবা পোকপী অবোক্কা, কক্কা পোকপী অবোক্কসি অমনা মনিগী নুপীনি, অমনা গোপালগী নুপীনি। কূপ্পা থিজিল্লবগদি—অমুগী অমা অদুগা, তোম্বীগী অমা, অনীদি ইচাউ-চাউনা ৱাৎলম্লর্বনি ঐখোযগী অবোকসি । কবিগুম্বা মখোয অনীদুসু লৈবম্বা থোক্লর্বদি ঙসিগী চেকপল অসি অনী শুবমগদবনি। অমবূ ওইববসু, অমবূ ওইববসু হৌজিক্তি চেকপলগী নাকল অনীমক্তা থাজিল্লিবা মিং অসিনা মবম ওইদুনা ইন্দিযা পাকিস্থান অনীগী ঙমখৈ নাখৈ শেংনববনি। অদুগা, ৱাফম অসিগা মবী লৈননা শেংদোকচহৌগদবা ৱাফম অমদি অসিনি, মদুদি—হন্দক থোক্লিবা ঐখোযগী ইমুংগী লনাই ৱাথোক অসি কনাগুম্বা সংস্থা অমতগসু মবী লৈনজদে অদুগা ঐখোযগী মীতৈগী 'নুপাদি তবাগী মপুনি' হাযবা হাযনৱা অদুগসু ৱাফম অসিগা কবিগুম্বা মখলগী মবী অমত্তা লৈনজদে হাযবসিমা ঐহাক্লা মযামগী মমাঙদা থম্মোয শেংনা লাউথোকচবি, তাবীবিবা পূম্নমক্লা সাক্ষীনি। মসি হাযবগা অসুম লোইশিঞ্জবে।"

মহাক্কী ৱাবোল অদু লোইশিল্লকপদা ভাবোকশিংনা খূবাক খূদুনা চেকপলগী নামকবণ-সংস্কাব অদু মপূং ফানা পাঙথোক্লুনা মতাং অদুদা লোইশিল্লে।

## ককথৎখ্রবা ব্রাবী

**নীনি হুম্নি** ওমচাক্লকনবগা ঙসি অহিংসিদা অখাক-অবাউগা লোযননা পৃং অনীমুকসি অকনবা নোং চুখ্রবনি। নোং-নুংশিৎ তৌবকপদা ইর্লো ক্লকস্ন মৃৎখ্রে। মৈ মৃৎখ্রবদৈদি ফম্মুং কাখত্তুনা ফমযাযদা ফমদুনা পেন্না চুবিবা নোংগী মখোলদু পামজবা ঈশৈগুম্না তাবম্লনি। নোং পাথবকপদগী ফম্মুংদগী কৃমথবক্কুনা কেডল চৃখত্তুনা থোঙনাও হাংদোক্লে। থোঙনাওগী যোৎকা মাযগা থেংননা ফক্লাংদা তপ-নর্পাশিন্না লেপ্লদুনা, মীৎ উইশিন্দুনা নোংলীক থাংবা নুংশিত্তু মাযদা যৈহল্লবি , অচীকপাসিদা, তাইবঙশেন্না মপুনা মদোম মশাগী হৈ শিংবা উত্তুনা কৌজেঙ-হাবৌ, হঙোইনচিংববু তাল নাইনা নাইনা খোংহন্দুনা অহিংসিবু মপৃংফাবা নোংজুগী অহিং অমা ওইহন্নবা তেংবাংহল্লম্লিবদু হৌজিক্তদা কোকতা চঙলকই। ঙাইহাক অসুম লেপ্লুবগা মীৎ পাঙথোক্লকপদদি থোঙনাও মযাসিদদি নোংকৃপ খবা-খবদং নুংশিংনা হুমদুনা পুবিদি হাযববু, লাপ্তক্লা অতিযাথক্তদি থব্রান অনী-মবি তগুপ তবেং চোংথোক্লম্লে।

মীৎকৃপ খবা থব্রানমিচাকশিংদুবু যেংলম্লদগী হঞ্জিল্লক্তুনা টেবল মনাক্তা ঐহাক

ফমথবে। মপানথোংগী ওমচাক্লবম্বদুনা খবদং নেমথগ্রবসিদদি থম্মোয়নুং অসিসু খজিক্তং ঈংথহনবা ঙন্না য়েংনবগীদমক কলম পাযখৎলবনি। ব্রাহৈগী পবেং নত্তগসু ময়েক্কী পবেং খবদি থোক্লকফম থোকই। ময়েক খবদি খোৎলে অদুবু মসি ইশম-শম্লদে। মসিদা ভাব যাওদে, অর্থ য়াওদে। মসিনা তাকপদি মতমসিফাওবা ঐগী কোক্রা নুংগী ওমচাক্লবদু ব্রাহৈ ওন্নবা শুংদোকপা ঙন্নদ্রি হাযবনি। মথক থংবা চেনা'সিমা শেৎতত্তুনা লৈমাযদা লংথখ্রেদি হায়ববু ঐগী কোকতবা, মীত্তবা, কনানো'মা নৈশিন্দুনা লৈবসিনা ঐগী ইবগী থবকসিদা শাথীনা অপনবা ওইবে। ঐনা থৌবাঙলুবনা চযেৎ-চনৈনদবা ব্রাহৈ খবদং পবেং লেংথোক্তুনা চেনাথকসিদা মকা লাম্না শন্দোক্তুনা থম্লম্লগা লেমহৌবিবা অহিংগী শব্দকসিমদি চোকথববা হকচাং অসি খবদা ওইববসু পোথাহলহৌগে অসিনি। নুপীনা শূবা-নোম্বগী, নুপানা তুহৎপিবগী নত্রগা নোংমৈ-বমনা মী হাত্তোকপিবগী শীগংনববা ব্রাবেং-শৈবেং ইদুনা থম্মোযবু নৈহৎনবগীদমক ইশাবু দব্দী তৌদুনা মিশেল খাঙলুবদি নত্তেদনা ঐ। কবিগুম্বা ইবা তাবগসু তঙাইফদনা খবদং, মাগুম্বী নুপীদ-নুপীওইবী অমবু তবাই-তবাইনা ঐগী ব্রাবীগী অহানবা পাত্র ওইহনবা নত্তগা মঙোন্দা যুম্ফম ওইদুনা হেক্তমক ইবদুবু ঐনা কবম্না পামগদগে? ফোংনহেক হাযদোক্লবদা লৈবাং মানবী মাবু নাযিকাগী থাক্তা পুখত্তুনা, মহাকপু শৈথাদুনা, লৈসি-লৈথোন্দুনা ঐদি ইনীংদে। অদুগা অমুকসু মাগী পুন্সিনা অৱা-পোলোই ব্রাবী ওইখ্রিবসিদা ঐগী খূৎ যাওখ্রববা হাযবা চিংন-ব্রাহং অমনা পূক্লিংদগী যাঙনা চেম্থোক্লত্তুনা নাকোং-শিংজা যৈবমখৈ লাউশিল্লক্লিবসিতনসু ঐগী লৈজবম্না পাঙ্গল অপূম্বসু মৎপিত্রবনি।

ব্রাবীসিগী মপূংওইবা শক্তমদি মাযথীবনি। মাযথীবা অমদগী লোঙথোক্লকপা মাযথীবশিংনা পূনশিন্দুনা ব্রাবীসি ওইবিবনি। মী অচৌবগী পুন্সিগী অপীক-অপীকপা ঘটনা, অচৌ-অচৌবা থৌদোক্কী মনুং চল্লী অদুগা মী অপীকপদা থোকপা পুবা-থাংবা ঙমদবশিংদু থৌদোক মচা চিংই। মাগী পুন্সিদসু মদুগুম্বা খবা থোকখিবতনি।

ব্রাবীসি চাউবাক্লা অসুম্না হৌবা যায়—নোংমা থাজনা ঐঙোন্দা চেল্লত্তুনা তল্লববু, মযুমদা মহাক নত্তনা কনাসু লৈতবা তাঞ্জা অদুদা মপান্দা মী কৌখিবগুম তৌই হাযদুনা মহাক্লা মনীংথোঙলোমদগী প্রপ-প্রপ চঙশিল্লকপদা বিমল কৌবা মখোযগী মবুং মহেশকী মমান্নবদুনা মী থি-থিদুনা মনীং তান্না চঙশিল্লকপগা, মখোয অনী মনীংথোঙগী মমাযমক্তুদা দোং হেক থেঙ্গাযনখি। মহাক্লা কপ্পীংগুমসু তৌ, নোক্লীংগুমসু তৌ

মতৎ-মতৎ ওইনা হায়— মহাক ইকাইবনা শিগদৌই, মতমদুদা মহাক ইকজকবগী ফিদোন চিংখত্তুনা ফনেক অমত্তমক শেৎখি। অদুগা মবোল-মবি অমত্তা হায়বমদনা, মানসু হংহৌবা ঙমদনা মীৎকূপ অনীদং লেপ্তুনা যেংলম্লগা নুপাদু অদুম চৎখ্রে। দৃশ্যদু ঐনা শাগত্তুনা য়েংই, মাগী ঙৌবোক ঙৌবা, শাংতক তৌবা ঙকশমদুদা পুনখৎখ্রগা চিথহৌবা অচোৎপা শমশিংদু নপশিন-নপশিন্দুনা লৈবমগনি, মদু মহূ পুবা অমুবা লিল মাল্লমগনি ইকাইবনা ঙাঙশিল্লবী মাযথোঙদুগী মীৎযেংদু উপাই লৈজদ্রবী শজিগুম তথক-তথক্লমগনি। ফীভম ফজে, কুচু পাল্লী, ইকজবা কাবকপনি, মাগী বিমল হাযবদুনা কবিবু খাক্লমগদগে যেংবদা, অউ-অউবা নুপীদা হূৎ-হূৎতুনা যেংবা মমীত্তুনবু। মানা স্বব চনীং-চমাঙ শম্নদনা তল্লিবদু লোইনা তাবগা ঐনা হায, “সিনেমানিনে অদুদি।”

মতমদুদদি মহাক মখোলথোক্লা নোকথোকচবা ঙল্লক্লে। অশেংবমকসু মখোযগী ৱাবীদু থৌদোক মচাদুদগী সিনেমাদৌনা হেক্তা হৌখ্রবনি হাযনা ঐনা খল্লী, ৱাহৌদোক-নুংহৌদোক্কা অমত্তা যাওদনা।

মীওইবগী মীৎযেং-নাযেং হাযবসিদা পূক্লিংগী মমি যাওবদুনবু কবিগুম্বা মতাংদা ৱাহৈ যাওদনা মীৎযেংদনসু পূক্লিংগী ৱাবোল ফোঙদোক্লবিবনি। বিমলগী মীৎযেংদু অযাম্বা মতমদা যাম্না অবাম-থৌবাংবা মান্দুনতা লৈবা থেংনৈ। ফাগি তৌশিন্নদুনা ঐদি মদু থাজদা মতম চানা অদুমক হাযবীখিবনি ‘হাযবীগে নুপী, নুপাবু কিদবা তৌগনু, সিনোমা-ড্রামা, ৱাবী-লাইবিক্তা যাওবিবশিংদু লোইনমক্তি শাজিনবা নত্তে, কল্পনানি হাযজবগী ৱানি। যূমদা চঙবা নুপাগা মবী লৈনবা অফবা ওইবোয, নুপীদনি মাঙজগদবা, মদুদসু নত্তে, মাযনানবা নুপানা যুৎ চায হাযবসি ঙসিফাও তাজবক্তিকো ঐখোযদি লৌনম্বা খোইমু লৈকা খূদিং চীবোল তৌবকাযদু নীংশিংজহৌকো পেন্মা যেলহৌফবী’ মহাক ৱাম্বুবমখৈ নোকখ্রবনি। অদুবু মতমদুদা থাজনা পুন্সি অসি অকা-অকুম নাইবা, পুর্নিমাদগী থাশি অদুগা থাশিদগী পুর্নিমা লাকপা খোঙচৎ অমনি হাযবদুমদি খম্থখিদ্রমাল্লে।

মদুগী মতুংদগীদি থওইনা নীংলুদ্রবসু ঐনা মাগী মওং-মতৌদা কূপশেন-শেন্নবগুম্না মাগী অবোনবা অহোংবা খজিক্তফাও ইমাঙদগী লীথোক্তুনা চৎহনখিবমদে। তূমিন-তূমিন মখোযগী ৱাবীদু মখা চত্থবি হাযবা ঐগী হিসাবতগী নাম্থোকখিদে। মহাক্লা মপূংফানা ওল্লক্লবকানদুদা অমুক্তি ঐনা মঙোন্দা লক্লখি ‘খবদি তাকথোক্লম্মুদা, পংকুই-কুইদৌ মানদে মীদাদু’, ঐগী পাউখুম ওইনা মানা ইকাই-ইকাই

লীখিবা ৱাবীদুগী অহৌবা শরুক্তুদা মচং-ওইবা মচাক কযা থেংনদে। মদু সূপ্লগী ইচম-চম্বা নুংশি-ৱাবীনি, পাখং-লৈশাবীগী। ৱাবী মতাংদুদা ঐগী পৃক্লিং চিংশিল্লুদে। অদুগদি, ইকুই-কুইদনা খজিক্তং ফজবা তাংকক অমা যৌবক্লে—হেবো লাকখিদ্রে। মথংলেন লাকখিদ্রবা নুংশি-ৱাবীদি খুদক্তা লোইববনি। ৱাফমদুমদি, নাযিকা মশানা তমথোকচবক্তুনা ঈকোম-কোম্না হেক খঙলকখিবসু নত্ত্রে। ঐগী থিজিঞ্জবগী মহৃয ওইনা ফংজবকপনি। মতমদু মানা তূম্না-চাবা মতম নাইবক্তবা, কবিসু নত্তবা ৱা অমতং হাযকবগীসু ইকাইখঙদনা কপথোক্লকপা, মীনা ঙাঙবা তাবক্তবা, হংলুবা খূদিংগী পাউখুম পিতনা পীবকপা, মদুশিংদুনা অদুম তাকখ্রবনি। কাইনথঙদনি, ঐনা মচীন্দগী অশেংবদু'মা তানীংমল্লদুনা হংখিবদু, "লুহোংখ্রববা'১ নত্ত্রগা চুম্না ?"

মদুদসু পাউখুম পি, মবী-মবী, ঐনা থেমজিনখি, "কপ্পনু থাজ কপ্পনু, ঐ হান্না খঙলবনি নঙগী নতৌদুদা মদুগীবু কপ্পা হৌনব্রা' হোঙজখিসনু কৈদৌগে, নশা লৈশাবীনি।"

কবি-কবিনো ঐনা যাম্না তাকখি মঙোন্দা। অদুবু মঙোন্দা তাকপমখৈ তাক্লবগা মানা তূমিন্না লৈখ্রবদুদদি পৃক্লিং অসি খজিক-খজিক্তগী হাই-হুল্লকখি, বিমল' বিমল' বিমল' বিমলগী মমীত্তু অমুক উবকই।

থাজদগী বিমল। বিমলদগী—থাজগী অহল-লমন্না থম্বীবম্না অমতা ঙযাববা লন, হাযবদি যূস্ফম অমতগী অপীকপা ইংখোলদবু বন্ধপ থমদুনা শেল নম্লবগা খনবীবকখিদ্রবা মাগী থবক। শোমদনা শেন্দোয শেল্লেপনা লাকহক্তুনা ইংখোল চংখিবা। মাগী ৱাবীদু অসুম্না তেক-কাযবা হৌবকখিবনি। অদুগুমবা মাযথীবদুনা মাগী শক্কী, গুনগী, থশ্মোযগী মমল ঙম্লমক হামচংনহল্লকখিবদুদা ওইথোক্লনীংঙাই ওইবা কবি যাওবিবগে' হিংবতদা ৱাববা অদুগসু অমুক অহেনবসু তান্নবিবা যুগসিদবু থাক মান্নদবা পাখং-লৈশাবীগী নুংশি-নুংওলনবু কবি ওইবক্লনি হাযবগে' মসিদি হোঙখ্রবা ৱাবীনি। বিমলনা মশাগী যূম্বাল-লম্বীদা যীভম চাগদবা যেংদুনা মশা চেকশিঙ্খিবদুদা থাজমানবীনা নুংশিবা কাযনবিবনি খঞ্জদুনা মশা মযেং তাহঞ্জখিবদু ঐদি যানীংখিদবনি। তাইবঙপালগী মশীং লাকঙমদ্রবা মীযামসিবু অমগসু অমগসু ইযাদ-যানবগদি, নুপা-নুপী অসুক যাম্বসিগী মবক্তা কবিবু থোক্লমগদগে' অদুনবু মালেমসিদা ঈনথোক্লবা, নাম্নোক্লখিবা, যানদবশিংসিগীসু চন্নফম চ'উনা লৈবিবনি।

মতাংসিদগীনি ৱাবীসি মবাং-তুবাং মশক লৌফম খণ্ডদবা ৱাবী ওল্লক্লিবসি— সোমদা ঐনা থাজগীদমক লৈতাফম খণ্ড্রিঙৈ মতাংদুমক্তদনি ঐখোযগী ইচেনা ঐঙোন্দা, দয়ানন্দগী মচেনা দযানন্দবু লুহোংনবা নুপী যেংলি, দযানন্দনা ঐবু খনবা মাল্লী ঐগী অনীংবা কবি লৈবগে হংলকই হাযদুনা ৱা হৌদোক্লককখিবা মতমদু। অঙাওবা পৃক্লিংগী থৌইনশিল অমনা খংঈন-ঈনশিল্লক্তুনা ৱাদু তাবগা থৌজালহৈবী শাদুনা নংহৌববোযদৌগুম ঐনা ইচেদা কীৎ নমদুনা হাযখি, "অদুদি ইচে, থাজগী মতৌসি যেংবা ঙমদ্রে, ইন্দোমচানসু ঐ উবা যাদ্রবনি, থবক্কী হন্দোবকপা শেল খবদং মখৃত্তা লৈজবিঙৈসিদা মযৃম-মকৈ পাঞ্জহৌবদি ফনি, খঙন-চান্নবগা লৈত্রা, নঙবু খবা হাযযুনে হাযদুনতা লৈবা, ইচেনা অমুক্তা শীনবীযু     মখোয হান্নসু শকখঙনবনি।"

"থাজমানবী! মীনদি নঙবু হাযবগা?"

"হাযজসনু, ইচেদা অঙম্বা হোৎনবিবকউ।"

ৱাদু কনশিলহন্নবা লৌশিং অমা খুদক্তা লাক্লদ্না ইমাযসি খংকন কনখৎহল্লদুনা লোনদা অমতৌনা ঐনা ইচেদা অমুকসু হায, "ঐগীাদি মী লৈজবে, বাংখৈগী ডোক্টবদুদা নহান্না যাবে হাযদোকখ্রবনি।"

ঐগী ওংদাদুদা ইচেদু ঙকপোই নোক্লীংবোই তৌবদ্না বা ঙাঙলকখিদ্রে।

ইচেনা ৱাদু'মা কাঙথোক্লম্বা নুমিত্তুদগী ঐনা ইচেবু তান্নবা হৌবে, ইচেনা মখোযগী মচেদা। মীনদি থাজববোয, পাউথাঙ চৎপদুতনা পেনঙল্লকত্রবদুদা ইশামক চত্তুনা দযানন্দগী মখোঙদা তুকবিবনি। মদুমক্লা মঙোন্দা যোহিলং ওইখ্রবনি, দন্দী অমসু। অতৈ নত্তে মদু মানসু ঐবু নীংবি থাজকম্বদুনা মদুগীদমক ঐনা মমল থৌকবিবনি। অদুগা মতমদুদা ওইখিবা ঐ ইশাগী ফীভমদি কবিবু হাযবসিগে'     ঐগী নুংশি চাংযেংদু অতুম্বা থাঙদোলশিংগী মথক্তা হিপ্লগুম্না ঐহাক স্বব হোর্নাখবা নত্তে। ফীভমদুবু দযানন্দনা নত্তুনা থাজনা, কনা গুম্বা অমনা হেক্তা খঙলম্লগবু থবক্কুবু ওইবমগদ্রা? নোংমা দযানন্দগী মচেনা লোটবি ফাওবগুম্বা পাউদু পুদুনা লাকখি 'লুহোংবগী ৱাফমদু দযানন্দনা যাবক্লে।' দযানন্দগী অযাবদু, অৱাংবা থাক্কী ত্যাগ মখল অমা ওইনা থাজবা হাৎপা অমদি ওইজতানবা হাযবা থৌওং অনীসিবু মাযথীবা পীগে হাযনা তেমশিংলকপসু ওইবা যাবিবনি। তৌবদি ঐগী খৃজিল-থৌবাংদু মাযদি পাকখ্রে। অদুগা ৱা অমনা, ঐগী ইবাল হাযগদ্রা, পূম্নমক্কী মফমদা লোৎপগুম্না হৌবদগী হৌনা দযানন্দগী ৱাসি ঐনা থাজগী মফমদসু লোত্তুনা থম্লকখিবদু

ঐনা থাজবু লাপ্পা খল্লুবগীদি নৎখিদে। মদু ইশাগী পৃক লুবা হায়বদু ওইবিদ্রা থাজগী মফমদা হঙ্গোইবিব্রা নত্রগা ব্রাবীসি শাগৎপদা মতেং ওইনবা ঈশ্বরনা শীল্লপ্লিব্রা অমদি ওইবে।

মতমদু ঐ, হৌজিকসু কাউদ্রিবা অঙাং ওইবিগৈগী থৌদোকশিংদু অমত্তা চিথদনা নীংশিংখি। ঐখোয়গী ইমাগা দয়ানন্দখোযগী মমাগা লৈশাবিগৈদা মতা শান্নবকই হায়। মখোযগী মবীদু মযূম পান্নববা মতুংদসু অদুমক কায়দনা লৈবস্মী। ইমানা ঐবু মখোয়গীদা পুবীদুনা চৎলুবা খূদিংদা মখোযগী ইমানা চেষ্টোল্লুক্তুনা 'ইমৌ লাকএ, ইমৌ লাকএ, ঐগী ইমৌ লাকএ' হাযদুনা কোযলাঙ-লাঙজবদু হৌজিকসু মীত্তা উবি। খদাঙদা পাযদুনা, লূকথবিবা মায থাঙ্গৎপিদুনা হবাউজনা হাযখি, "কযাদা চঙখোনগ্রবা মাযনো। চাথোকচনীংলেদকো ঐদি।"

ঐগী কোকতা, মাযদা, পংনান্দা নানবী, খজাইদা হন্না-হন্না চুপ্পি, মথানুংদা চেৎনা কোনশিনবী । অমুকখক, যাউশঙ নুমিৎ অমগী অযুক্তা দয়ানন্দগী মমানা খূজি মযাম অমা পুদুনা তহা-তহা লাক্লগা মোমোন নোক্লদুনা হাযবখি, "ইমৌগী খূজি থিল্লক্লিবনি।"

মতম খূদিংমক্তা ঐবুদি মহাক্না ইশুমদা শুমহৎখিবনি। মচু-মচুগী খুজিশিংদু শিজিনবীবা লোইবগা মাগী খাউ মনুংদুদগী শেঙ্গাউ মচা অমমুক পুথোক্লক্লে। মনুংদুদা যাওবিবা শেল অচোইবদু মখোল থোকহন্দুনা ঐগী খূবাম অনীদা শেঙ্গাউ মচাদু হাপ্পিবদুনা মহাক্না হাযবকই, "মসিনা নাক্কথেংবা চৎপদা পুনবা।"

মতমদুদা ঐনা ফংজখিবা অপেনবদুমক ঙসিসু মযেং কবিমত্তা তাদনা থস্মোযসিদা অসুমক লৈহৌবি। ঐগী থস্মোন অদুগুম্বা তাঙলবা মীনুংশিদুবু মীবাযবা ঙব্বা থস্মোয অমা ওইবা ঙমখিদে। মাগী মমানা ঐগী থস্মোযগী কবম্বা মফমদনো মীনুংশিগী মব্ধ অমা 'লান্না লংশিনবীবম্বদুনা মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদুদা তপ্না-' । মতোল চোংলক্তুনা, মমৈথঙাদি মদুনা মশাগী মপূংফাবা মফম অমা কনশিঞ্জখ্রে। ঐ-া পু-কক চাউবক্লবকান্দুদদি 'ইমৈ হাযবা মিংথোলদুনা মশা মথক্তগী শক্তম অমা শাগৎচবক্তু- , 'ই- ামক্লা মিংথোনদুগী শক্লে ম লৌদুনা চপ-যুংনা ইমাঙদা থৎলবে। মতমদুদা মমাগী ব্রাদুনবা, ঐভোন্দা থোকখিবদুগুম্নবা, দযানন্দগী মাযথোঙ অমদি ব্রাঙাঙদা ইচম-চমদবা অদুগা ফোঙদোক্লবসু লোৎশিনবা ঙমদবা মওং-মতৌ অমা লোযনবক্লিবদুসু ঐনা লোন্না থেংনকবে। . মীৎকূপতুদগী হৌদুনা মা-ঐতগী ওইবা মযেক যাওদবা তাইবঙ অমা হন্না-হন্না শাগৎচবতদা নহা ওইবগী পুস্পি লমদাংদুমদি ঙাইনা-ঙাইনা অদুমক হৌহনগ্রবনি। তাইবঙদুগীদমক ইশাবু

খাকচিন-কনশিঞ্জদুনা চেকশিন্না থমজবকখিবনি। নুংশিবা হাযবসিদি জীবগী থম্মোয শাবদা ঈশ্বরনা খূদোল ওইনা হাপ্লীবকখিবা ইচম-চম্বা লীচৎ অমখক্লী। নুংশিবগী অহানবা কৃযোম অদুদগী হেন্না মনুং লানশিল্লুদ্রিবা মহাক অদুতনা তাইবঙপালসিদা নুংশিবতনা মবোইববোই নীংজবনি। নুংশিবগী, পামজবগী, লাৎচবগী কৃযোম কযা-কযানা মবোল-মবোল যোমশিন্দুনা লোৎলিবা পূম্নমক্তগী অথোইবা পৃক্লিং ইহুলদি নীংজবা হাযবসিনি। নীংজবগী মফমদি থম্মোযগী খ্বাইদগী লুবা খ্বাইদগী মনুং হঞ্জিনবা মফম অদুদনি। মফমদুদনি ঐনা মাবু থম্লকখিবদু।

অসুম্না বসন্ত লাম্হোকখিদুনা খোইমুশিংনা খূবক হাঙদনা ঙংলম্বা মতমদু লানখ্রে। মদুদি ওইবগা যূম্বানবগী মবীদদি যামখ্রে, কযা অমনা পুশিল্লকই, কযা'মনা পুথোকখি। যাকুবা ঙমহৌদবগী খৌতক্লখিবা মবী-মতা মক্প-মপাং কযানি। হৌজিক্তদি ঐগীদমক চেন-চোংজবম্বা ইচে, ঐগী ইফম অমা খঙদ্রগদি শিবা ঙম্লোযদৌবি হাযবম্বা ইমা, মখোয ঙম্লমক চোকথনখ্রে, ঐগী অযাবা ঙাইবতদা। হৌজিক্তি ইমাসু তশেং-তশেংনা হাযদোক্লক্লে 'ঐনা নঙবু থাজবা ঙম্বা নত্তে' অদুবু ঐনা ঙসি মসিমক হাযদোক্লগদ্রা ঐগী থম্মোযদা লৈবম্বা দযানন্দগী মফমদু শিলহনবদা মতৌক চাবে হাযনা ঐনা লৌজবা ঙম্বা মীওই অমত্তসু মালেম শীন-থুংবসিদা অমুকহন্না ঐনা ফংজবা ঙমখিদ্রা'' মদুমক্লনি ঐনা পুন্সিসিমদি নাইতোম হিংজবগে হাযবা বাবেপ লৌথোক্লদুনা নে-তাবা পুন্সি মবেল অমদা ঈংনা লেম্হোকচবকখিবা।

লুহোংবা মতম খর্বদি, নুংঙাইনবু পাল্লিব্রা (') ব্রাবু ব্রাবিব্রা (') মখোযগী মরা-মপাউ খবা লৎলুবে। ঐনা অপেনবগী স্বব অমতং হোন্দোকচবা ফংখিবদু থা অহুম্মুক্তনি। নুমিৎ অমা থাজমানবী লাক্লগা ঐগী ফম্মুংদা হিপ্তুনা অসুমক কপুনা লৈখ্রে। পূমঙক-ঙকখ্রদুনা ঐনা ফনা হংই, তাক্লকপা কৌবা লৈখিদ্রে। চৎলমদাইদা অসিমত্তং হাযবম্মী 'পাপী ওইনা পোক্লক্লর্বাননা পাপী ওইনদুম শিবা তাবনি' থাজগী মচীন্দগী অসিগুম্বা ব্রা! ওম্হোকপনি! পুন্সি হাযবসিদা খল্লুদবা ঙা ক্তনা লাই শাবক্লিবসি কবিগীনো'' অদুগা লাই হাযবসিনা মীনা নীংবগী ওন্ন-তৈনবদতা তমগদবগী ঙাইদনা লৈবিবনা কবিগী ' । মতুং থামুক কোনবদা মহাক অমুক লাক্লে। মদুদি ঐনা ইহং-হংলুদনা মানা পাউতম্বা

হৌবক্লে , "বিমলদু ।"

অসুক মতমচাদনা মিং অদু তাবদা ঐদি ব্রা ঙাঙফম ফাওবা খঙখিদ্রদুনা মীৎ লাওথোক্লুনা মঙোন্দা যেংদুনা লৈবে।

"নুপীসু খাইনখ্রেযে।"

"কবি' খাইনদনি মচত্তুনবু।"

মাসু তৃমিন ঐসু তৃমিন লৈনববদুদা ঐনা অমুক হাযবা হৌই, "মাগী নুপী খাইনখ্রগা কৈদৌববা?"

"যূমদা লাক্লিবনি।'

"কমদৌনা?"

"খঙদে মানা পুবক্লিব্রা, অমদুনা লাক্লিব্রা, হান্না খঙনমাল্লে।"

"ইা অদুক খেন্নবা মী অনীদু কমদৌনা তিন্নবল্লিবা?"

মহাক্লা শ্বব ফৃইনদমক হোল্লম্লগা মীৎকৃপ খবদং ব্রা ঙাঙদনা লৈরুবগা নাশোন্নমা হাযবক্লম্মী, "নুপা হাযবজাৎসি তোনখ্রবজাৎনি।"

ঐহাক মাগী মাযথোঙদা অদুমক যেংদুনা লৈ।

"তৃক্কৎচখ্রবা পৃকচেল হাযবদুনি।"

চুম্মী, মখোঙনা নেৎথৎপিদুনা মতিল শীৎচিনবীবল্লবা পোৎশক অদুবু অতোপ্পনা খূনগৎখিবা উবগা নৌহৌননা অমুক মিকাবক্লুনা মীখৃত্তগী যৈথনবা হোৎনবক্লিবসিবু তৃক্কৎচদনা কবিবুদি তৃক্কৎচরুগদগে, মীনা লৈখা তাবক্লবদি লৌখৎপা যাদে হাযবদুমক্লি। ঐখোয অনী মঙ-মঙমিন্নদুনা ফনকুইনা ফম্মিন্নরুবগা ঐনা হংই, "দযানন্দগী মওংদি কমদৌবি?"

মহাক ইলেক্ট্রিক্লা চিংবগুম্না মশাদু খংনীক অমুক্তং নীক্লকখি, মচীম্বালদু তাইযেৎ-তাইবগুম তৌবল্লে, অদুগা মক লৃকথদুনা অদুমক ফমখ্রে।

"মাদি যাম্না ফবদাইনে? লেমথোকপা হৈবা, পৃকচেল চাউবা মীনি ।"

হন্দক্তি ইথা-থাজদনা মহাক কপ্লক্লে, "যাদ্র-যাদ্রগা, কৈদৌনি হাযগে ।"

খৌবী চবম ঈফুন-ফুন্না হাযবক্লিবা ব্রাদু লোইশিনবা ঙমদনা তোকখ্রে। মখুবা-মন্দোল, মখুবানা পোকপা মবুং, মখোযসিনা মাগী মপাম মাযকৈ হাযবদু ওইবিবনি। মাগী ব্রাখলসিবু চুন্নিব্রা হাযবসিদা ঐনা মঙোন্দা হাযগদৌবিবসি কবিনো

খঙদনা ঐহাক উংজাননা লৈবে। যাম্না কপ্পববা তুংদা মখোল ওল্লদুনা মহাক্না হাযবক্লন্মী,
"হিংবা ঙমদ্রে হাযদুনা শিবা ঙল্লোয হাযবদি লৈতেদনা ।"

মহাক্না শিবগী ৱা অমুক্তা নত্তনা অনীবক পল্লম্মী হাযবসি মাগী ৱাবীসিনা মপৃংওইনা শাজিল্লক্লবা মতমসিদতা নীংশিংলক্লিবসিনি।

মহাক্না হনখ্রবদা ঐহাক সুম্মক খন্দুনা লৈহৌবে। পুন্সিনা লোমদ্রিঙৈগী মবকসিদা মীওইবনা তৌদবা যাদে মতা গুম অমুক নোকমিন্না, অমুক কপমিয়ে, অমুক হিংমিন্নে অমুক হাত্তোক্লে। ঐগীদি ইপা-ইমা, ইবুং-ইচে, ঙার্কাপ-শেনবীনবা লমজীং-লমতাকপিনবা ৱাত্তে, মদুমক্না ঐগী পুন্সিনা অশোক-অপন নংদ্রিবনি। মসিমক্লনি ঙসি ফাওবদা ঐনা অফবা, অশেংবা, অচুম্না ওইজবা ঙম্লক্লিবা। নত্রবদবু ঐগীসু খাজিনবীনবা যোৎকী শম্বল, কাখৎচনবা সনাগী কৈবাক অমতসু লৈবম্মনু, ঐবু কবি ওইবমগদগে? নোংলৈ-নুংশিৎনা হুমদুনা পুখ্রগা কদাযদনো থাদনীংবা মফম অমদা তেক্তমক থাদবীবল্লগদবনি। হীবম অমদবু ওইববসু অমদবু ওইববসু শোথনীংবা, শোযনাইনীংবা মীবু লৈব্রা ? পৎলবসু-পৎত্রবসু মীখা থাববু কনানা পাম্বগে ? ফীভমনা যাদবদগী ফীভর্মশিংদুদা হৈনশিন্দুনা খাঙনবমক্তনি। অদুবু মসিগুম্বসি অবেম্না ৱাগুম কনানসু খম্বদুনা যেংনকদে।

মবাল লৈবা মীবু ঈশ্বরনা দন্দী পী অদুগা মবাল লৈতবা মীবুনা মীনা। মসি ঐনা ফজনবা নত্রগা চমম্নবা পংহায-হার্যাজিনবা নত্তে। প্রমাণ-থাজমানবীনা থৌবী যানখিবা। সিদগীহেন্না মতীক চাবা প্রমানবু কানিনো ? পাউসি ঐনা অযক্কী চা থক্ল-থক্লা খবব পাকবদা থেংনবকপনি—'লুহোংবা চহী ফাদ্রিবী মৌনহা অমা থৌবী যান্দুনা শিবম্লে' পাউসিবু তাবতদা মিপাইবা পোক্লনে। কবম্না থম্মোয কাযখোইদৌনিবা। অদুগীসু মথক্তা মহাক অদু ঐগীদি অমতা ওইনা তিন্নজবম্নী। পাউসিগী মনুংদ' অঙকপা অবোনব'মা লোযনবি হাযবা পুম্নমক্না উবি।

মহাক শিবগী শীং শৎপা হৌখিবদু কনানো ? ঐ ? বিমল ? দযানন্দ ? কমদৌনা দযানন্দনা বিমল ওনখিবা ? অদুগা থাজনা মালেমগী সতী পৃম্বগী মহৃৎ শিন্দুনা মশাবু মৈদা দান তৌথোক্লবিবনা কনাগীদমক'? ইথম্মোযমক বলি তৌদুনা ঐনা কথোক্লবগী মহযবু অসিবা'

নুমিত্তমা হৌখ্রে। মথংগী নুমিত্তা পাখংমচা অমনা পীবম্মী হাযদুনা ইমানা ঐগী কাদা লাক্তনা চিঠি অমা মোন মযাদা থমজিনবীবম্মী। যাওন-যাওনদুনা হিপ্পমখৈ হিপ্পবা তুংদা চিঠিদু হাংদোক্তনা যেংলুই। অসুম্নদমক ইবম্মী—

'য়াবগদি অমুক্তা চখোকপিবকউ।

দয়ানন্দ।'

ৱাহৈ মবিদু, মবি-মঙাবক পাবগা থূপচিন্দুনা চিঠিখাউ মনুংদুদা হাপচিনখ্রে। মথক্তা ঐগী মিং মযেক শেংনা ইবি।

নুমিৎ হুম্নিসি কবম্না লেনখি খঙহৌদনা হৌখ্রে। তপ্না-তপ্না থৌদোক অদু, পাউ অদু, পুন্সি অদু, ফজবা ৱাবী অমা ওল্লক্লিবসি নুমিৎ নীনিগা তংখায় হেন্না হৌখ্রবা অদুগা অকনবা নোংনা মীৎ-নাকোঙ পূম্না পঙশিনহনখ্রবা মতুংসিদনি। ৱাবী হৌবকপদা ঐনা থাজদা দয়ানন্দগা ঐগগী মবক্কী অশেংবা ৱা লোৎশিন্দুনা থমখিবদুগুম্না মহাক্লসু কবিগুম্বা খবদি ঐঙোন্দা লোৎলম্লব্রা হায়বা চিংনবসিমা পীবম্লগা মহাক্লা অশিববু কোনশিঞ্জখ্রবা মতাংদুদা ৱাবী লোইবে।

অহিং লোইখিদুনা অমম্বা পূম্বা মাঙখ্রে খ্বাইদগী ঙনবা অযুক, অশংবা অঙ্গবা অতিযা, ঊফূল থাংদ্রবা মালেম, অদুগা অঈংবা অমদি অশেংবা নুংশিৎনা শমজিবৈ-ক্বাকলৈ, মধুমতী অমদি লৈহাউ-লৈবেনশিংগী যানশিন্নববা খোযথুম্লববা লৈনম যেন্দুনা ঈপোম-নাইনা হুন্নক্লবসিদদি নোংনা চামথোকখ্রবা ঊনা-ৱানাশিংসু মাগী মাগী তশেং-তশেংবা কুচু ঊত্তুনা লৈনা জগোই শান্নবক্লে কোকসিদা চমম্লবম্বা পূম্বসু তপ্না তপ্না ঙাম্থোবক্লে হন্দমুক্তি ঐ, অঙাঙবা মূককী কলমসিমা পাযখৎলবনি মতীক চাদবী নাযিকাগী পামজদ্রবা ৱাবী অসি হৌবদগী লোইবফাওবা ককথৎলবনি।

## লিলোং-কেন্টব

**নুমিৎ খূদিংগী** ঐ নিত্যাইপাৎ-চিথেকতগী গাডী তোংই। গাডী মশীং যাম্না চেল্লী, কুইনা ঙাইনদে। কোম্বা-চিনবগী ৱাদি নুমিৎ-নুমিত্তুগী ডাউদা লৈবে। হল্লকপনা খবদি ফৈ, চৎখিবদা কোম্বসি কযা থেংনদে। কংলা-পাৎ পবীংদুদা কেন্টব অমা লাক্লিবদু লাপ্লপ উই। ওযবোমদা পূংপৈ-পৈথবগা যাঙনা পাইবক্লিবা গাডীদু থোঙদা যাল্লিবা মীযামদুগা পূন্না উবদদি মপূক কাযদুনা মথীবোঙ থোক্লবা হঙোই মাল্লী। গাডীগী থোঙদা শেকপী মচা মান্না যাল্লিবা অঙাং-পীকক্র অমনা লাপ্লিঙৈদগী লাউবকই, “লিলোং অহাঙবা, লিলোং অহাঙবা ।”

ঐ খূৎ-কা হাইক-খোৎলুদে, লেপমিন্নবিবা অনী-অহুমদুসু অদু-মঙায। গাডীদুনা মতোমতা খামজখ্রবদুদা ঐখোয তপ্ন-তপ্না চঙশিল্লী। অঙাংদুনা হান্নগী চাংদুদা অদুমক লাউবকই, “খবা থুশে, খবা থুশে ।”

তোংশিবা-তোংগুমশিবা খঞ্জানবিঙৈ, লেপমিন্নবম্বশিংদু লোইনা কাখৎনখ্রে। মতমদু যাশিল্লক্ত্রে, ঈকোন কোনবদা, ঐনা থোঙবান্দা যাল্লগা খোঙ-নাম্ম থাঙ্গৎলকপগা গাডী থৌবা হৌবে। ‘খজিক্তা লৈসিনবীযু’ হাযগ'না অমদা অমুক যেংই ফীভম তানা

লৈবমদে, অমদা অমুক যেংলুই, মওং-তানা লেপ্লমদে। মপাল্লোমদা মায় ওম্বোক্লগা কাখৎফমদুদা অদুমক মবেপ্লে। ঙাইহাক্তং কান-নবগা 'সোমদা লৈসিনবীবকউ' হাযখিবগুম তৌই, যেংথোক্লবদা ছাত্র মানবা অমনা ঐঙোন্দা হাযবা ওইবম্মী। মশা থৈদোক্লগা মানা পীবিবা অহাঙবা মচেত্তুদা চঙশিন্দুনা উচীন-নাচীন্না কাখৎপদি ফংলে হাযববু খোঙনা কদাযদা লৈবি, খৃৎনা কদোমদা থল্লিদি মফম খঙদ্রি।

লিলোং কেন্টবগী পেসেঞ্জবগা থকংনুংগী ঙাবীগা খেন্নবা লৈতে। কন্নানা চাউবা, কন্নানা পীকপা চপ মান্নে। নুংশিৎ চঙফম লৈতনা নপশিন্নে, পা-পী মফম খঙবা নত্তে। কবি কবিগুম্বকান্দা, চিল্লিমখৈ নুংঙাইজবা মীদাজাৎসু হেক-হেক যাওবক্তবা নত্তে। চপ-যুংনা লেপ্পা ফংদনা কাঞ্চিপুব যৌবা নোং-ফাদোক্কী ৱা নত্তে। ঙবাং-নহাল বিধান-সভাগী নোংজু মীফমদা নুপীগী সিট থাকখিবা, ছাত্রগী ভাবা তাখিবা, কদোমদগীনো নীংশিংলকই, মাযদগী, ঙক্তগী জব-জব চেম্বকিবা হুমাং নপথোকই।

গাডীদু কযাবক খামখ্রবা কযাবক থৌখ্রবনো খঙহৌদ্রে। কদাযদনো'মা ফি পনবদৌনা তৌই হাযদুনা যেংলুবদা ভাবা থৌবা ওইবৰ্ম্মী। মাসু ইনাক যৌশিল্লকপা ঙমদদুনা লাপ্পা ফি চিংবা ওইবম্মী। থাউথীনা মম্নায মমীৎ, মখূৎ পূমতৈ-তৈববা, থাউথী তৈবা মোজাফূবিৎ লীৎপা থাউথী মানবা অঙাংদু উবদা ঐ মানা পাযখিবা ফিদুদা যেংই। ঐগী অহানবা শেৎচবকপদা ঙার্যবিবা দ্রেসতুদা মাগী মখূৎ মমিদু মুসিন-মুনা তাবে। ঐ মঙোন্দা শাউনীংনা যেংলুই। অদুবু মাগী মমাযদুদি থোইনদুম নোক্লীংবা খাঙবা ওইনা তৌবকই। ভাবাগী ৱা ঐ কাউই, ঐগী ফিদুদা যেংদুনা লৈ। অঙাংদু হন্দোকখ্রে।

"মনীং লৈশনশে, মনীং লৈশনশে ।"

মতমদু ঐনা মনীং ইথং-থংনা মনীংগী সিট অশাংবদুদা ফল্লিবা মীদুগী মখূউদুগা কৃ-কৃ তক্লদুনা লেপ্লিবা মতাংনি।

"কদোমদা লৈসল্লু হাযবিনো, মনীং ফাওদোকখিদৌদা ঙাযবেনে।" অবেপ্পা কাঙবুনা শাউনা খৃম্মী।

"বি ও সি, বি ও সি , বি ও সি যাওব্রো?"

যাওই তাদে অদুবু খাম্মী। খূৎ-নাম্মনা পৈশা থিবদু থিফম খঙদে খাল্লিঙৈদা থিহৌগে হোৎনবিঙৈ থৌখিবনা হার্নালি।

"লাইবেম্বী, লাইবেম্বী ।"

য়ুম্নাম লৈকাই লাইবেম্বী মপাদা পৈশা লৌথোকহৌবে। তবাচৎপীদু অঙাংদু খূৎ-খক্তুনা কৌবগা পীবে। পৈশা লৌথোকফম লৈতে, কোন্না কৃম্লগা পীগে হায়বা য়াওই, পূং থেঙঙে গাডী কুইনা খাম্না যাদে হায়দুনা অঙাংদুনা পঙথৌদা থৌই, অদুবু ঐগী পৈশাদি হল্লমদে।

"ইলেক্ট্রিকসিটি, ইলেক্ট্রিকসিটি, চীঙামখোঙ , পার্কিং, পার্কিং, পার্কিং খবা থুশে।"

শিংজমৈ পার্কিংদা মী অহুম কূমহৌই, কয়া কাবকপনো খঙহৌদ্রে চিনবা খংহেন হেঙ্গৎলকই। ইনাক-নকপদা অমতা কূমথহৌববদি হায়দুনা কোইয়েং য়েংবনি অদুবু মীনা হেক্তা হান্দোকখি।

"ককরা?"

ককরা অমখক কূমহৌই, যাম্না রাইশংবোই নীংই।

"নাউবেমলৈকাই, সোফা ।" লাউবা শমজিল্লকই।

"বোবোয়মখোঙ যাওবিকো।"

তাবদা নুংঙাই। বোবোয় মখোঙদা মীয়ায় ওইবপ তৌবী অমগা হনুবী অমগা পোৎকা কোয়ননা কূমথহৌবদু স্বৰ্গ ফংমুক নুংঙাই। খজিক-খজিক হন্দোক্লখিদুনা স্বব হোন্দোকফমদি মখঙলে। ঐগী পৈশা হন্দ্রিবদু মতাংদুদা নীংশিংলকই।

"পেচু-লম্পাক?"

কনামত্তা খুন্নক্তে।

"ফার্ষ্ট গেট যাওব্রো?"

"মনুং চঙসিকো মী যাম্মী।"

"মনুং চঙোই, পূং থেঙঙে মীসু যামদে।"

"যাম্মীসিদি, অমা, অনী অহুম ।" য়ুনিফোর্ম সেৎপদৌনা খন-খন্দুনা হীখি।

"অসুক যাম্মীসিদি।"

অশেংবসু মীদি যাম্বগুম তৌই।

"লৈবকমচা, লৈবকমচা যাওবিব্রো?"

মখোয়গীসি মওং অমনি, হৌবেল চঙঙমদদুনা তোক্কনি, কূমহৌবগে খন্দুনা লম্বী হাইফেৎ যেংই, কদোমদা লীৎ গে। খামদ্রবদি মখোঙ খংঙবোয়, নাক-যেৎ যেংলিঙৈ ফার্ষ্ট গেট হেন্দোকখি।

"খাম্মূনেহে, চঙঙোইসু হায সিদসু খামদে।"

ছাত্র অমনা ওষ্ঠোক্লা শাউনা লাউবকপদু কবিমত্তা নাচুংদনা অঙাংদুনা, "ময়ায়দা, ময়াযদা ।"

মানা হাযবিবদু ফাষ্ট গেটকা লৈবকমচাগগী মযাযবুনি। গাড়ীগী স্পীডতুদা ফাষ্ট গেটতগী লৈবকমচা যৌবা মিনট ফাদে। লৈবকমচাদা চপ-চানা দক খাম্মী।

"অসুক য়াম্না হেন্দোক্লগা খান্নগা কৈদৌদোইনো, পূং থেঙঙেকাযনা কবি পূংনো নোযনা থেংঙিবো? কাগে হাযবদি' নোয় অদুম খামগনিনে, ঐখোয়না চৎলিসিবু কোয়বা চৎলিবোই নীংব্রো?"

চিনমন্দুনা শাংনা ঙাঙনবা তাঞ্জা অমসু পীবে মঙোন্দা। ড্রাইভবদুসু অঙাংনি। ঙশাযদগী মযামনসু পংচৈ-মচৈনৈ, গাডী খূৎথৌ লূদে-খোত্তে, মখোয ইহৈ-হৈনবগুম তৌই। কুমথবগা ঐনা মখাদা লেপ্লিবা অঙাংদুদা চঙশিন্দুনা পৈশা হল্লো হাযকই।

"কযানো?" ওষ্ঠোক্লা চগংননা হংলকই।

খুমদে, ঐ মঙোন্দা যেংদুনা লৈ। ঐঙোন্দা যেংলন্নগা অঙাংদুদা ওনশিন্দুনা ঙাঙবা ফবা ছাত্রদুনা অমুক হাযবকই, "সিবু কবমহাযনা থাদোবকইনো খঙদেনে মপা-মমাদুবো।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা সডক লাম্থোকখ্রে, ঐদং ঙাযহৌবে। অঙাংদু মখূত্তগী পৈশাদু খঙে দাক-খঞ্জিন তৌদুনা সুম্মক লৈ।

"পৈশা হল্লক-ও হাযবনে।" খবা কল্লপ অমুক হায ঐনা। মঙাচৎপী সেল্লু-টেপ নপ্পা অমা পীশিল্লন্নগা অঙাংদু গাডীদা ফৎ চোংখৎখ্রে। মঙাদুদা য়েংলগা ঐনা হাযহৌই, "কবিনো!"

"অচোইবা যাওদ্রে।"

মযা ইহি-হিগৎলদুনা লাউবম্লগা অঙাংদু ঐবু যেংদুনা নোক-নোক্লুনা চৎখ্রে। ঐ মাবু পীশূম শূক্কোক্লুনা যেংহৌবা নত্তনা উপাই লৈতে। নীপালগী মহূত্তা পীবম্বা মঙাদু যেংলুবগা হম্থবকপদা মানা পাযশিল্লম্বগী মখূৎ মমিদু অমুক উবকই, ফিজিদু থাঙ্গত্তুনা যেংনা-যেংনা লৈবকমচাদগী ফাষ্ট গেটলোমদা লাক্লগা চঙলকই।

নীনি-হূম্নিগী তুংদনি। ঐদি গাডী মশক কযা খঙগন্দে, অঙাংদু উবদা খঙলে,

নহালগীদুনি। অঙাংদুনা ঐঙোন্দা য়েংলক্লিবা মীৎয়েংদু মাসু ঐবু কাউদ্রি হায়বনি। ঙসিদি ফম্ফমসু ফংলে। অনীচংপী অমা থিবগা পী, মা লৌ যাদে।

"অমা পীয়ু।"

অতোপ্পা য়াওব্রা থি।

"য়াওদ্রে," ঐনা হায়।

অঙাংদু লৌ য়াদ্রে। মযাম মমাঙদুদা খবসু ইকাইবগুম তৌনা অমুকসু হায়, "লৌবোসে অচোইবা অমত্তা য়াওদ্রে।"

"অদুকযাম সেগায়বদুবো।"

ঐ পিং লাউই, ফাথবগা তপ্পা হায, "সি ঐনা শেগাযবা নত্তে ইবুংঙো, ঐনা যূমদা শাবসু নত্তে, লৌবোসে কান্নদে।"

ঐনা হাযবিবদু মা ভাব তাব্রা-তাদব্রা অঙাংদু পৈশাদু লৌদে। নহাল মঙোন্দা হেঞ্জিলহৌবদু নীংশিংলকই।

"ফবে-ফবে, তোক-ও, ঙসিদি লৌব্বনু নঙ, নহাল হেন্না লৌখ্রেদনা।"

মা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলকই, ঐনা ঙাঙলিবদু মুন্না তায। পৈশাদু হাপচিল্লগা ইবেঞ্জনা ফমদুনা লৈবে ঐ। মা ঐগী ইনাক্তগী ইহেন-হেন্দোক্লীংদে অমুক চথোকউবসু অমুক হেক হঞ্জিল্লকই। কাইনথঙদা ঐনা তবাচংপী অমা লৌথোক্তুনা পীববদুদদি নংহৌববোযদবগুম তাপ লাকখি। মঙাচংপী অমা, অনীচংপী অমা, চান্দীচংপী অমা চপচানা হল্লকই। মাগী অনীদুদা যেংলগা ঐনা হায, "নঙগী পোলাংসিদি শেগাযদেনেকো।"

মা খুল্লমদ্রে। মথব্রায যাওনা মথৌদা মমায ওনর্শিনখ্রে।

নাওবেমলৈকাই যৌশিল্লকপদা খামহন্দুনা মশা নানবা নুপা অমা কূমথখি। চেগী উপু অচৌবা অমা মশানা থাংথখ্রগা ফূবিৎথাউদগী পর্স লৌথোক্তুনা ভাবা পীগদবগী তৌবি, অতোপ্পা উপু মচা অমা গাডী মনুংদা লৈহৌবিবদুদা ইঙ্গিৎ তৌবদুনা নুপাদুনা অঙাংদুদা হাযবকই, "মদু খবা থাংথবকউ।"

পীক্তক তৌবা ইয়াং-যাংবা মানবা উপদু অঙাংদুনা থোঙ চঙফমদুদা লেপ্প-লেপ্পা মখাদা থাদখি। উপু মনুংদা কবিগুম্বা পোৎশক অমা কাযখিবগী মখোলদু ফন-ফজনা মযেক শেংখি। খঙহৌদে অঙাংদু মখূৎ পাযদুনা চিংথখ্রগা নুপাদুনা মখূবাক অচৌবদুনা অঙাংদুগী মখজাইদুদা পেন্না অমুক্তং থাজিনখি। মযামদু তঙক-তঙক যেংদুনা লৈনৈ। দ্রাইভবদুসু

যেংলকই, হৌদি হৌগৎলক্তে। নুপাদুনা মশা থক-থক নীকপমখৈ লাউহৎলকই, "মসি লুপা কয়া পীবা পোৎনো খঙব্রা? নঙ শিংবা ঙমগদ্রা? শিংগেবো?"

লম্বী মতাই ওইবপ্পা পুথোকখিদুনা নুপাদুনা পোৎতু যেংগদবগী উপুদু হাংদোক্লবা হোৎনহৌবা মতাংদুদা গাউীদু ঙংবা হৌবকই। মুসিন মুবা অঙাংদু মুঙাঙ-ঙাঙলদুনা কাখৎলকই, মমাযদুদা চেম্পবক্লিবা মপিদু অমোৎপা মখূৎ অনীদুনা হন্ন-হন্না তৈথোকচবকই স্বব অশাংবা অমতং ইশা খঙদনা হোন্দোকচবকই ঐহাক থোঙনাওবোমদা যেংথোক্লবা হোৎনকই।

